

লুংনিজৈ
(শৌরেং)


অইবা : ময়াংলম্বম কান্দেশ সিংহ

লৈফম : শিংজমৈ চীংঙা মখোঙ চোংথাম লৈকায়, ইম্ফাল মণিপুর,
টেলিফোন : ২৪৪৪৬১১

ফোঙজবা : ময়াংলম্বম পব্লিকেসন্স শিংজমৈ, ইম্ফালনা ফোঙজবা।

অহানবা ফোঙবা : ২৭/১২/২০০৬ ইং, ৱাকচিংগী ৭ নি পানবা, যুমশকৈশা।

কোপি মশীং : ৫০০ (চামঙা)

মমল : লুপা ৮০/-

লাইবিক ফংফম : অইবগী যুম, সঙ্গম বুক স্টোর, শিন্দম বুক স্টোর,
জগৎ মতা অমসুং বাজেস বুক স্টোর।

প্রুফ রিডব : অইবা

নম্ফম : লময়ানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল।।

# “ইমা কবোক্লেগী চরন্দা”

ইমা। ইমানা নচাবু ইমাগী গর্ভদগী তাখিবা নচামক-নৎত্রবসু মতম খরা ইমাগী নাক্ত, লাইবিক তমদুনা হৈরিবিদ্রেদা ইমানা নচা ঐঙোন্দা উৎপীখিবা নুংশি মীৎযেংদুনা ঐগী মতমদুগী মকুপ-মপাংশংন্দি ঐবু হেক পোকপী ইমামক্লি খনবীখিদো। মদু ইমানা মতমদুদা নচা ঐঙোন্দা হস্বীখিবা মমা ওইবীগী ফজবা মীৎযেংদুননিকো ইমা। ঙসি ইমানা থম্মুং সবা ভানখ্রবা ভুংসিদা মবক-মবক্তা মঙলুবা মঙলান্দা ইমা-ইচা পুন্না মহৌশাগী মঙ্গলবা ইশা কুপ্পা মৈতে য়ুমজাওদুনা হেক-হেক লৈবগুম উজেদো নচানা স্কুল হল্লক্রগা চবা বাঃনবা ইমানা চাক থক্রস্বদো নচা ঐনা কাউবা ঙমদ্রিনে। ইমাগী অবোইবা মতমদা নচাগা শাওনবা থবা লৈখিবদো ইমানা ভাকপীযুকো। নচাগী শৈবেংগী লাইবিক ‘লুংনিলে’ চিংগী লৈবাং ও মগী শক্তমদা শাগৎচবগা থম্মোয় শোক্লা ইজবনি। মসিমভুং ইমাগী চরন্দা কচ্চরগা ইমানা পেনবীযুকো।

**ময়াংলম্বম কান্দেশ সিংহ**

# ঐগী লম্নাই ওইবা মিৎয়েং

ময়াংলম্বম কান্দেশকী শৈরেংগী অহানবা লাইরিক "লুংনিলৈ" অইবগী অখন্নবা খুদোলনি। অইবগী বোমোনি, সম্বল অমসুং ইমা অসিনচিংবদা অইবা কান্দেশ মীয়ামদা চপচানা শক তাকখ্রে হায়বা য়ারে। ঐহাক মণিপুরগী মপান্দা চহি কুনলোম হেন্না থবক তৌদুনা লৈরকপনা, কান্দেশনা অতোপ্পা ষ্টেটশিংগী করেক্তর ইরকপদা হেন্না মাংজিন থাবা অইবা ওই হায়নিংঙি। মহাক উপন্যাসকার ওইবতা নত্তুনা লমকোয় ৱারী ইবদা হেন্না মচিন তুম্বা অইবগী মগুণ লৈগনি হায়না মাংজৌননা অচেৎপা থাজবা থমজরি।

হৌজিক খুদোন তৌরিবা শৈরেং লাইরিক অসিদা শৈরেং ৭৫ য়াওরি। পুন্নমকপু নৈনবা হায়বসিদি ওইথোক্তে। অখন্নবা ইশাদা ফাওজবা অদু খরমখৈ খঙ্গৎলগা নৈনজবনি। শ্রী কান্দেশ সমাজ শেবক অমগী শক্তম লাংলিবা এক্তর অমগুম্বনি। মহাক্কা থৌদোক ৱাথোক্তা পেন্দবা কয়া অমা অপাবশিংদা খঙহনবা পাম্মী। অমরোমদনা অইবসি বোমান্তিক ওইবা মখলগী শৈরেংদসু মায় পাক্না ইবগী হৈনবী মশাগী পোকপদগী য়াওজরক্লি। মাগী শৈরেংশিং নুঙাইবা, পুক্নিংদা ইথিল পিবা লোয়ননা কপ্পিংবা কয়া অমা থেংনবি। "লুংনিলৈ" কবিনা সিম্বোলিজম ওইবা শৈরেংদা মনুং মতম চাদনা শিরমদবা খোক্লবা 'ওইগনি কুমগী বসন্ত চংলকপদা/লৈরাংনা লৈশাৎ তমদুনা/ফুগায়না শাৎপি ওইরম্লদি/খ্বাংজেংবা খোইমু কয়ানা/য়াহৌ ঙনবা তান্নদুনা/চীংগী তমগী শায়দনা/লৈকা খুদিং চংদুনা/লৈহি লোংফম থিগদবৈ' মনাক্তা ঙংনা পাইরদৌবা/লৈরাং মাগী শাহৌনিদা/ (লা:২/৩) অদুবু মনুং মতম চাদনা ঈশ্বরগী খুয়াদা চংজখি লৈরাং লুনিংলৈ। কবিনা তেংথাই 'বসন্তগী অঙনবা অয়ুকশিদা/লৈরাংনা লৈমায়দা কেনখিবদা/ খোম্থাংসু য়ৈথি ইনিল লৈনা/চীংশাং-নাপোম শীন-থুংনা/ (লা:৫) কবিনা মচা কায়নবগুম তেংথাই অসুন্না 'তমগী নপা ঐহাক্তি/মীৎলু নাপোম অনীশিদা/তবংগী লাইজ ঈহৌরকপসে/ঈশিংনা পারবা ঈচেলবু/ তোর্বান্না ঙাকপা ৱাবগুম/মীৎলু পিরাং পিরোইননা/তাইবং তুরেল

তোর্ব্বানশিদা/হি লাকপা ঙাইনা ঙাইনা/ইচাগী শক্তম নুংশিবদো/কপ্পা কপ্পা নীংশিংহৌখিগে (লা:৮) ত্রেজিদিগী অবাংবা থাক্নি। কবিসু তাইবং কনানা হেক্তোকপ্রবা থম্বাল লৈখোক্তা শিঙ্করকপা ইরিক খক্তবগুম পিরাংতগা ইরোইননা পুন্সিগী অরোইবা মিৎকুপ ঙাইরি। নীংশিংদুনা লাইমন ওইনা খাংলি ঙসি।

মীবু মী ওইনা খন্দ্রবা লমদম অসিদা কবিনা হংলি মীগী মমল খঙমন্দবদগী 'নোংমা শোয়দনা মতোমতা/মাগী মতম্না লোইরবদা/মমুল ফারবা হৈরাংগুম/উথক্তগী মুল্লগা কেনবগুম/কেনগদবা লৈরবা থবায়বু/নংহৌররোই মতাগুম/নোংমা কাংদনা হাৎপগে? (লা:১৯) লমদমশিদা পোক্লক্লিবা অঙাংশিংগী মরাইবক অদুগীদমক মুরুম মুরুম শোল্লি কবিনা "হে অঙাং অপিখক/চফু থুগাইবি য়াওগেরা? নঙসু মংদা চংগেরা? ইমা মণিপুর কপহনগেরা? (লা: ১৯)

লৈবাক অসিগী পরম পরা ঙাকপা ঙমলক্রবা মপানগী ঈথিলনা চংলকপদা কবিনা খাঙবা ঙমদ্রদুনা মাগী শৈরেং "কংলা শাগী মশক ওন্রে"দা অসুম্না ফোঙদোকই — 'গুলাপনা মাঙখিবগুম অশেংবা মচু/গ্রাপ্তিং তৌবিরুবে' মতুংশিদা ঙসি/মাঙখ্রে মৈতৈগী অশেংবা শক্তমসু/শা-উচেক, হৈপাল-লৈপাল লোইনমক/মাঙখ্রে মাগী মাগী অশেংবা হৌরকফম (লা: ২১) "খম্বা থোইবীগী অরোইবা শরুক" মসিদা কবিনা হংসরস ওইবতা নক্তনা মাংজিন থাখ্রবা অইবশিংগী অবাৎপদু নীংশিংলি।

চহী মক্তং পাম্নহন্দুনা/নুরা-পাখং অনীবু/য়ুম্লেপ চারা লিংহন্দুনা/নুংঙাইবা য়ুম্বাল পুন্সিদা/থোইবী মাগী গর্ভনুংদৈ'/পারি 'মক্তং ফংজরম/মোইরাং পুংজাও অহৌবা 'মুক হন্না থিল্লমলোইদ্রা?/ (লা: ৩০)

ডা: কমলনা শৈথারম্মী 'চাক্লিবা লাম্মৈ অথাপ্লা চীংদা/মুৎচখনিকো মথন্নতা/অহিং তাংলৌ থেংজিল্লক্তুনা/তারক্লগা নোংমদোন লিক্লা।" (লা: ৩১) মসিদা কবি কান্দেশনা 'ময়োল কংখ্রবা উপাল 'দা অহিং লিক্লা তারক্লগসু মুৎকদবা মান্দবা বাফম অমা অনুতাপকা লোয়ননা তেংথারি। 'আগষ্ট থাগী তাং ১৬ নি/২০০৬ কী/কৃষ্ণ জন্ম নুমিৎনি শেংলবা থবানগী/লান্দারকখি, শেংলবা ধর্ম্মগী লৈকোলদা/ভক্তা কয়াগী পুন্সি লোমখি'। (লা: ৩২) মসিগী কান্নববু করিনো? বাহং অমনি অপিল অমনি পেন্দবগী। 'ডা: কমলগী চন্দ্রনদী' দা অইবনা মহৌশাগী খল কায়রকপদা না-তাথিরবা লৈবাক্কী ফম্নায়বশিংদা মমিৎ পাংহন্নিংবা উত্তুনা হায়রি। 'পানখ্রে, নিংথৌ কয়া হোং-হোংদুনা লমদমসিদা/তাখ্রবনি, মথোয়গী মনাদা কবিগী

শৈরেং চন্দ্রনদী/তৌবিদে, শেশ্বীদে কবিনা পামজরম্বদু/ওইথ্রবনি বাখল লৈবা অশিংবা কয়াসু/হোং হোংদুনা মহৈকোলশিগী লুচিংবা/ (লা: ৩৯) হোৎনববু লেপত্রবা ওইথোক্তবা লৈতে হায়না মতমসিগী অইবশিংদা পিবা পাওতাক অমা থেংনরি 'চানবা মচু" শৈরেংদা 'শকপবু লেপ্ত্রবা নহাক্কী ঈশৈ/ইববু তোক্ত্রবা নহাক্কী শৈরেং/শাববু ইকায়দ্রবা নহাক্কী জগোই/নোংমদি শোয়রোই লাক্কনি/মতম মানা পুরক্কনি/ফজরবা মনি মুক্তাগী লুহুপ অমা (লা: ৫৪) 'কয়াৎ অহুম' মিংথোনবা শৈরেংদা খ্বাইদগী তোল্লবশিংদি মখোয়সি নত্তব্রা হায়না বাহং হংলি 'মীৎ তাংবা, না-পঙবা, লোনথোওবা/নত্র! অহুমসে তোল্লবা তাইবংদা?' অদুবু অশোয়-অঙাম অমত্তা য়াওদ্রবা নহারোলশিংদা কবিনা লাওরি 'কারম্মু অবাংবা চীংদোন্দু লোম্নবা/পান্দম ওইরিবদো মীমান্নদ্রবা অহুমগী/নরমদম, নজাতিবু থাঙ্গৎলম্মু চীংদোলদুদা/পাঙ্গল ফবা মশেল খুৎশন্নদুনা/উননবা মালেমগী মমিৎ লাওবা জাতিশিংনা (লা: ৬২) হিজম অঙাংহলনা "মিংচৎ থিবা" শৈরেং ইখি। কবি কান্দেশনা ইরি — "পান্দম্না অমদা মহয়না অমদা" কনানা হেল্লি হায়দোইনো পাদুনসু য়েংলশি "ফংই, তাল্লুদনা মিংচৎ অমা শর্মিলাগী/পান্দম ওইরুদবা মাগী বাখলনা, অফসপাগী মরি লৈনদবা পোৎশক/গীনিস রেকোর্দতা মমিং য়াওবা/নোবেল পিছ প্রাইজগী মিংগী লিস্তা/মসিরা মিংচৎ হায়বদো মীগী (লা: ৬৪)

খুদুম শীংনা লাক্লগা নঙনা/থাদোক্লুনা নঙগী খুবাম্নুংগী পোৎশক/অতোপ্পা অমা পাম্মুবদি মীগী/পুন্সি লোইবনা হানখিনি শোয়রোই/খুবাক তিংনা হনবা তারক্কনি/ (লা: ৭১)

মমানা মচাবু নুংশিবা অদু শৈরেং মতেক অসিদা ফোঙদোক্লি। "লাপ্পা পঙকোয় কোয়নুকো! থুনা য়াংনা হল্লকউকো/নথৌদু হেক লোইবগা (লা: ৮৩)

"মল্লবা য়ুম" মিংথোনবা শৈরেংদা হকচাং অসিবু য়ুম ওইনা সিম্বোলিজম পিদুনা উহল্লি। মসিবু পারুবগা হেন্না পুন্সিগীদমক খলহল্লি। অসুক ফবা য়ুমশে ঐগী/করম্না থাদোকপা তারবা ঙসিদি/খল্লুদে মতম্না লৈরিঙে/নুংশিরক্কনি অসুম্না মাবু/কায়নরমদাই মতম্না লাক্লবদা/মাগা ঐগা অরোইবা ওইনা/নীংশিংলক্লে লোইনা মাঙগী বা/ (লা: ১০০)

শৈরেং অমখক অখন্ননা লৌখৎপা তারবদি "মতমগী মমল" হায়বসিনি। 'ও! ঐনা হোৎনবা বাথখিবনা/হৌখিবা মতমদা কেশিলহৌদবনা/অনীশুবদা তারেদো ঙসিদি' (লা: ১০৬)

"নীংতম্বগী লাল" মিংথোলবা শৈরেং অসিদা কবি কান্দেসনা বাহং অমা হংলি "করম্বা নীংতম্বনো পুরক্কদৌরিবা?/ধর্ম্মগীয়া, রাজনিতিগীরা, লৈবাক্কীরা?/থম্মোয়গী লাম্না মরুনি/ (লা: ১০৯) মৈরানবী ওইনা মৈরিদা চোংশিলদুনা মাঙখ্রবা থবাই কয়া অদুদা পেন্দবা ফোঙদোক্নুনা তেংথাবনি। থম্মোয় থম্মোয়গী লৈনবা মরিনা ফত্রবদা করম্বা লাম্মনো পান্দম ফঙগদৌরিবা। বাহং কয়া কবিনসু হংলি। পাউখুম ফংদ্রবা বাহং ওক্তনি ওসিগী তংদু লৈতাদ্রবা মালেম অসিদা। পিরাংদি উদে, উরিৎকী মীংলুদা/ য়েংবা হৈতব্না ঐদি উরিৎকী মীংয়েংদা/থম্মোয়গী মরীদুতনি উরিবসে ঐনা/জীব মশেল ওইরুবে' তাইবংসিদা/মমিদুতনি তাহৌরিবা থম্মোয়গী কাচিন্দা/মসিবু শিষ্টারনে মপুগী অচুম্বা/ তোর্ব্বাম্না কিরবা ঈচেলসিগী (লা: ১৪২)

"হনখ্রোবা নখোয়বু নরমদমদা" ময়াম্না হেন্না খওবীরবনি। পাদুনা য়েংশি। খুঙ্গংগী অহাঙবা শঙমখৈ সরকারগী/লৈশিনবীখ্রে নখোয়গী য়ুম ওইনা/কনশিনবীখ্রে অসুন্না শান্নবুং কয়া 'মসু/লান ঔরাইফম ওইনবা নখোয়গী/ (লা: ১৪৬) কবি কান্দেশনা অহানবা খুৎথাদা থাজদনা ফজ ফজরবা শৈরেং কয়া পুথোরকপগীদমক থাগৎফম থোকই। অদুবু হংস রসতা ইবা শৈরেং অমখক্তং পনবা তারবদি 'ঐ নুপী থিররোই' হায়না মিংথোনবা অসিনি। অতোপ্পা অমনা "অরংবা খুদিংমক সনা নত্তে" হায়বসিনি। মতেক অমত্তং" বাংলেদা, চাউরেদা মাংদগী চীংদুমসে/নাপী-শীংবী, উ-বা, উদে অমত্তা মাগী মথক্তা/মীবু মাল্লেনে জ্ঞান্না য়োন্নবা/ওইরম্লে'দুবু মাদি মৈগী চীং (লা: ১২৭) কবি অসিনা হেন্না উশিনবা ভিজন অমত্তং পল্লবদি শাংলেদা, মুরেদা শম্লাংসে মাগী/শরুগা হেনবনে, মজাইবেম্মবু মাল্লেনে/শম্লুসু থুংই চিম্বাল ময়াদা/মীৎফম হোংনীংদরে অউবশিংগী/ওইরম্লে, 'দুবু মাদি শুমাং লীলাগী নুপী (লা: ১২৮) মণিপুরগী লীলাগী নুপীশাবীশিং অসিনা খা ভারতকী নুপী শাবী হিজরাশিংদগী য়াম্না হেন্না মাংজিন থাবা ওম্বদু শেংনা উথলি। ঐখোয়গী নুপীশাবীশিংদি জগোই রাসতা ফাওবা গোপী শাদুনা রাশ লীলা শান্নখ্রে।

চাংচৎ ওইনা শৈরেংশিং মহাউ ফজনা লৈরে। শৈরেং খরদি খরা তেন্না ইরবসু য়াবদু হেন্না শাংদোক্না লোইশিনবা থেংনৈ। মসিনা অপাবশিংদা তম্ব্রহনবা গোকহনবসু য়াই। অদুগা খর অমদনা শৈরেং মাল্লগা নিবন্ধ ওইনা চৎখিদুনা পাউতাক পীবদা হেন্না চংশিনখিবসু থেংনৈ। রোমান্তিক, এলেগী অমদি সেট্যারগী শৈরেংশিং মরাং কায়না থেংনরি। য়াম্না নুঙাইজবদি অখন্নবা কাবিশিং কমল, অঙাংহল,

নীলকান্তানচিংবগী ষ্টাইল ওফ রাইতিং মরাং কায়না থেংনৈ। মদু শিন্দোকপা নত্তে নুংগী ওইবা অর্থ কায়হন্দনা কবি কান্দেশকী ওইবা খুৎইদা ইদুনা ফোঙদোকই হায়জবনি। হায়জনিংবদি শৈরেং লাইরিক মখা তানা ইবগা লোয়ননা ত্রেভলোগ লাইরিকশিংদা খুৎ থাহঞ্জনিংই। মসিনা মণিপুরী সাহিত্য পুক্কেদা হেন্না ইনাক খুলহনগনি খল্লি। কবিগী অখাঙ কনবা খোংজং অসিবুদি ঙসিগী সমাজ অসিনা ইকায় খুম্নফম থোকই। কবিবু তরাম্না ওকফম পোকই।

তাং ১৭/১২/২০০৬ রাজকুমার গুণচন্দ্র

# ৱাফম অমত্তং

নুংশিজরবা ইয়াম্বা ময়াংলম্বম কান্দেশকী শৈরেং লাইরিক 'লুংনিলৈ' খুৎই ওইরিঙৈদা পারে। মতম অমা মনীংতম্বা লৈবাক ওইনা ঈংনা চীক্লা পানজরম্বা কংলৈপাক কৌবা ঙসিগী মণিপুরসিদা থোক্লিবা ঙসিগী মীহাৎ-মীপুন, মীওৎ-মীনৈ, অমদি নমজা-নমথেক্লবগী তমথীরবা লীচৎসিগা শাগোন্নরকপা নুংগী তেংথাখোলনা মপুং ওইবা লাইরিক্তি। শেংলবা থম্মোয়গী পাউদমনি। থম্মোয়না থাম্মোয়দা তম্বা মপাউনি। তাবিগদবদি থম্মোয় পানবা মীতনি। অদুবু লুরিবদি লমদমসিগী ওইরিবা ঙসিগী খুন্নাইসিদা থম্মোয় পানবা কয়া কদায়দা লৈরমগদগে হায়বা ৱাহংসিনি। মরমদি লমদমসিগী মীচমশিংদি চৈনা খাঙবদা হৈনরে। কপনীংলবসু কপ্পা ফংদ্রে, নোক্লিংলবসু নোকপা ঙমদ্রে। ঙন্নমক তাৎ ঙাক্তা। তাৎ মরকসিদা ঐখোয় অহিংবা মান্না লৈরি। অদুবু মহৌশা খুৎসেম্বুদি নমহৎপা ঙমদে। অদুনা হান্নগুম অদুম্মক নুমিৎ থোক্লি, থা থোক্লি। নোং চুবি, নুংশা শারি। লৈরাং শাথলি, খোইমু ইল্লি। অদুননি তৎতনা ঈহৌনগনবা অইবগী থম্মোয়দসু ৱাখলগী ঈথক হেক-হেক কারক্লিবা। ঈথকসিগী ইপোম্না অইবগী থম্মোয়গী তোর্বান্দা থেংলবা খুদিংদনি ৱাহৈগী কোঙ্গোল কারক্লিবা। 'লুংনিলৈ' অদুগুম্বা অরংবা কোঙ্গোলশিংদুগী অপুনবা মশক্লি।

শৈরেং অয়াম্বা রোমান্টিসিজমগী শৈহেক-শৈদা য়াওবা শৈরেংনা মপুংনি। লোল থোৎ-মেঙই। করিগুম্বদা ফাগী চেনব, মতাংসু থেংনৈ। অদুবু শৈরেংগী নুংগী ৱাখল্লোন্দি মৈনি। অইবগী নুংদা চাক্লিবা মৈচাক্কী মৈরীনা মৈৱায়বা শৈরেংগী লাইরিক্তি 'লুংনিলৈ'। ঙসিগী অঈং-অশা ফঙদ্রবা খুন্নাইসিদা মৈরীসিদগী মৈরীক অমত্তং চোংহনবা ঙম্লবা অইবগীদি মঙফাওনরে হায়বা য়াই। তাইবঙ মপুনা মদুমক থৌজানবিসনু।

তাং ২১/১২/২০০৬, ইং

লনচেনবা মীতৈ

# "লুংনিলৈ' থেংনরুবদা

"লুংনিলৈ" ময়াংলম্বম কান্দেশকী শৈরেংগী অহানবা খুদোল্লি। লাইরিকসিগী মিংথোনসু ওইরিবা অহানবা শৈরেং "লুংনিলৈ" তমথীরবা মতমগী নোংলৈনা লৈশাং মপুং ফাদনা, লৈখোক লোয়বসু নংতনা লম্মখাওদা লৈখোক্তগী হুমদোকপিল্লবী নাবা লুংনিলাবু লৈরাং শক্তম লাক্তুনা অইবগী থম্মোইগী খোর্জেইনা নুংহিক্লবা খোনজেল্দা শৈথাজবা শৈরোল্লি। শৈরোনসিদা অইবনা লুংনিলাগী মরমদা — *"লৈরাং লৈশাং তমখিদ্রবী/মপুঙ-মবৈ ফাখিদ্রবী/চীংদা শাংখিবসু নত্তবী/তমদা পোমজবসু ঙমখিদ্রবী/লৈরাংগী লৈচুদি ফজখিবী/লৈরাং অমগী বারীনিদা"*"হায়না শৈহৌরগা থম্মোইগী ওইবা মপাউ অসুন্না শৈথারি — *"তমগী নপা ঐহাক্তি/মীংলু নাপোম অনীসিদা/তরংগী লাইজ ঈহৌরকপসে/ঈশিংনা পায়বা ঈচেলবু/তোর্বাম্না ঙাকপা বাবগুম/মীংলু পিরাং পিরোইননা/তাইবঙ তুরেল তোর্বালসিদা/হি লাকপা ঙাইনা ঙাইনা ইচাগী শক্তম নুংশিবদো/কপ্পা-কপ্পা নীংশিহৌখিগে।"*

লাইরিকসিদা য়াওরিবা শৈরেংশিংগী হীরম মখন-মথেল্লি। পরম্পরাগী ওইবা মশক্তা ইবা অমদি ফোঙদোকপা শৈরেংগী শৈদা ওইরগসু হল্লিবা মিহুন্দি মতমসিগীনি। মহৌশাগী ফজবা শীংথাবদা অমদি ফিদমদা অইবগী থাজবা অমদি পামজবা লৈরগসু হৌজিক্কী মতমগী পল্লেপফম ফঙদবা পুন্সি-মহিং অমদি খুন্নাইগী শক্তম অইবগী শৈরেংশির্গসিদা উবা ফংঙি। মসি অইবগী থম্মোইনুংদা ফাওরিবা নুংনাংবা অমদি খোয়সাউনবা অদু মপান্দা শাফোঙলকপনি।

অইবগী অয়াম্বা শৈরেংশিংদা বারী লীবা (নেরেটিব) গী মওং অমা থেংনৈ। কান্দেশ খুৎশেম-বারী (ফিকশন) দা হৈনজবা ওইবনি। বারীমচা অমদি উপন্যাসকী লাইরিক কয়া মণিপুরী সাহিত্যদা খুদোন তমখ্রবনি। মহাক্কী হৈনজবসি শৈরেং ইরকপদা মমি তাবনি। মসিগীসু মহাউ অমা অদুম লৈগনি।

শৈরেংগী খোঙচৎ অমদি তাম্বাগী মতাংদদি অইবগী মিথয়েং য়াম্না পৌই। বাহৈ-খোম্হোক্কী অবাং-অনেম অমদি মাত্রদা খরা হেন্না চেকশিল্লন্নগদি হেন্না মশক থোকপা পোৎথোক ওইরমগনি। অপূ-বাহৈ (লোন-বার্ড) গী বানান্দসু থেংনরিবা নুংঙাইতবশিংসিদংগা য়াওরমদ্রবদি হায়বা বাখন অমা পুক্নীংদা পোকই। অদুবু অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু ফোঙদোক্লিবা বাখনশিং অসিগীদমক্তদি নুংঙাইবা অমদি থাগৎপা ফোঙদোক্লি।

আই এস কাঙ্জম
প্রসিদেন্ট
রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল

ইম্ফাল
তাং ২০/১২/২০০৬

# অইবগী ৱারোল

'লুংনিলৈ' ঐগী অহানবা শৈরেং ৭৫ গী খোমজিনবা লাইরিক্নি। ঐহাক্কী ফোঙথ্রবা লাইরিক্কী ওইনদি নিপালশুবা মশীংনি। ঐহাক ৱারেং, শৈরেং ইবগী নিয়ম থোইনা থিজিঞ্জখিদে। থিজিল্লম্লবদি ৱারেং, শৈরেং ইবা অমদি ফোঙদোকপা ঙম্লমদবসু য়াই। অদুবু থবক হায়বসিদি পামজবগা লোয়ননা তৌরবদি তৌর-তৌরগা খরা-খরা খুৎলোয়রকই। চাক থোংবসু অহানবা তম্বদদি য়াম্না লুনা থোকই। অদুবু অসুম নুংতিগী থোংলগদি থুম-মোরোক, মরোই-মপাং চুনবা মচল অমদি চাং খঙলকই। ৱারেং, শৈরেং ইবসু মসিগুম্বগী মওং লৈবজাৎনি। অহৈবা পুজারিনা থোংবা চাক-য়েঙ্খাংগী মহাও চাবীরিবা মীয়ামগী লৈতোন্না ময়েক শেংনা মহাও পীবদুমক ঙমজদ্রগসু ঐহাকসু পুজারি শাদুনা থোংজিল্লুরবা কৌবনিনা মীয়ামদা মহাও তংবীয়ু হায়জবা নত্তনা অতৈ থোইদোকপা ফোঙদোক্লিঙাই লৈজদে।

হন্দক ফোঙজরিবা শৈরেং লাইরিক অসিগী মরমদা ৱাহৈ মঙা তরাদং ইবীনবা হায়জরব্বদা হরাউ-হরাউ য়াবা৷রকখিবা নুংশিজরবা ওজা প্রোফেসর আই এস কাঙজম, প্রসিদেন্ট, রাইটর্স ফোরম মণিপুর, হান্নগী মণিপুর লিটরেরী সোসাইটিগী প্রসিদেন্ট, ডা. লনচেনবা মীতৈ অমদি অৱাং পোৎশঙবমগী 'ইমাখোল'গী প্রসিদেন্ট আর কে গুনচন্দ্র, পুকচেল চাউরবা ওজা অহুমকসু থম্মোয় শেংনা থাগৎপা ফোঙদোকচরি। অরোইবদা লাইরিক অসিবু নম্বীদুনা ফিভমসি ৩াননবা হোৎনবীরকখিবা লময়ানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক, ইম্ফালগী থৌপুবীরিবা শ্রী তাওরেম মঙ্গি, কক্‌চিংতাবম জয়প্রকাশ শর্ম্মা লোইননা প্রিন্টিং অমদি বাইন্দিং সেক্সনগী মরুপ-মপাংশিংবু হায়নিঙাই লৈতনা থাগৎপা ফোঙদোকচরি।

ইম্ফাল
তাং ১৫/১২/২০০৬

অদোমগী,
ময়াংলম্বম কান্দেশ সিংহ

# য়াওফম তাকপা

# লুংনিলৈ

শাথলি, লৈকোল খুদিংদা
মখল-মথেল লৈরাং শুনা,
মণিপুর ইমাগী মশাইগোন
পাম্বৌগী চাইগোন্নুংসিদা।
চীংনুং-মানুং, লোইজি-লোয়া,
লৈগী লৈ শাক্তনি,
অৱাংপা লৈতবা লমদমনি
মপুগী লৈকোল অশেংবনি।
অনৌবা লৈরাং কয়াসু
নৌনা অদুম শাংলকই,
অরীবা লৈরাং মখোয়সু
কাংবু নাইনা মশাথলি।
অরীবা পাম্বা কনানা
অরীবা থিদুনা লৈরাংজে
অনৌবা পামজবা মখোয়না
অনৌবা থিবগা লৈরাংজে
মান্নদে অমত্তা মচুসু।
কোম্বীরৈ, লৈবাক্লে, ইণ্ডৈন্নে,
উরীরৈ, মাধবী, থম্বালনচিংবা
মখোয়গী ৱারী মন্নক্লে।
থায়নগী লৈরাং অমনবা
মন্ন-মন্ন লৈনুংশিদা
লৈরাংগী মিংগৌ ওইরক্লে।

মগুন্না মতোনবু লোন্নক্লে।
খোঙ্গুল মৈলৈ লৈরাংসু
মৈলৈ লৈম্না নুংজুমপাল
কদাম্বদি লৈনুংশি ওইদুনা
কবি চাউবগী লৈকোলদা
ফুগায়না শাৎপী ওইরম্বদ'ই
লৈকায়গী শৈহেক্তা তিনখরে।
পাঙদবা মপোক অমদা
মালেমগী শাগৈদা তিঙ্করকপা,
মীওইপোক্তা চাউজরকপা,
ঐগীসু উরুরে লৈরাং অমা!
খাঙভুথক্তা কেমন্থবী,
লৈরাং লৈশাং তমখিদ্রবী,
মপুঙ-মরৈ ফাখিদ্রবী,
চীংদা শাৎখিবসু নত্তবী,
তমদা পোমজবসু ঙমখিদ্রবী,
লৈরাংগী লৈচুদি ফজখিবী,
লৈরাং অমগী বারীনিদা!
লৈশক্লা মপোপ কায়দনা
নীংথিবা পাম্বীদা পোমজরম,
কুমগী নোংবু ঙাইজরম,
লৈরাংনা কাঙদোং ফাদুনা
মকুম-মথা য়ৌরগা
কুমগী বসন্ত চংলকপদা
লৈরাংনা লৈশাং তমদুনা
ফুগায়না শাৎপি ওইরম্লদি;
খ্বাংজেংবা খোইমু কয়ানা
য়াহৌ ঙনবা তান্নদুনা
চীংগী, তমগী খায়দনা
লৈরাং শাৎফম থিদুনা

লৈকা খুদিং চংদুনা
লৈহী লোৎফম থিগদবে'
মনাক্তা ঙংনা পাইরদৌবা
লৈরাং মাগী শাহৌনিদা।
লাইরেন লাবা য়াওম্লে,
হুইথৌ লাবসু চিফোংলে,
ইনুং শোরা তৈরক্লে,
উরোক পরেং পাইরক্লে,
চাক্তাফম মায়কৈ য়েংলক্লে।
কোরৌ মাদি য়াইফরবা।
১৯৯৫ গী
দিসেম্বর থাগী থাচৎনা
তাং ২৭ হায়রকপা;
কৌরৌ য়ুমশকৈশা নুমিত্তা
মরম লমলেন লম্নুংশি।
মকোই নুংঙোন চীংজিন্দা
শাবীনা শিরগা শানৌনা ঙাই
শানৌনা শিবগা শাবীনা ঙাই
হায়নরিবা লমদমদুদা
লমফেল নবা কোম্বীরে।
লৈনম চাউবী লৈরাংগী
লৈরাং লৈশাৎ তমখিবা
মরম লমলেন লমনুংশি।
লমফেল পাৎকী লমদমদা
হাইগৎলকপা চীংজিন্দা
লাঙ্গোল খুলগী চিদাইদা
লৈহাও লৈবা লমদমদুদা
মালেম মাবু তেমখায়দুনা
মরাম লোক্ত'ই পুরক্লগা
পলেম-পম্বৌ ওইরুবনা

ইস্টলেন্দ, ঙাজোকপা অনীনা
লৈরাংগী মরুম্বু হুন্দুনা
মরুদগী ময়োল চোংলকই।
লমফেল নবা ওইদুনা
লৈরাং চারা হৌরকই।
নুংতিগী ঈশিং চাইবীকনা
পাম্বীগী শাহৌ ফরকই।
চহী নিপাল হায়রকই,
পোমশাংনবগুম উরকই।
থাজনা থাসি ওইরুরগা
অমুক নৌনা থোরক্তুনা
লীরুংগী মওং লৌরকপা
পুর্ণিমা ওইদে' হোংনরকপা
লাইগী খুৎশেম ওইজরসু
পামজবা অমা লৈবগীনি।
অহীংনা অয়ুকপু মীহৌজবা
অয়ুক্না নুংথিলবু পামজবা
করি হায়নবু থারসিগে?
অহীংনা কপ্পুবগী পিরাংনা
উনাথক্তা তুংলুরগা
লিক্লাগী শত্তুম লৌদুনা
লৈমায়দা পোপ-পোপ তারকপা
ওকচৈদো লৈমায়না তরাম্না।
শুমদোকখি নুংশানা কংনা অমুক
তাইবং কনানা খণ্ডদনবা!
থাজনা নিপান্নি পাল্লকপদা
পুর্ণিমা ওইয়ু য়াদ'শুম;
ঐগী লৈরাং লুংনিলৈ
চহী নিপালতা শুরিবীনি,
লৈশাং তম্মু য়াখিরোই।

তরাহুমদোই মপূং ফারগা
থাজনা মঙাল নাইরকপগুম;
ঐগী লৈরাং লুংনিলৈসু
তরাহুমদোই মপূং ফারন্নদি
লিরুং মওং মাঙলন্ননি।
তাংলৌ থেংল' অহীংদা
লোত্তাক পাংকী ঈয়ায়দা
থাজ মাগী মঙালদা
ঈশিংনা ঈথক হৌরকপা
তয়াং-তশোইবা পুক্লিংদা
ঈথক-ঈপোম হৌজদুনা
মায়থোঙ মকা লামজরম্ননি।
তরামরিনি মপূং ফারগা
তরামঙাদা পূর্ণিমা ওইগদবীদো
নিপান্দা থদংপীখি লৈথোক্তগী।
খুদক্তা কেনখি লৈমায়দা।
লৈথোক্লা নোমদুনা লৈহৌই,
ঝানা মৈচাক খাঙহৌই।
চহী মঙা ঝাংলিঙৈ
বসন্তগী অঙনবা অয়ুকসিদা
লৈরাংনা লৈমায়দা কেনখিবদা
খোঙ্গাংসু য়েখি ইনিল লৈনা,
চীংশাং-নাপোম শীন-থুংনা।
ঈচেল লেপ্তুনা তুমিন লৈখি,
লমদমসিগী তুরেল খুদিং;
তাখিদে উচেক্কী খোঞ্জেল মন্তসু
শরুক য়াখি লৈরাংগী অবাবদা!
লমফেলদা শাংপী কোম্বীরৈনা
থুনা লৈমন চনখিবগুম,
চীংগী লৈরাং ইঙেম্নৈনা

তমদা রাণী ওইখিদ'গুম
লুংনিলৈসু লৈশাং তমখিদ্রে।
চহী নিপালদা কেনখরে।
ঈরিত্তি শীল্পবা লোইদরি,
লৈখোকসু নোমদুনা লৈহৌরি।
লুংনিলৈ কৌবী লৈরাংদো।
ইঙেল্লৈ মতুং ইনগ্রসনু,
লোইবী চীংমায়দা শাৎগ্রসনু।
ঈঙেল্লৈনা ঈঙেন্দা শাৎপগুম
লুংনিলৈনা হিয়াঙ্গৈদা শাৎলুকো।
স্নারৈনা তমদা ঙাল্লগা
নঙনা চীংদা ঙাল্লুকো।
নঙসু চৎলোকো লৈরাংও।
নপাম লমদম লমনুংশি।
মরাম লোক্কী লমদমদুদা
বীলোং খুনগী চীংমায়দুদা
ননীঙ তম্না শাৎলুরোকো।
চীংমায় থম্না ঙাল্লুরোকো।
মনম কল্লবা তাইবং খুৎনা
শোক্লরোইদবা মফমদুদা।
অখাবা মীথয়েংদ'ই য়াম্না লাপ্না।
নপাং কনা য়াওদনা
চীংনুংগী চেক্লা নুংশিবী।
তাম্না কৌবী মহাক্লুগা
নঙগা নতা শাম্নরোকো।
চেক্লা মাসু তামগ্রবী।
মমা কায়নব'ই মৈচাক্লা
চীংনুং-মানুংদা কোইপাই-পাইদুনা
মমা কৌরিবনি হায়না তায়।
মাগী খোঞ্জেল নুংশিবা;

তাম-তাম হায়বদু তারগা
অহীং তাংলৌ থেংলক্র কান্দা
চীংগী উচেক কয়াবু
মাগী ঈশৈনা শুমগ্রবা মতম,
তাংলৌদুদা নহাকসু
খোমলেন তুমখুল তাম্রোকো!
লোক্লুংদা চেনবা ঈচেলগী
বা-বা লাওবা খোঞ্জেলনা
তাইবং পুক্লিং শুম্বদো
খুজোক থন্না থক্লগা
নঙগী খৌরাংবা কোক্রোকো!
চীংগী উহৈ অথুম্বা,
ননীং থুংনা চারুরোকো!
হিয়াঙ্গৈ থানা লাকপদা
মৈতৈ তম্পাক লমদমদা
নিংঙোলশিংগী পুক্লিং হরাউ থা,
মবুং-মৌপ্পা চান্নজব থা,
মপাম-লমদম পাংন থা,
লুংনিলৈ কৌবী লৈরাং ও!
নঙনা তম্পাক্তা কুম্নকপা
লমদমসিবু নুংশিজবা
তম্পাক্রমদা শাথচনীংবা
লৈরাং লৈশাৎ তমহনখিদ্রে,
নীংবা কায়না কেনখ্রেদো!
হিয়ঙ্গৈ থাদা লোইখ্রেদো!
মথংগী মপোক অমদা
হিয়াঙ্গৈ থানা লাকপগা
থাজ মাগুম মঙাল লৈনা
তরাহমদোইদা লৈশাৎ তম্নগা
তরামঙানিদা মপুং ফারোকো!

নুংশিবে/৮

নগুনা ফুগায়না শাৎপদো
পামজবা তাইবং কন্নানা
লমদম তাম্না লাক্কুনা
লৈরাং নগুবু থিরগা
পামজবা খুৎনা হেক্রগা
চীংগু লাইদা কৎলসনু!
লৈরাংগী জাত্তা শাৎলবদি
শোয়দনা হেকখিদৌবা মরৈরে,
মপু মঙোন্দা কৎনবই'দমক!
নগুসু য়াবা তাবনি,
মদুনা লৈরাংগী শিনথানি।
অদুবুনে শকহেনবী!
চেকশিন্নুকো হন্দকমুক্তি
নিপালদা পুন্সি খমখিবা
নগুগী য়েক্সা চহী মতাং
অমুক হন্না থোক্তনবা!
তমগী নপা ঐহাক্তি
মীৎলু নাপোম অনীসিদা
তরংগী লাইজ ঈহৌরকপসে
ঈশিংনা পারবা ঈচেলবু
তোর্বান্না ঙাকপা বাবগুম
মীৎলু পিরাং পিরোইননা
তাইবং তুরেল তোর্বানসিদা
হি লাকপা ঙাইনা-ঙাইনা
ইচাগী শক্তম নুংশিবদো
কপ্পা-কপ্পা নীংশিংহৌখিগে!

তাং ৩/৩/২০

# লোকতাক পাৎ

চৎলি ঐথোয পুন্নমক
লোকতাক পাৎপু য়েংলুসি,
কৈবুল লমজাউ কোয়রুসি!
অদুবু কদায় লোক্তাক্তি?
ফুমদিনা ফৈজুপ শুপ্তুনা,
অতনবা নহা পাখংনা,
নিংথম থাগী অয়ুক্তা
হৌগৎপা তনবৈ' মওংদা,
ফমুংদা অতনবা খাঙবগুম;
ফৈজুপ্না মকোক খুন্নগা
মীকপ থোক্ত তুম্বগুম;
ঈশি-শিন তুম্লিসে।
কদায় কৈবুল লমজাওদি?
মাসু তুমখুল তানগ্রবা?
ফৈজুপকী ফিবোল শুপ্তুনা?
হায়নবদায় মতম অমদা
লোক্তাক পাৎনা মিংশেলনি।
মণিপুর ইমাগী মায়থোঙনা
মিংশেল নুংদা লোৎলিবনি।
মালেম থুংনা ঙাংনবা,
মাগী-বারীনা থল্লম্বা
কদায় চৎখ্রে মিংশেলদি?
ফুমদিনা মায়খুম ওইদুনা,
ইমাগী মমায় কুপশ্রবদা
ফজবা চাম্মনা নুংদ-লোৎ,
মগুণ লিশিংনা'য়ায়দা থম
মণি লিশিংনা লোৎচরসু

কনানা উবীরি ওসিদি?
ইমা মাগী অশেংবা শক্তম?
লোকতাক পাৎকী মিংশেলগী মঙাল?
নীংবা কায়রবা মচা লিশিংগী
মীকপ-মীরাওখোল তারুবদা
ইমানা নাকোং মেনথ্রবোই;
মচা মশেল খৎনবগী,
অমনা অমবু হাৎনবগী,
নোংমৈ শংগিন পায়নবগী,
চায়নপুংগী বারী তানীংদবই'
ঈথেং মচু উনীংদবই'
ইমাগী মমীৎসু খুমথ্রবোই,
অমুক হাংদোকদবা মান্দরে।
অবাবা কয়ানা কোক্তা থোং;
নুংতিগী শিরিবা মচাগী মশীঙ,
চেন্থরক্লিবা ঈথেংগী ঈচেল,
ইমা মানা পায়ল্লোই।
থম্মোয় শেংবী ইমাগী,
ঈংনা-তপ্না পোৎথাজবা,
পাক্রবা ঈপাক থকসিদা
মতম অমগী বারীদা
লমগী উচেক কয়ানা,
ঙানু-থাঙোং, বাইনুনচিংবা
পাত্তা চাক্তাবা উচেকশিংগী
মবুক থঞ্জরম্বা লোক্তাক পাৎ;
হৈকক্না শৌবু শারম্বা,
ওসিনা ঈথেংগী ঈতুংফম!
লাক্লরোই মতমদো অমুক হন্না।
চীংলোন মাপলনা কোয়শিনবা;
মালেমদা অনী গুদবা,

লোক্তাক ইমা লাইরেম্বীসে!
মাগী চীংনুঙ মানুংদা,
কুমগী নোংহৌ লাক্তুনা,
অকনবা নোংলৈনা হুমদুনা,
লৈরাং কয়ানা কেল্লবসু,
উজাউ কয়ানা তেক্লবসু,
নোংগী ঈশিংনা চামথোক্তুনা
লৈরাংগী লৈনম পুদুনা
উজাউগী মচুম্বু লোক্লগা
চীংমায়গী লৈহাও য়াওরবা,
ঈচেল কয়াগী ঈরাউখোলনা,
লৈঙাঙ ফিজোল শেত্তুনা,
তুরেল মচা শেন্নদুনা,
মাগী মাগী খোঙলমদা
ঈচেল ওইনা লাক্লগা,
অমগা 'মগা খুৎশম্নদুনা
খৎন-চৈন য়াওদনা
তম্পাক লম্বু য়েংদুনা
পাম্মুবা চীংমায় থাদোক্লম,
নুংশিবা মরুপ কায়নরম,
অরীবা বারী হন্দোক্লম,
লোক্তাক পাৎপু য়ৌজরকপা
কয়াদা শাংলবা লম্বীনো?
লমশাং চেন্নকপই চোকথরবা
বাজরবী ঈচেল কয়ানা,
মতাশিংদা পাউদম্নে।
মানা-মানা উজরকপা
উরী-বারী কয়াদুগী
নুঙজাউ, উজাউশিংগী,
পম্মুংফম লোক্তাক য়ৌবদা।

উখ্রুল লমদৈ' পাংলকপা
ঈচেলদুনা পুরকই,
শিরোই লিলিগী মপাউখোল,
মবাম লোমদৈ' পাংলকপা
ঈচেলদুনা য়াওরকই,
ঈঙেম্নে মাগী মপাউবু!
নুঙবা মায়কৈ থাংবদৈ'
কোম্না কৌবী হৈরাংগী
হৈনম্না ঈচেলদা য়াওরকই।
নোংগাং হৈগী বারীসু
ঈচেলদুনা পুরকই।
থাংজীং চীংগী মপাউনা
অদুঙৈ খম্বনা লৈরাংঙৈদা
হেক্রুকখিবা লৈরাং খোঙ্গুলমৈলৈ
মৈলৈ লৈম্না নোংজুমপালগী
মপাউ ওইনা তম্নরি।
নোংপোক মায়কৈ পাংবদৈ'
উ থম্বালগী বারী য়াওরকই।
চীংনা কোয়না পনশাবা,
চীংমীনা কোয়না পনঙাকপা,
লমদমসিগী বারীদি
লোক্তাক্তা লোইনা লোথলিদো!
খম্বা থোইবীদৈ' হৌরগা
হাওবা-কোনু- তোনু দৈই'
ইথাই পুনমচীংগী বারী ফাও
লোইনা লোথলি মনুংদা।
ঈঙেনগী নোংজু খুদিংদা
উরী-বারী ফজবা
হৈরাং-লৈরাং নীংথিবা
মমল য়াম্ন' পাম্বীশিংগী

বারীনা থল্লা য়াওরবা
অরোল-অথুপ কয়াদো
কুমগী নোংজু খুদিংগী
তম্পাক্তা ঙন্না কুম্লক্লগা
ঈচেল খুদিংনা পুরক্লুনা
লোক্তাক্তা লোত্তুনা থম্লিদো!
অফবগী বারীসু ময়াওই,
ফত্তবগী বারীসু মপুং ফায়।
ঈচেলনা পুরকপা খুদিংমক
লোক্তাক্তা লোইনা কোনশিল্লি।
অঙাং নঙবু চাওথ্রিবা!
লোক্তাক য়েংগে লাক্লিবা!
নঙদি করিগী খঙদবা?
লোক্তাক পাৎসে অথৌবা নঙগী
ননাক্তা নক্লা লৈবিবা,
নঙগী ওইরবোই নীংলিবা,
চীংবুবোই, তম্বুরোই অনীগী
বারীনা মপুং শাবিবা
ঈপাক্লিনে ইমাসে!
তোমথিন ঙাল্লিবা লমদম্নি।
তৃথষ্টাম্নি অশেংবা
মণিপুর ইমা লৈবাক্কী
চীংমী তম্মী-পুম্বগী
কায়নবা য়াররোইদা বারীনা
কিশি ওইনা পুল্লগা
লোৎলিবনিনে মফমসিদা।

তাং ২৪/৩/২০০৪

# চকু থুগায়বী শায়রি

হে অঙাং অপিথক!
নঙদি করিসু খঙলিরোই,
নঙনা লাক্লিবা লমদমসে;
নত্তে হায়বা অশেংবা নরৈবাক!
নরকনিনে, নরকী লৈবাক!
অশিবা কয়াগী য়াতাফম,
মীহাৎপুংনিনে মীহাৎপুং।
মংগী বারীনা থল্লবা।
শারি, মফম খুদিংদা
লুপা পৈশা কয়া চংনা,
ফজ-ফজরবা মং কয়া।
লেপ্পা লৈতে, লোইবা নাইদে,
লৈকায় খুদিং, খুঙ্গং খুদিং,
সহরগী তুরেল তোর্বান্দা
মংগী মং মক্তা ঙায়খরে।
মংগী মৈখু মপেনা
অশেংবা অতিয়া উখিদরে।
থা, থবান, ধ্রুব তারা,
লোইনমক লোৎখ্রে কিদুনা।
মীশি-মীনা থোক্লগা
মীনা কুম্মৈ য়েংনবা লম,
অশিবগী মমল তিক্লবা লম,
নোংমৈ, গুলি সংগিনগী
চাকলেন চাফম, চরা বানফম,
অয়ুক, নুংথিল, নুমিদাং,
ঙসিদি কনা ফাসিগে,
হয়েংনা কনা হাৎসিগে,

বা-তান্নফম লমদম্নি।
চাউখৎপগী মমি শামগ্রবা,
অশেংবা নুংশিৎ ফংগ্রবা,
মীহিংতনা থল্লবা লমদম
মফম অমা হায়রদি —
লমদমসিবু নত্তবরা?
লমদমসিদা নঙদি
অঙাং নবা অপিখক!
করি থবক্কী লাক্লিবা?
উনীংবরা নঙবু শকহেনবা,
তাইবং মীরোল শুম্রিবা!
ঈহিং-নাইহিংগী শক্তমদো?
তানীংবরনে নঙবু অপঙবা!
মীকপ-মীরাওগী খোঞ্জেলসে?
চোকথরবা থবায় কয়াগী,
মমা-মচেম ওইবীশিংগী,
নোংমতা মীৎলু কংজম্রবী,
কপ্লতনা মশীঞ্জাং ওইজরবী,
মীৎপান্দা চাউনা পোম্লবী,
চিম্বাল থক-খা কংলবী,
কায়ন-মৈশাগী বারীসে?
নোংমদি শোয়ররোই নঙগীসু
অবা-তেংথা খোঞ্জেলনা,
শম্লাং ইফা-ফাদুনা,
চরাম-চাদৎনরবী নোংশা অমোমগুম;
মমীত্তো ঈচপমুক ঙাংদুনা
লম্মন খুন্নিংবগী মৈরিনা
পলেম ওইবী মহাক্না
নঙগী মংদা তেংথারবা।
খঙলিরোই নঙদি ঙসিদি

নৌনা তাইবংদা খোঙদারবনা,
মফমসিগী ঈশিং-নুংশিৎ,
অশাবতনা থল্লে হায়বা!
হলহৌবনা ফগদ্রা হায়রসু
নখোঙদি লৈমায়দা তাথোকখ্রে,
হংঙা হায়না কপথোকখ্রে,
তাইবংগী শাগৈদা তিনথোকখ্রে।
নরক্কী লমদম অসিদা,
অশিবগী থয়াৎ মপাসিদা।
অমুক্তা উজদ্রিবনা নঙদি
নোক্রি ঙসিদি মোমোন্না,
হয়েংগী লম্বী খঙদ্রিবনা!
অদুবুনে শকহেনবা!
ঙাইরিনে নঙবু খৌরাংনা,
হয়েংগী মতম্নদি লেপ্তুনা,
লাউ হায়না মফমদুদা।
কৌরি খুৎলাম তোয়না
চফু থুগায়বী য়াওরুসিলাউ,
তোর্ব্বান্দুদা লেপ্পুসিলাউ!
খৌরাংলবা অশি তোর্ব্বান্দুদা।
মংগী বারী শারুসিলাউ!
হিংনবগীদমক চারিবরা?
শিননবগীদমক পোক্রিবরা?
পীরম্মুবা পাউখুম মত্তদি,
নঙনা মফমদুদা চৎত্রিঙৈ,
মীরম্নেন্দা লৈরিঙৈ,
পাউখুমদুনা পুক থঙ্জগে
মীৎকুপ মত্তং ওইরবসু!
থম্মোয় মশেন্দি মরুপ্নি,
আত্মা মশেন্দি অমত্তনি,

থায়বরা শিংথলিবা নুংশিংথসি
নওগী শরুক, ঐগী শরুক
মুন্নবা য়াবরা অয়াম-য়ামদা
নওসু নুংশিং ফারগা চা
ঐসু নুংশিং ফারগা চা,
মাসু নুংশিং ফারগা চার
চপ মান্নে, খেন্নবা লৈতে।
থম্মোয় মনুং যৌরুরগা
তপ্না অমুক থোরক্লগা
অহাওবা নুংশিংকী সাগবদা
অমুক হন্না তিনখিদো!
অদুগুম্না অঙাং নওবু!
মাগী মতম্না লোইবগা
নুংশিত্তা তিনখি থবায়না।
মবোল-লোম্লম্বা তাইবং মীগী
হকচাং পোম্লাংনা তাহৌই,
পৃথি লৈমায় থকসিদা।
লৈহৌরিবা থবায় মচেৎশিংনা
চৎখিবা থবায় মচেৎপু
নুংশিদুনা কৌহৌই।
কপ্না-কপ্না হায়হৌই --
"চৎলোকো থবায় নুংশিবা!
অনৌবা মপোক অমদা
নও অমুক হল্লকখোকো!"
শিরগা অমুক তিল্লুগদবা,
থবায় য়াওবা চফুবু
করিগী থুগায়বী শান্নরি?
নওনা থুগায় মাগী চফু,
মাগী থবায়না পাইখি,
নুংশিত্তা অমুক তিনখি।

অমনা মুক থুগায় নঙগী চফু
নঙগী থবায়সু পাইখিনি।
নুংশিত্তা অমুক তিনখিনি।
চফু অচৌবদা পুনখিনি।
অঙম-অঙম হানবা তান্নরিবা!
চফু থুগায়বী শান্নরিবা,
লমদমসিগী ভাবোকশিং
মরু লুক্লা য়েংলি, তারি।
চিম্বাল থক-খা ফাজিল্লি,
কিজবনা থবায় মপাল থোকখিনি,
মাগী চফু কায়খিনি,
তুমিন লৈরিবা ঙাংদনা।
থবায় কয়ানা নুংশিত্তা তিনখ্রবা?
হকচাং কয়ানা মংদা তুমখ্রবা?
হিসাবনা কনানা পারিবা?
মমলনা কনানা লেপ্লিবা?
কনাগী পাইখ্রবা থবায়গী
হকচাং পোল্লাংনা লৈনুংদা?
মসিরা তাইবংগী বারীবো?
তাংলবা মপোক্কি হায়নরিবা?
চুম্লবরা হল্লিবা অর্থসিবো?
ব্রম্মামক্লা পোকঙমদে হায়নবদায়,
চফু থুগায়বীদা লোইদৌরিব্রা?
করম্বা কনাগী অকনবা,
কায়বা য়াওরোইদবা চফুনা
মফম কদায়দা থম্লগা
করি পোংনা খুম্লগা
থুগায়হন্দবা য়াগদগে?
চহী কয়া যুগ কয়া
কায়দনা লৈগদগে তাইবংসিদা?

সিফাই, সন্ত্রিনা ঙাক্লগা
অঙম অথৌনা শঙলগা
থবায় মানা হিংগদরা?
নোংমা শোয়দনা মতোমতা
মাগী মতম্না লোইরবদা,
মমুল ফারবা হৈরাংগুম;
উথক্তগী মুন্নগা কেন্নবগুম,
কেনগদবা লৈরবা থবায়বু
নংহৌররোই মতাগুম
নোংমা কাংদনা হাৎপগে?
মীগী থবায়গী মীরেলনা
ঈথৌ লাংবা লমদমসিদা
নঙদি কৈদৌবা লাক্লিবা?
হে অঙাং অপিখক!
চফু থুগায়বী য়াওগেরা?
নঙসু মংদা চংগেরা?
ইমা মণিপুব কপহনগেরা?

তাং ২০/২/২০০৩

# কংলা শাগী মশক ওন্নে

পলদি বাংই, চীংলোন মাপলনি,
খারম্লিবসে ইমা মণিপুরগী।
নীংখায়বদি হৌরম্লে, ঐনা পোক্ত্রিঙৈ'।
ঙসিদি লাক্লে, নীংঙমদা থম্মোয়দা;
উরুবদা খেন্নবা থম্মোয়গী লানশিংসে!
শোক্লরিবা ইমাঙদা নুংত্তিগী লমদমসিদা।
শাহৌ ফবী গুলাপকী পাম্বী অমা
হৌরম্মী সর্গগী লৈকোল'মদা

শাৎলক্ষ্মী লৈরাংসু অঙাংবা মচুগী,
মনমসু পুক্লিং হুখি সর্গগী লমদমদুদা।
পুরকখি থারুগে খন্না মশা'ম কক্লগা
মালেমদা তোমথিল ঙাল্লম্বা লমদম
মৈত্রবাক্কী লমলেনসিদা খুম্থোকঙেদা।
মথায় থায়না লৈশেম্লকঙেদা।
ঈশিং চাইবী, লৈহাও হাম্পী,
মালি মাগী থুম্লবা খুত্তুনা।
মথংগী অনৌবা ঋতুগী বসন্তদা,
লৈবাংগী লৈশাৎ তম্লকখি পাম্বীদা,
শাৎলকখি অঙাংবা গুলাপ ঙাক্তা।
মনমসু হুখি পুক্লিং মৈত্রবাক পুম্বে'।
কয়াদা মান্নরিবা। মমাগা মচাগা।
সর্গগী অশেংবা পাম্বী হায়বসিমক্তবু'
শোন্নখি লমদমসিবু অতৈ জাতিনা
সনা লৈবাক মণিপুর হাযনা।
বীজ্ঞানগী মঙাললাক্রে মৈত্রবাক্তা।
গুলাপ্পু গ্রাপ্তিং তৌবীরে মখোযনা।
শেংদবা নাতোঞ্জাবী পাম্বীগা তোযনা।
মথংগী বসন্তদা উদরে লৈপান্দা,
অঙাংবা মচুদো গুলাপকী অশেংবা।
পুক্লিং হুখিবা গুলাপকী লৈনমসু
শিনখ্রে লোইনা মনম'মনা অনৌবা।
সর্গদগী পুরকপা গুলাপকী মরাইবক্কুম
চাউরবা পলদু নমখায়দুনা মখোয়না
চঙলক্লগা মীয়ান ওইনা লমদমসিদা।
বাখল, চৎনবী, চাকচা-য়ুথক লমদমসিগী
ওল্লক্রে তপ্না-তপ্না মীয়ানগা য়েৎননা।
নুপী অঙাং লোন্দিম্নরে, মীয়ান মচাগা
চারৌ-মৌরৌনবা হৌরক্রে তপ্না-তপ্না

মৈতৈ শক্না মৈতৈ মাল্লক্লে,
মরিং-মরাংবা কুচু ওনগ্লে।
গুলাপ্না মাঙখিবগুম অশেংবা মচু
গ্রাপ্তিং তৌবীরুবে' মতুংসিদা ঙসি
মাঙখ্রে মৈতৈগী অশেংবা শক্তমসু।
শা-উচেক, হৈপাল লৈপাল লোইনমক
মাঙখ্রে মাগী-মাগী অশেংবা হৌরকফম।
চিংনরাক্লে পুক্লিংদা লৈরিব্রা হায়না
অশেংবা মৈতৈগী অশেংবা ঈ!
কনানা থিরুনি অহানবা পাম্বীদো
পুরকখিবদো লমদমসিদা ইহান-হান্না
গ্রাপ্তিং তৌখিদ্রিবা অশেংবা মৈতৈ
করম্বা কনাগী শাগৈদা লৈরিব্রা হায়না
লুপ্লবা বাহংনি থম্মোয়গী অচেৎপা।
উদা য়েংলুই নাশিক, গুলমোহোর,
উখিদ্রে, মৈতৈগী কৌবীলিয়া; তাইরেন,
উচেক্তা য়েংলুই বীলাইতি ঙানু, হায়দ্রা
ষন্দা য়েংলুই রেৎ সিঙ্কি, জরসি,
হুইদা য়েংলুই পোকেৎদোগ, অলসেসিয়ান
নঙগী অপাম্বসু মনাতোন তুম্বী, মমীৎ লাওবী,
মখোয়দি নত্তে অশেংবা মৈতৈদি,
নঙনা মৈতৈ শেংলবদি হায়য়ু!
নাতোন তুম্বী পামগদ্রা নৎত্রগা নাতোন নম্বী,
শোক্লরিবা লান্দি অনীগী মরক্তনি
নতোন মশেনগী মরক্কী লাম্নি।
অনী থোকপগী হৌফমসু মদুনি।
ঙা য়োকচবা পুখ্রিদু ঙামী'মনা
লৈপনসু বাংনা খাজবনি চেৎনা,
অতোপ্পা শেংদবা ঙা চংলক্তনবা,
চৎখিদনবা মাগী ঙাসু মীগীদা।

য়াদে দুবু ঈশিংগী ঈচাউনা
নমখায়বীখি পন্দু লৈমায় থেংনা।
চংলকখি, মীগী ঙাসু মাগী পুম্রিদা,
চৎখি মাগী ঙাসু মীগী পুম্রিদা।
পুন্নমক ওনখি শিংজুগী ময়াল।
গুলাপ্তা নাতোঞ্জাবী শাৎলক্রে ঙসিদি
হৈতুপ্তা সেমসু পান্নক্রে লমদমসিদা
কংলা শানা মীয়ানচা পোক্রে,
থাজদ্রে ঐদি ঙসিগী ঐখোয়সে
ওইরমগনি হায়বা মান্নবা পাম্বীগী চারা
অদুননি নঙনা হায়বদা মানা তানীংদ্রিবা
ঐনসু নঙনা হায়বদা য়ানীংদ্রিবা।
পুন্নমক লুচিংবা ওইনীংলক্রিবা।

তাং ১৩/।

## শিংদা দাম উরুবদা

ফজরে, নীংথিজরে, শিংদা দামসে!
ঈশিংনা নীক-নীক লাউরে ঈমায়সে!
দুবু খুৎশেমগা প্রকৃতিগা নীগী মরক্তা
শোক্করি লান অমদি মনুংদা।
কনা উদা কনা খঙদা লোন্না।
থোমজিন্নকই, লেপ্তনা মীগী মশীং
চাম্ম-চাম্মনা খুজিংনি, মঙা তরাদি অতোনবনি।
ছুটি খুদিং, নোংমাইজিং খুদিং
য়েংবা লাক্করি শিংদা দাম্বু।
মমিং লৈরে শিংদা দামসে ঙসিদি।
ঈপাল থাগী নোংজুনা লাকপদা,
চেম্থরকপা চীংজুমগী লাইজনা,

ফাজিন্দুনা থম্লবা দামগী ঈশিংনা
চাংজৌ মান্নরবা ঈশিংগী ঈমায়সে,
মবুক তপ্পা শাদুনা লৈরিবা তুমিন্না,
করি'মত্তা হায়বা ভমদবা শাদুনা,
মনুংদদি কপ্লিবনি থম্মোয় শোক্লা।
তেংথারিবনি, তাইবং মীদা মখোয়না,
চৈরিবনি অমুকসু অথীবা খোনফমদা,
পাউদম খঙদা বাহে শীজিন্নদুনা।
মসিদা থোক্লবা শীনখিবা নথ্রা,
মীয়াম হৌদুনা বারেপ লৌদুনা?
শেনয়াম থাদদুনা মতম চংনা।
হোংহনখিবনি থায়নগী শক্তম, মতম চুপ্পগী।
মাঙহনবীখিবনি হান্না লৈজরম্বা প্রকৃতিগী খুদোল।
মুৎখ্রে, লোইনা ঙসিদি, মশক-মমিং ঐখোয়গী।
অনৌবা মিংলেনসিনা ফজরবা 'শিংদা দাম'
শিনখ্রে লোইনমক মাগী মমিংনা।
থনখ্রে, মফমসি নিল-খোংলবা খোঞ্জেলতনা।
তাখিদ্রে, অথাপ্পদগী লাকপা তেনবাগী মখোল।
নাকোংসে মান্নরে শীংজানা য়ৈবগা
অচিকপবু হৈনজরম্বা পুন্সিসে ঐখোয়গী।
ওনখ্রে, সহরগুম নুংথিলগী মতমদদি।
লৈরম্মী, মতম অমদা ঐখোয়গীসু,
নীং তম্বা, অয়েৎপা য়াওদ' পুন্সি অমথক,
সংসার অমা তোপ্না ঈচেল ঐখোয়গীতা,
চীংমায়দা চুরকপা নোংগী ঈশিংনা,
হৈরাং-লৈরাং কয়া চামথোক্লগা
লোক্লুংদৈ চেন্থরকপদো বা বা,
কয়াদা নুংশিপ্লবা খোঞ্জেলদো তাজবদা,
তম্পাক্লমদা মায়ওন্দুনা থুনা য়াংনা
উনরুগে খন্না অনৌবা তমগী মরুপশিং;

লোক্তাক মায়গৈ তমজরকপা ঐখোয়না।
তম্পাক লম্বু য়ৌর মতমদুদা,
মরুপ-মপাং অয়াম্বা উনৈদো,
অবা-নুংঙাই বারী শানৈদো,
নুংশি-নুংশিবা ইপাও তম্নৈদো,
খুদোলসু তম্নৈ চান্নবা-চান্নবীদা।
'দুবু কদায় ঙসিদি?
ইখোঙ-ইখুৎ পুক্সিন্দুনা অনীমক,
চাউরবা পল 'মনা খারগা ঐখোয়বু
নাকন পুম্বা চেৎনা ফাদুনা
ইনীং তমজবা ফংহনবীদ্রে ঐখোয়গী!
মরুপ-মপাং উনহনদ্রে ঐখোয়বু
কৈশুম শঙশুম লেলহন্দ্রে পুক্সি।
নুংঙাইনবা লম্বী থিবদা তাইবংগী।
থাদোরকনি মখোয়না ঐখোয়বু অমুক,
লাক্রবা কান্দা মখোযগী কান্নগদবা,
মরুপ-মপিজা থেংনরোইদবা মতমদা।
অহাংবদা পাইজরম্বা চেক্রা কনাবু
ফাদুনা থম্বীবশুম পিজরা নুংদা,
ঈচেলবু করিগী ফাজিনবীরি অসুন্না?
ঐখোয়সু পাম্মী নীংতম্বা
তাইবং নখোয়না পাম্বশুম
নখোয়গী নুংঙাইবত থিদুনা
ঐখোয়বু বন্দি তাহল্লিবা মতৌসিবু
হৌন-লোনচৎলা তাইবং নখোয়গী?
ঐখোয়বুনা ফাজিন্দুনা থম্বীরগা নখোয়না
লিলা শান্নররি ইনাকসিদা লাক্রগা
য়েংনীংদ্রবা ফিজোল কয়া শেন্তুনা ইমাঙসিদা।
মীচিকপা তাঙ্গা য়েংলগা মখোয়না
হৈরাং লোঙ্গা চামিন্নরি, লৈরাং লোজিল চিনমিন্নরি।

ইখুৎ-ইখোঙ পুন্নবনিনা ঐখোয়দি,
লাও-খোংদুনা তানবসু ঙমদেদো।
চামশিন্নন্মী অমুকসু অমোংপা মফিদু
লাইজ ঐখোয়গী ইথানুংসিদা।
লাইথুং পক্কুনা পুম্নগদৈ শরুক
ঐখোয়বু নীংতম্বা ফংহনবীরো!
ঈপাক অচৌবদা পাংজন্নগে?
নীংতম্না পোৎথাজরুরগে মফমদুদা
মহাসাগর হায়বা লমদমদুদা।

তাং ২২/৪/২০০৪

# নুপীগী মমল

চীংগী বারীনি, তান্নবা খুঙ্গংগী,
লুহোংলে পাখংদো শকহেনবী অমগা,
পোক্লে, মচানুপা'ম ওন্নকপা চহীদা।
লুনা তৌবী, মমৌদুবু মনেম-মকুনা,
মচানুপা পোকপী মমৌ ওইবগী,
নুপানা খুল্লিংবা খুঙ্গং ওইবনা।
শুহন্দে, থবক অমত্তা মমৌবু,
লুনা তৌবীরে, রাণীগুম থম্বীরে।
চৎখ্রে, য়ুমগী মীদি পামদা লোইনা,
শঙহৌই মদোম চাউরবা য়ুমদুদা,
মচা পমদুনা নুংঙাইনা লেল্লি।
কল্লকই, লৈকায়গী লৈশাবী 'মনা
নুপীসিবু মচানুপা পোকপী, শকহেনবী!
পাম্মী, কায়নহনবা নুপাসিগা মাগা
ওইহৌনবা নুপাসিবু মাগী কোন্না।
শীল্লে, শারৌ 'মদি ফজবা,

বাখল, বুদ্ধি তৌদুনা মতোমতা।
অসুন্না লেন্নকপা চহী হায়রক্লে।
অঙাংসু চাউরে, লেপ্পা ওন্নে।
লৈকায়গী লৈশাবী ফণ্ড-লৌশিং হৈবী!
শারু-ঙারু অচৌ-'চৌবা মানা চাবগী
খোমজিন্নে মপৈ ওইনা মফম 'মদা,
কাংখদা ফুম্বীরে মৌদুগী ফমুংগী,
কনা খঙহন্দনা তুমিন্না মানা।
নোংমগী কোরৌ অমদি —
মৌনা হায়জরকই মপুরোইবদা।
"পামদা চত্তবা মতম কুইরে,
ঐসু পামদা থবকশুবা চৎকে,
ইচাসু চাউরে হৌজিক্তি,
মপানা য়ুম্বু শঙবীরো অমুক?"
য়াবীদুনা নুপানা মাগী বাদুদা
চৎখ্রে, মৌদো পামদা শিল্লাংবা।
থবক শুখ্রে কন্না নুংত্তিগী
মরম মোকপী ওইবনা মাদি।
লাক্লে, লৈকায়গী লৈশাবী!
চিরোল তৌররে নুপাদুদা তোয়না,
তমশিল্লে, ওইদবা বাহৈ কয়ানা
অশেংবা-অচুম্বা শাবা বাহৈনা —
"য়েংউ! নঙগী নুপীদো মরৌ লৈবী!
উবনি, ঐনা নুংত্তিগী মাবু
অরোনবা থবক কয়া য়ুমসিদা তৌবা।
মানা চাবা শা-য়েনগী মরুনা
পৈরিবসি য়েংউ মাগী কাংখদা,
মী উদনবা হায়দুনা লোথলিবনি মানা,
চাবনি থোংলগা মতোমতা নুংত্তিগী
নখোয়না পামদা চৎখ্রিঙেদা লোন্না,

মাবু থল্লবদি অসুন্না য়ুমসিদা
মুৎলনি শোয়দনা নখোয়গী ইমুংসে।"
বাখল ওল্লক্রে নুপাসিগী
প্রমান য়াওবা পাউদুদা নুপীদুগী।
খল্লক্রে খায়নরগে মাগী নুপী;
লৈকায়গী লৈশাবীগী থৌশিলদগী।
থেমদুনা পুরক্রে মাগী নুপীবু
সনা কোনুং লৈবা তম্পাক লমদা।
চংলক্রে, নিংথৌগী কোনুংদুদা মদোম
নুপী অমা য়োনগে হায়ররে নিংথৌদা।
মশক য়েংগে হায়রবদা নিংথৌনা
য়েংহল্লে মাগী নুপীগী মশক্তো।
পাল্লে, নিংথৌসু ফজবা শক্তুদা,
চৎনবী অমা লৈকনা নিংথৌশিংগী
ফজবী হেক উবগা মিতাকগী,
মমল পীদুনা লৈহৌরে খুদক্তা।
চীংদা হনখ্রে নুপাদো হরাউনা,
কপ্তুনা লৈহৌরে মাগী নুপীদি।
লৌখ্রে, নুপাদুনা লৈকায়গী লৈশাবী,
পাম্নরে নৌনা মখোয়'নী অমুক।
হৌরক্রে চক্রিদো মাগী হৈনবী,
পামদা চৎসি য়াদ্রে মাদি
য়ুমদা লৈহৌরে রাণীগুম্না।
চারে, য়েনশা, ওকশানচিংবা,
মতোমতা হাওনা থোংদুনা নুংতিগী।
লায়ররে ইমুংদো য়াম্না থুনা,
নুপীসিনা মৌ ওইনা লাকপা নুমিত্তগী।
নীংশিংবা হৌরক্রে নুপাদু ঙসিদি —
শকহেনবী, পুকফবী, মরম ওকপী,
মাগী তালোয় হান্নগী লাঞ্জদবীদো!

য়োনথোকখ্রবীদো, মমল লৌদুনা নিংথৌদা।
পিরাং পিরোইননা কপ্পা হৌরক্লে।
মচাসু চাউরে ওসিদি,
পাঙ্গল ফরে, পাখং ফারে।
অশেংবা মমাগী বারী হংলক্লে।
তাক্তবা ওমদ্রে মপাসু মচাদা।
বারী-খঙলদুনা মমাগী অশেংবা,
লাক্লে তমদা মমা থিবা,
চীংলোন কয়া লান্দুনা মচানা।
মমৈদা উনরে মমাগা মচাগা;
মফম অমদা চিক্লা লোন্না
পাউদম্নরে পুক্লিংগী বাফম কয়া,
কপমিন্নখ্রে মমা-মচা পুক্লিং পেন্না।
'দুবু অতোনবা কাংলুপ ওইবনা মাদি
চংজফম লৈত্রে কোনুংদা মাগী,
অহীং লেনফম লৈতরে মাগী,
তন্না হনবা তারক্লে মরমদা।
বানা হন্নকপা লম্বীদা মানা,
য়েক্লবা কাংবু'ম থেংনরে অতোপ্পা খুনগী।
মকোক কক্তুনা হাংখ্রে পাখংদুবু!
মকোক্লা লুখা থানবা পুখ্রে মপা-মপুগী।
মশানা লম্বীদা হন্দোক্লম্লে।
মচা লৈরমদ্রবদা কোনুংদা মমানা
মচাগী খোঙ্গুল লিরক্লে থিন্দনা।
ফংলে, লম্বীদা মচাগী হকচাং মকোক য়াওদনা,
পেন্না কপচৈ, তেংথাদুনা মমানা।
পোদুনা পুরক্লে মচাগী হকচাংদো
মপাগী লৈফম খুন্দু তানা।
উৎলরে, য়েংউ হায়না মচাগী হকচাংদো।
কপখরে মপাসু তৌফম খঙদনা,

হৌগ্লবা মাগী অরানববু তেংথাদুনা।
হনখ্রে, কোনুংদা শাওনা নুপীদো।
লাক্রে, নুপদুসু কোনুংদা তম্না,
ইম্নরক্নুনা লম্বীদা নুপীনা চথখিবা।
তুররে, নিংথৌগী মাঙদা, খুরু খুদুপ কুন্দুনা।
নিজরক্রে পীবীরো মাগী তালোয় অমুক!
নিংথৌনা থম্লকই অবাংবা মমল;
পীবা ঙমদনবা হায়দুনা নুপাদুনা।
পীবা ঙমদ্রে, মমলদো নুপীদুগী,
মীগী হায়বদু ওইশ্লবনিনা ঙসিদি!
কপ্পা-কপ্পা হনখিবা তারে নুপাদো
মরোল-মরাল তাক্র তুংসিদা।
লৈহৌরে নুপীদি রাণীগুম্না কোনুংদা।

তাং ১০/১১/২০০৬

## খম্বা থোইবীগী অরোইবা শরুক

পেন্দে, ঐদি পেন্দে,
বারীবু অসুম্না তৌনব্রা?
তাংলবা মীওইব'ই মপোক্তা
পোকঙমদনসু পোক্রগা
অসুম্না বারী লোইশিনবা
য়াজনীংদে, ঐদি য়াজনীংদে।
খম্বা থোইবীগী পোলোইদু।
কবো লোই থাবীদুনা
চীংদা কাদুনা শীংচলহনবা,
পাত্তা কুমদুনা লোং খোলহনবা,
পাম্মু মশুং লাংগীদমক
কয়া বানা খাঙজখিবা।

খম্বা মাসু 'দুমঙাই
অঙাওবা কাওরেন ফাহনবা,
উকায়দা হাৎকে মতৌবা,
শামু খোঙয়েৎপীদুনা
হৌজ কয়া ঝাহনখিবা,
পাম্বা কৈরেনসু হাৎহনখিবা
'দুগবু ঝারীনি হায়দুনা
খাঙভুথক্তা লোইশিনখিবা,
য়ানীংদে ঐদি য়ানীংদে।
চহী 'মত্তং পান্নহন্দুনা
নুরা-পাখং অনীবু
য়ুম্লেপ চারা লিংহন্দুনা
নুংঙাইবা য়ুম্বাল পুন্দিদা
থোইবী মাগী গর্ভনুংদৈ'
পারি 'মত্তং ফংজরম,
মোইরাং পুংজাও অহৌবা
'মুক হম্না থিল্লম্লোইদ্রা?
পারী-নমদ পোদুনা
পম্বৌ মোংবা মরানয়াইদা
হিয়াঙ্গৈ থানা লাকপদা
থোইবীনা চাকৌবা চৎপদা
মোইরাংগী লম্বী শরক্তা
মীনা কৃক-কৃক ইম্লনা
য়েংনবদো অমুক্তং
উহল্লম্বা ময়াবনি।
হল্লকপগী পুংফমদা
পম্বৌ-থোঙ্গাল অতোংবদা
খুনীং কাংনা লেপ্তুনা
খুবাক লৈখল শাদুনা
থোইবীনা লাক্কদবা মায়কৈদা

খম্বা মানা ঙাইরম্বদো
কয়াই' মতিক নুংঙোল্লম্নি।
খুদুপ তরুক্কা লেপতম্বা,
খম্বা মাগী শাবানবু
থোইবী মাগীসু 'দুমঙাই
নীঙনা খোইরেনগী ঙমজবী!
নুরা পাখং অনীবু
পুংবা শানা শেন্নগা
পাবি 'মত্তা শাৎহন্দনা
মমোম 'মত্তা পোমহন্দনা
লাইগী শায়োন্নি হায়দুনবু
অসুম্না বারী লোইশিনবা
ঐদি পেন্দে য়াজনীংদে,
খম্বা থোইবীগী বারীদো।

তাং ২৯/১০/২০০৬

## ময়োল কংখ্রবা উপাল

কুমগী অশিৎ-অৱানথানা লাক্রবদা
উরক্কনি, চীংদা লম্মৈ চাকপা।
চীংদা লম্মৈ চাকপা উরগা অথেংবা অহিংদা
ডাক্তর কমলনা শৈথারম্মী —
"চাক্রিবা লম্মৈ অথাপ্পা চীংদা
মুৎচখিনিকো মথন্নতা!
অহীং তাংলৌ থেংজিল্লক্কুনা
তারক্লগা নোংমদোন লিক্লা।"
মালংদা তিনখ্রবসু থৱায় লৈরাংনা
লৈহৌরি কবিগী ময়েক্তি হোংদনা
শুরগী ঈপোমদা তিন্দুনা তাইবংসিদা!

শমথহৌরনি ইতিহাসকী ঈচেলদা।
কয়াদা লাইবক ফগ্রবা মহাক্তি!
খওদে, কনানা থারিবা লম্মৈনো চীংদা?
লাপ্পা উরুবদা পুক্লিং হুহল্লিবা কবিগী?
অশিৎ-অবানথা লাকপা খুদিং
লেপ্তনা চাক্লদি লম্মৈনা অসুম
উরক্লরোই লম্মৈ চাকপা চীংদা।
তুংদা লাক্কদবা মীরোলনদি!
চীংদা হৌবা উপাল-বাপাল,
নারক-মোংশোঙনা লোইশ্লবদি
অহীংগী লিক্লাসু তারক্লরোই;
অহীংগী লিক্লানা তারক্লদি
মৈরিসু মুৎচররোই মথন্নতা।
অহীং তাংলৌ থেংজিল্লক্লনা।
কংশ্লবা উপালগী ময়োম্না অসুম্না
অশিৎ-অবানথাগী মৈরিনা বাইবদা
ময়োন্দি চোংলক্লরোই অমুকহন্না।
হৌরম্মী উপাল অমা শাক্তিগী,
য়াম্না বাংনা মালেম পুম্বদৈ উবা ফংনা,
পীক্লবা চীংলৈবাক মচাসিদা।
য়েল্লম্মী, পাউজেল শাক্তিগী মালেমদা,
শেম্মীরম্মী, চায়া কয়াসু ধর্ম্মগী,
মফম খুদিং চক্তুনা শিন-থুংনা।
আগস্ট থাগী তাং ১৬ নি,
২০০৬ কী
কৃষ্ণ জনম নুমিৎনি শেংলবা থবানগী,
লান্দারকখি, শেংলবা ধর্ম্মগী লৈকোলদা।
ভক্ত কয়াগী পুন্সি লোমখি।
লম্মৈগা মান্নখি চীংদা চাকপা,
উজাওগী ময়োনসু মৈবায়খি লম্মৈনা।

মৈশানা খাওমদ্রবা উজাওগী ময়োলনা
কংবা হৌরকখি উপান্নুংদা মদোম,
শিংলি-নাওরি লানশিল্লকখি উজাওগী,
নিফুতরুক্লিশুবা নুমিত্তনি
উজাওনা লৈমায়দা তুখিবদো!
মরা ফুক্লগা হাইথরকখিবদো!
লাপ্না উবা লম্মৈগী মৈশাদি
ইনাক্তা মৈশা য়ৌরক্লবসু;
অশিৎ-অবানথাগী লম্মৈগী মৈরিনা
মীয়াম মরক্তা লানশিল্লক্তুনা
ময়োল কংনা চাকপীব্রবা উপালনা
মালেম থক্তা হাইথরকখিবসিদা
অতাবা, অউবা থম্মোয় লিশিংগী
লকা নুংদা চাক্লিবা মৈরিসিদি
অহীংদা তাবা লিক্লানদি
কৈদৌনুংদা মুৎহনবা ঙম্নরোই।

তাং ৫/১০/২০০৬

## শ্রীরামগী ভক্ত ওইজগে

ধৈন্যনি, মচা অফবা পোকপা ধৈন্যনি,
পুন্যগী লম্বী ফংজরবনি মালেমদা।
চাউথোকচৈ, দশরথ মহারাজ!
অথোইবা মচা মরি ফংজবগী।
অহল মতম ওইশিল্লক্লবদা নিংথৌনা
খল্লকই, সিংহাসন থাদোক্লগে!
পাত্র-মন্ত্রি তান্নদুনা মুন্না
থৌরাং লোইহ্রে, রাজ অভিসেকী।
হরাউনরে, লৈবাক প্রজা পুম্বা

রাম্না নিংথৌ ওইরনি তাবদা।
উদ্রে, রাণী কৈকেয়দি
য়াওরদ্রে হরাউ-তয়াম্বা মরক্তা।
নুংশা থীরক্লে, দশরথ মহারাজ
তালোইলক্তগী অথোইবীনা উরক্তবসিদা।
থিরকই কৈকেয়গী লৈরমগদবা মফমদা।
নুংহিক্লনা লৈরম্লে রাণীদো সৈজাথক্তা,
মন্থরানা সেবা তৌদুনা।
মরম হংলক্লে নিংথৌনা
মতাং চাদ ওইনরিবদুগী।
থম্মোয় কায়খ্রে, দশরথ নিংথৌ
রাণীগী থৌরবা পাউখুম অনীথক্লা —
"ভারতপু রাজ অভিষেক তৌরগা
রাম্বুনা বন্দা থাগ্রসি!
চহী তরামরিগী মতম কায়দনবা।"
লৈমায়দা হাইথখ্রে দশরথ নিংথৌ,
মচাগী মৈরিনা হকচাং থুংখ্রে।
ওনখ্রে, মিকুপ্তা পুর্ণিমাগী অহীংদো
থামম্লবা থাসিগী অহীং অমা।
অযোধ্যা লৈবাক্কী কোনুংদো নুমিত্তুদা।
পাঙখ্রে, শ্রীরাম বনগী মায়কৈদা,
মপাগী বাশক ঙাক্লনবা
লোইনখ্রে, সিতাসু রামগী তুংইন্দুনা,
লক্ষমনসু য়াওখ্রে ময়াম্বগী সেবাগী,
থাদোক্লমদুনা নুংঙাইরবা নিংথেমকোন।
অভিশাপ অমনা মপান ফরিঙৈগী
চৈরম্বদো অদুঙৈদা মীৎউদ্রবা অনীথক্লা
শ্রবনকুমার হাৎলুবা পুংফমদুদা
সজিনি খন্না লোক্তা ঈশিং থকপা
কাপ্পদা পানখিবা দশরথকী তেন্না।

পান্নরে, অভিশাপকী চৈথেংদো মঙোন্দসু,
মচা কায়ন মৈচাক্লা শিবা তারে।
দশরথ নিংথৌ নোঙ্গাখ্রে অসুন্না।
লাকফম থোক্রে নুংঙাইবা পুংফম অমুক!
লাক্লে, অযোধ্যাদা নুংঙাইবা পুংফম;
চহী তরামরি লোইদ্রি ফাওবা।
হল্লক্লে, শ্রীরাম কনগী খোঙচত্তগী
অবাবা কোঙ্গায় নংলুর' তুংদা।
লঙ্কাগী রাবনসু লানবীরল্লে,
মনাও বীবীসন্দা সিংহাসন খুৎশিন্নরল্লে।
নিংথৌ ওইরে রাম্না অযোধ্যাগী।
লৈবাক প্রজা হরাউনরে ঙম্নমক।
লাকফম থোক্লে অবাবা অমুক হন্না।
অযোধ্যা লৈবাকসিদা রাম্না পানবা।
চহী ফাওবা ফাবা নথ্রি মতমদো;
লাক্লে অকনবা নোংহৌ অমগমুক,
পূর্ণিমা ওইনীংদবা অযোধ্যা লৈবাকসিদা
রাম্না করিগী নিংথৌ ওইরুরিবা?
চত্তুনা থিরুরে অবাবগী লৈফম,
শ্রীরামগী শেংলবা সনা খোঙনা লেংদুনা।
থোবী ইমুংদা খৎনরল্লে মতৈ-মনাও,
অনীদু খাইনবগী মতাং য়ৌরল্লে।
চৈরক্লে থোবীনা নুপীদা মাগী
— "লৌরবসু রাম্না সিতাবু মাগী নুপী ওইনা;
লৌরুরবা তুংদা রাবন্না কুইনা,
ঙল্লোই ঐদি লৌশিনবা নঙবু!
রামগুম্বা নত্তবনিনা ঐদি!"
কায়হনখ্রে, রামগী থম্মোয় মিকুপ্তুদা;
বর্জ চাম্মনা তারকপগুম্না কোকথক্তা।
থাদোকপা তারক্লে রাম্না সিতাবু

মরাল অমা থংজিল্লগা লান্দবীদুদা!
মশাসু লুম্নবা মতমদুদা মমা ওইবগী।
নীংবা থুংহন্নবা প্রজা অমথক্কী
নীংবা কায়বা তারে নিংথৌ রামদি!
য়াথং পীখ্রে মনাও লক্ষ্মনদা,
মশানা পাঙথোকপদি ঙমদ্রদুনা রান্না।
নুং-পাল ওন্না খাঙলে শ্রীরাম,
কনা খঙহন্দনা মদোম ম্নাকোনুং মনুংদুদা।
থেমদুনা পুথোকখ্রে সিতাবু
বন য়েংলুসি হায়দুনা লক্ষ্মন্না।
করিসু খঙজদবনা সিতাদো
হরাউনা য়াজখি মনাওনা হায়জবদু।
থাদোক্রম্নে, সিতাবু অশোক বন্দা,
মদোম তরক ছন্দোক্রম্নে লক্ষ্মন্না।
কপচখি লক্ষ্মনসু হিক্লা-হিক্লা
শিন্থখি মীৎলুদগী পিরাং লেপ্তনা
থম্মোয় কায়না অবাবা খাঙখি,
চেপথরগা য়েংখি মতৈমবু লোন্না,
মতৈমনা কৌহৌবদু তানা-তানা,
থম্মোয় কনবা শাদুনা।
খুমদনা হন্নক্লে লক্ষ্মন কোনুংদা।
লৈহৌরে সিতাদো অশোক বন্দা
চহী তরামরি বারুরবা তুংসিদা অমুক।
হে রাম! জগত্তা অথোইবা!
পূর্ণিমাদগী থাসিনা হেন্না পামখিবা!
মান্নদবা পুকচেলদুনি নহাক্কী
তাইবং কনানা লাম্বা ফংখিদবা!
কল্লকচে ননাই ঐহাক্তি নঙবু!
শুমেরুনি নঙদি মালা পরেংগী,
ম্নজিংনি নঙদি চীংশাং পরেংগী!

পীনবীয়ু ননাইবুসু পুক্নিং অমত্তং
মতম চুপ্পদা নীংশিংনবগী পাঙ্গল,
পুক্সি খোঙচৎনা লোইদ্রিফাওবা
'হে রাম'! হায়বা মিংথৈসে কাউজদবা!!

তাং ২৮/১০/২০০৬

## মরুভূমিদা মরুদিয়ান

মঙালন অমদি কায়শ্রবসু,
ভক্ত শ্বারুপা দামুদর মহারাজগী,
ভক্ত অমদি থুংলরমাগ্নে ঙসি,
পীক্রবা, লাংলবা লমদমসিদা।
খাঙবসু হৈরক্রমাগ্নে মাদি —
বোমগী মচেৎনা পানবগী চৈনা
শাওবা ওইরমগনি গর্ভনুংদা;
চৈনাদুনা হৌদোকপীবা ওইরমগনি,
তুমখুল তাঞ্জরিবী মহাকপু!
থাবুম নিপালদা থোরক্লে মহাক,
শীংনরগা লম্বা তৌরগে য়েক্নবগা
হোগায়দুনা মমাগী থারবা কুয়োমদু।
নিপানশুঙা মচানি কৃষ্ণ মহাকসু,
বশুদেব, দেব্যকী অনীগী;
পোকখিবনি কৈশুমশঙদা মথুরাগী।
চহীচাসিদদি কুনমাথোইশুবা ঙসিগী
লাক্লরোই মাদি কৃষ্ণগী কুচুদা,
লাক্লরোই অমুক নুপাগী শকফমদসু,
নুপীগী মতম লাক্লবনিনা মালেমদা ঙসি
মরমদুননি লাক্লিবসে মানা নুপী ওইনা।
লংফৈ চৎপশিংদা মরুভুমিগী লমদা

ফংহল্লি হায়বদাই বারবা কান্দা য়ৌনা,
মরুদিয়ানগী লমদম অমা ঈশিং লৈবা?
মরুদিয়ান থিনরিবা লমদমসিদা মরুভূমিগী
নোংগুম্লক্রবদি মানা ভক্ত ওইনা ঙসি
অবাবদি কোক্রনি শোয়ররোই
লৈঙাকপী ওইর'দি 'মানা লমদমসিগী।

তাং ২৬/৮/২০০৬

## ডাক্তর কমলগী চন্দ্রনদী

য়েৎনরি পুক্লিংদা ঐগী
মরৈ অমা লেপ্লা লৈতনা।
উরুবদা মাঙদগী ঈচেলসে!
মীয়াম মাঙদা চেল্লিবা,
তাইবং মহৈকোল মন্দিরসিগী
মমাঙমক্তদা য়াম্না হৈনীংদনা।
ঈচেলদি লেপ্লে তুরেলসিগী,
নোংজু থানা লাক্রবদি,
অবাবদুগা পাঙথক ওইরে মহাকসে!
লাইথুং পক্ল'কনাগী,
লোইবা নাইনা ঙাইরিবা
বানা খাঙবা পুন্সিগুম্লে।
খনবীরুদে কনানসু নোংমত
য়েংবীরুদে হন্না'মুক্তা,
মনাক্তা চেনবা ঈচেলনিনা।
খঙলকই, ঐসু কুইরব'ই তুংদা
চন্দ্রনদী হায়বদো মসি ওইরে।
থাজরম্বদো মতম অমদা
মাগীদমক অশৈবা অমনা লমদমসিগী।

ওনখ্রে 'দুবু ঙসিদি মাদি
মেরাখোং হায়না মিংগৌনখ্রে।
ঙা ফারি ঈশিংপশিংনা,
মখুত্তা তুংগোল পায়রদুনা,
ওল্লবনিনা মাদি লেংদ্রবা ঈচেল।
মোৎলে, নৈরে, মোৎপা য়াবা,
অচৎ-অওব্বী নাতোন মেল্লে।
হায়জরম্বনি কবিনা থুপ্লমদাইদা —
"লোক্তাকলোমদা তল্লমই, লাইজ ঈচেল চেল্লিঙৈদদি,
মপাল নাইদবা অমম্ব সমুদ্র, তমখ্রে হৌজিক্তি।
কনানো শকহেনবা মীগী তৌর্ব্বান্দা লেপ্তুনা।
ঈরুজগে থৌরাংলিবা, খৌরাংবা মিৎয়েংনা য়েংদুনা?
ঈরৈবাক্তসু তুরেল লৈ, ঈচেল কংখ্রে খল্লিবদু,
তৌদুনা য়েংশি অমুক্তা, য়েংসি থোরকপা লাইজদু;
লুরবা লাইজ ফংগনি, ঈরুজরবদি ঈশিংদুদা
ইংগনি পুক্লিং হকচাং,
কয়া নুংঙাইগবা পুক্লিংদা
লৈ-সু থাসি তোর্ব্বান্দা,
য়ৈসি হিদেন্দা চেক্কী থাক,
ঙমজরনি ঈরুজবা অশোন-অনা পুল্লমক।"
পানখ্রে, নিংথৌ কয়া হোং-হোংদুনা লমদমসিদা।
তাখ্রবনি, মখোয়গী মনাদা কবিগী শৈরেং চন্দ্রনদী!
তৌবীদে, শেম্বীদে কবিনা পামজরম্বদু।
ওইখ্রবনি বাখল লৈবা অশিংবা কয়াসু
হোং-হোংদুনা মহৈকোলসিগী লুচিংবা!
উবীদে, খঙবীদে চন্দ্রনদীগী নুংগী বারী।
থোরক্লি ঙসিসু লৈকোলসিদা শকহেনবদো!
মরৈবাক নুংশিবা কবিগী পুক্লিং খঙবীবা!
তুরেলসিবু তৌদুনা শেম্নীংদে মখোয়
অরুবা লাইজ মশক খঙদে মখোয়দা

হোরেন নুমিদাংগী য়েঙ্খাং তেঙ্কোংনা হেন্না লুরি,
হয়েং অয়ুক্কী ঙারেন্না হেন্না মহাও লৈরি,
অমোংপদি হৈজিল্লি ঙসিসু তুরেলসিদা।
ঙাইখিবা তারি ঙসিসু ঐখোয় তোর্বানসিদা লেপ্লুনা
থোরকপা নুপা অমা শকহেনবা।
মরৈবাক, মরমদম্বু শেংনা নুংশিজবা;
শেল্লনবা তুরেলসিবু তৌথোক্লুনা নৌনা
মহৌশাগী ঈচেল হল্লক্লবা তুরেলসিদা
লোক্তাক মায়কৈ তমজনবা ঈচেলদুনা।
শেল্লসনু নুপাদুনা চেক্কী থাক্কী হিদেন অমসু
অশোন-অনা লাক্লুনা ঈরুজরনবা।
মদুদা কোকচরসনু লংজখিবা পাপ্তু মখোয়না।
মপান্দসু থারসনু মখল-মচুগী লৈরাংশিং,
অচৎ-অওকশিংনা শীংথানবা মখোযগী মনমদা
ওইহল্লসনু মফমসিবু সর্গগী লৈকোল অমা!!

তাং ২/১১/২০০৬

## ঙরাং অহীংগী মঙলান্দো

শাল্লরক্মী, নীঙ তম্না চেন-চোংনা,
মশাইগোনসিদা ইমা মহাক্কী,
চীংবুরোই, তম্বুরোই অনী পুন্না,
ঙরাং অহীংগী মঙলান্দা ঐগী।
চাক্লুক অমত্তদা চামিন্নখি পুন্না;
ফিদা অমত্তদা ফম্মিন্নখি তিন্ননা,
খুজাই মত্তদা থকমিন্নখি ঈশিংসু।
লম্বীদা লেংগোম্নদুনা চৎমিন্নখি ঐখোয়,
লম্বী-থোংসু শিং নাল্লক্মী,
কৈথেন্দা মী মখল চোন্না তিল্লক্মী,

মনা-মশীং পীক থম্না য়োল্লম্মী।
লৌবুক-লমহাং ঈশং-শংলম্মী,
শা-যম্না যঙ্গাবুংদা শজিক চারম্মী,
উচেকশিংনা খোংলম্মী উশাথক্তা নুংশিনা।
পুম্রি, খোংবাল ঈশিং থল্লম্মী,
ঙানুশিংনা হরাউনা শান্নজরম্মী;
থরো, থম্বাল ফুগায়না শাৎলম্মী;
নামিবা নুংশিৎনা হুম্বদা পাৎপানগী,
থম্বানা লৈয়না জগোই শারম্মী।
ঙামিশিংনা ঙা ফারম্মী হি তোংদুনা,
নোংথক্কী অতিয়াশু শংবানবম্মী।
চীংদনা চীংমীনা পাম য়াল্লম্মী,
হোই লাওবগী খোঙ্গেলনা নিল্লম্মী।
চেম্বরক্রম্মী লোক্কী ঈশিংসু তম্পাক তম্না,
য়াওরক্রম্মী ঈচেলদুদা নুংশিনবগী পাউজেল।
লৈরাংগী লৈনমদা খোইমুনা ঙাওরম্মী,
নুরাগী বাখলদা পাখংনা ঙাওবম্মী,
অশাওবা শকফম 'মত্তা উরমদে।
মীশি-মীনা য়াওরমদে, মীকপ খোঙ্গেলসু তারমদে।
খাকিগী ফিজোলসু উরমদে, ফিঙৌশেৎপীসু উরমদে।
নোংমৈ মশক উরমদে, কাপ্পগী মখোলসু তারমদে।
সাধু-বৈষ্ণব লাইনীংলম্মী; ধ্যান-তপ কায়রমদে।
স্কুল, কলেজ, মহাবীশ্ববিদ্যালয়শিংদা
মহৈরোয়শিংনা মহৈ তম্লম্মী পুক্নিং চংনা।
মায়খোঙ খুদিংমক মোমোন্নরম্মী,
জাৎ-বীজাৎ, চহীগী খেন্নবা খায়দনা।
'দুবু মঙলান্দু লোইখিরম্মী অদুক নুংঙাইরবা।
মিকপ থোরক্রম্মী তুম্লুবদগী তাইবংদা,
চহী য়াঙ্খে তুম্লুবগুম খল্লক্রম্মী,
কুপখিরম্মী অমম্বতনা অতিয়া পুম্বসে!

অহাঙবা মফম অমত্তা থিবা ফংলমদে;
লোৎখিরম্মী, থা থবানমিচাক ঙমনা লোইনা,
নোংঙাল্লকদবা পাখৎলম্মী ঐহাকসে,
মঙলান্দা লোইথিবা পাম্লক্লম্মী পুন্সিসে।।

তাং ১/৭/২০০৩

## লাইথুং পক্লে ইমাসে

পলেম ইমা অপোকপী।
মালেমদা অনী শুদবী,
ফজরবসু ঐগী ইমা;
থীরবসু ঐগী ইমা,
ইমা নঙ য়াওদনা,
নচা হিংবা ঙম্লোইনে।
নচা ঐনা পীক্লিঙৈ,
ইমানা লৌরাং শুম্লিঙৈ,
নচা ঐবু শুম্বীরম্বদো;
অমোনবা মোমপাক থক্তুদা।
ঐনা মিকপ থোক্লকপদা,
ইমাগী খোম্লাং থিরকপদা,
ইমা নঙদি লৈরমদবা;
ইমা নত্তবা ইনেনা
পলেম নত্ত পলেম শাদুনা,
অশেম্বা খোম্লাং ইনবদা;
থক্লীংদে হায়না শাওরুবদা,
ইনেনা শাওদুনা চৈথিবা,
নঙন্দা পোপ-পোপ ফুথিবা,
ইমানা খোম্লাং নংথরগা
ইয়ুম মোংবা ইরানয়ায়দা

ঐগীদমক বাক্সরদুনা,
মৈবু ওক্ল তুংদুদা,
ঐবু খোল্লাং মায়োক্লবীদুনা
পুক্লিং পেন্না থকচখিবদো;
পলেম করম কাউসিগে?
পলেম ইমা অপোকপী!
মালেমদা অনীশুদবী,
নঙতনা হেল্লিকো ঐগীদি।
ইমাগী খোল্লাংগী মহাওদি
অমৃত চাম্মদৈসু হেনবীনি,
গঙ্গাদগীসু হেন্না শেংবীনি,
মমা মচাগী মরীদি
খোল্লাং মানা পুনবনি,
পুকুং খোয়রিদগী হৌরক্লবনি।
করন্না কাওরসিগে ইমা!
হাদ! পলেম অপোকপী!
দুবুনে ইমা ঙসিদি
মতমগী লায়না অকনবা,
ইমাগীসু শরুক থুংলবোই,
ইমাদি লাইথুং পক্লেদো!
কেন্সর কৌবা লায়নানা,
ইমাগী খোল্লাংদা চিকপা হৌখ্রে।
খোল্লাং নংথৌ য়াখিদরে,
লায়েংবা মতমসু হেনখরে।
থকপা ফংদ্রবা মমাগী খোল্লাং
তুংগী নচা চাম্ম-চাম্মনা,
অশেম্বা খোল্লাং থক্লুবনা
মমা নুংশিবা খঙদরে,
খোল্লাংগী অর্থ লৈহন্দরে,
ইমাবু হাৎকে হায়রক্লে।

'দুবুনে পলেম নুংশিবী।
নচা ঐদি কাউদরি,
ইমাগী তমপাথক্তুদা;
কয়ারক হন্না চোৎহনখিবা,
অহীং কয়া তুমহন্দনা,
অমোৎপা মপৈ-মপৈনা,
ইমাগী-তম্পাক মোৎহনখিবদো;
অসিবু করম কাউগনি,
পলেম ইমা অপোকপী।
মালেমদা অনীশুদবী,
ব্যরৌবীনুকো ইমা নচাবুদি —
খোম্লাং লমন শিংখিদে হায়না
ঙসিদমক খঙলক্লে নচানা,
ইমানা তূম্নমদাই মিকুপসিদা।

তাং ২৪/৮/২০০৩

## নাইতোম পাইরিবা তেলঙ্গা

হো তেলঙ্গা। চিক্লা ঈংনা নদোম তরক!
অহাঙবা অতিয়াদা নাপন তৌনা,
মালং-ইপোমগা থেঙ্গায়নরিবা!
নোংমদোন লৈচিল মনাক নক্লা,
থৌনা ফরে উথলিবরা নঙবু?
ঙমগদরা হায়য়ু! মফমদু য়ৌবা?
থম্মোয় শেংনা তম্মুবা 'মুক্তা ঐঙোন্দা!
লৈজবা পুক্লিংগী লংজা পুম্বসে,
থাদোক্লগা শমজিল্লগে নঙগী পুক্লিদা!
ঙম্নবদি নঙনা পাইবা মফমদু য়ৌনা,
পাউদম অমত্তংদি পীবীরম্মু মঙোন্দা,

তামথ্রবী মাগী মফমদা শোয়দনা।
ঙরাং অহীংগী মণ্ডলান্দা ঐগী —
লাক্লম্মী, মানা চিরোল তৌরম্মী,
ইচা নুপাদো মানা পুখিবা,
চাউবা কাংদোং ফারে ঙসিদি
লৈচিলদা শাগোল তোংদুনা শাম্নরে,
মমা-মচা য়াম্না নুংশিনরি তম্মী।
ঐনা পাউখুম পীগে তৌরুবা মিকুপ্তা
তাইবংদা মিকপ 'মুক থোক্তুনা ঐবু
নুংশি পাউমেন্নবা ফংখিদ্রেনে মাগা!
নীংবা কায়না য়েংহৌবদো মানা,
মচানুপা উনহনগে হায়বম্বদো মিকুপ্তুদা;
লাক্কদবা মান্দ্রে মণ্ডলান্দো 'মুকহন্না।
মাগী পুন্সি চেংজেল লোইরমদাইদা,
ঐবু তোয়না কৌজরম্মী হায়,
মচানুপাদু পোকপা নুমিত্তুদা,
মমা-মচা চৎমিন্নখিবনি হৌনদুনা।
ঐনা থুংলুবা মতমদুদা মনাক্তা,
য়াতাবনা হাল্লম্লে মখোয় 'নীদি
তাইবংগী মরী তৎলদুনা পুন্না,
অশি থেনগী থোঙ্গালদা অনীমক।
হো তেলঙ্গা! বাংনা পাইরিবা!
ঙমগদবা লৈরবদি মফমদু য়ৌবা,
উম্নবা থোক্লবা করিগুম্বা মাগা
তম্বীয়ুকো লেপ্তুনা য়েংহৌই হায়না,
লৈচিলগী মায়কৈদা মমায় থাঙ্গত্তুনা
ইচানা শাম্নবদো লৈচিলদা শাগোল তৌংবী।

তাং ১৮/১১/২০০৪

# অরাপ্পা চীংগী মৈরি

নীংশিংলকই, উবদা মৈঙালসে।
লাপ্পা তাম্না উরিবা চীংদা।
খুৎশাদো তনৌরবী নুজাগী
ঈশিং গিলাস থম্না পায়খিবী,
খুজি অমত্তা শিখিদবী খুদাংদো।
হায়খিবদো নুংশিরবী চিম্বালদুনা,
খোয়থুম্নবা ৱাহৈশিংদু মাগী
মোং-হ্যাদবা অয়িংবা খোনফম অমদা।
"ইবুং! ঈশিং থকপিয়ো!"
খৌরাংবনা খৌগংলবা চরমসিদা
গর-গর লাউনা মখোল থোকখি,
ঐনা ঈশিং থকপা মতমদা!
পেনখি, থম্মোয়সিসু মনুং য়ৌনা।
হংলকখি, অনীশুবা ৱাহং অমসু,
নুংশিরবী মাগী চিম্বালদুনা অমুক্কসু
"ইবুং! ঈশিং অমুক্কা পুবীগে?"
ঐনা খুমখি পেন্নবা থম্মোয়সিনা
"য়ারে, ইচল পেন্নে ঐহাক
লমন অমদি তোনশিন্নে ঙসি
অহাউবা ঈশিং পীথকপগী নঙগী"
মোমোন নোকখি মায়থোংদুনা হরাউনা।
খুন্নকখি অমুকসু নুংশিরবী চিম্বালদুনা
"ঈশিং থকপবু লমন তোন্নব্রনে?
ইবুং নঙসে নবুক ফজেকো!"
কায়নরমদাই মিকুপ য়ৌরক্রবদুদা,
থোংবাদা লেপ্লগা য়েংহৌখি মানা,
হায়হৌই অরোইবা ৱাহে অমনা —

"ইবুং! মুক চৎপীয়োকো!"
ঐনা খুমখি, খুন্নিংত্রবা চিনসিনা
"লৈহৌরোকো ইচল! নোংমা অমুক লাক্নে!"
থাংনীংদ থাংনীংদ ঈখোঙসে
লাপথোরকখি তপ্না খুঙ্গংদুদগী
হন্না য়েংলমখি মাবু অমুকসু,
য়েংনীংমন্দুনা মীৎসিনা অরোইবা ওইনা।
হাঙ্গরকখি, মখুত্তু ঝাংনা থাঙ্গত্তুনা।
ঐবু য়েংনা বীদাই পীহৌখি।
তান্না লৈহৌরে মাদি তান্নবা মফমদুদা,
লাপ্পবা চীংগী চীংদোলগী খুন্দুদা!
কুমজা কমওন কয়া হৌখ্রে।
তমদা ঈশিং কয়া চাউখ্রে,
চীংদসু লম্মৈ কয়া চাকখ্রে।
চীংগু-তমসু ফিজেৎ হোংখ্রে।
মরী তৎপগা মান্নরে ঙসিদি;
বসন্ত কয়াসু চৎখ্রে নীংঙাইদনা।
নীংশিংলক্লে শক্তমদো নৌহৌনা ঙসিদি
তান্না লৈহৌরবী চীংগী লৈরাংদো!
ঐবু নুংশিনা কৌখিবদো মানা —
'ইবুং' হায়না কয়ারক হন্না।
নবুক ফত্তে হায়খিবদো মানা,
নীংশিংলক্লে লোইনা ঙসিদি অমুক
চৎনীংলকই মনাক্তা অমুক্তংদি
উনীংলকই নুংশিবী শক্তমদো মাগী।
মনুংদা অশেংবা মমি'ম তাখিবদো!
উরগা মৈরিসে অথাপ্পদা ঙাল্লিবা,
লেপ্লিবোই নীংই মানা তান্না
পায়দুনা মখুত্তা মৈরা অমা নুংশিবগী
ঐবু লাকপা ঙাইরিবোই নীংই।

লাপ্লবা চীংগী অবাংবা চীংদোন্দুদা।
'দুবু, লৈবম্নরোই মাদি মফমদুদা,
লেপ্পুনা য়েংলক্লবোই থোংবোদা পায়রগা
নীংথিরবী চীংগী ফিজেৎ শেত্থুনা
খুদাংদা খুজি অমত্তা শিদবী মহাক্তো;
ওইরম্ননি শোয়দনা মপু অমগী।
মমিদুদনি ঙাওরুরিবসে ঐনা,
ফাবা ঙমহৌদ্রবা শক্তম অমগী
মসিরা অবাপ্পা চীংগী মৈরি হায়বদো,
মৈশা ফাওদনা চাক্লিবা থম্মোয়দা?

তাং ১৮/১১/২০০৪

## ক্বাক্লা বাহোংগী মতু থেৎলুবা

য়েংউ! ক্বাকসে ফজবদ্রা?
বাহোং মাপ্লে মশক অসে।
মকোকসু, মশাসু, মমৈসু
বাহোং মতুনা য়োমখরে।
ক্বাকী মিটিং ফম্নবনি,
বাবেপ'ম লৌররনি শোয়দনা,
ক্বাক্তু তিনবা য়াররোই ক্বাকী কাংলুপ্তা।
পাইখ্রগনি মহাক বাহোংগী মায়কৈদা।
পুক্লিং মকা লামজরনি,
থাক অমদি কারে খঞ্জদুনা।
বাহোংগী মরক্তা তিল্লুবগী।
অথেৎপা মতুনা কয়াম চেৎকনি?
কেনবা হৌরক্লে, বাহোং মতু,
ক্বাক্তু কাক মাল্লক্লে 'মুক
বাহোংগী মতু কেনবা লোইখিবদা।

বাহোংগী মিটিং ফম্নরনি,
ক্কাক তানবা হৌরক্লনি,
ক্কাক্তু অমুক পাইরক্লনি,
ক্কাক্কী মায়কৈ য়েংনা অমুক।
ক্কাক ময়াম পুন্দুনা,
ক্কাকপু ক্কাক্লা হাৎখ্রেদো!
য়েংউ! ফজদ্রা লৈশাবী অসে!
মীয়ান মান্দ্রা মশক-সে!
মনাতোন কাসু তুম্লিসে!
ফিজেৎসু সারি শেৎলি-সে,
মমীৎ, মমায়, চিম্বাল, পীশুম,
মীয়ান্দা মীয়াম্নী মশকসে,
ফিলম কুম্ববু য়ারনিনে,
হিন্দিগী সিনেমা অমগী।
লৈশাবীসে য়েংবদা ফজবী,
মশক্লা মীযান মানবীসে,
ফিজেৎসু মীগী শেৎপীসে,
মশাসু মীয়ান্দা ওংখরেনেসে!
মমাযদা শিন্দুরসু নমখ্রেনেসে!
মচাসু মীয়ানচা পোকখ্রে মদি।
নোংমগী নুমিৎ অমদি —
মীয়ান তুমিন চৎখ্রে ময়ুমদা,
মরৈবাক মরমদম পাঙখরে।
মীগী ফিজোল শেৎলুবী,
মনাতোন তুম্মী খল্লুবী,
মমীৎ লাওই চাউথোক্লুবী,
মাযদা শিন্দুর নম্লুরবী,
ওকশমদা মঙ্গলশুত্র শিরুরবীদো!
ফনেক শেৎলগা লৈহৌরে।
খোম্থি চাবে, মীনোক চংলে,

মীতিন শিথলে, মীনপ কামশিল্লে।
শিননবা লম্বী থিরক্লে তোয়না,
হিংবা বারদুনা মচিন-মনাও মরক্তা।
তাদুনা লৈরম্লে নোংঙাল্লকপদা,
মোৎলবা খোঙনুং অমদা;
মমা-মচা পুন্না শিরম্লে।
পুক্লিং, বাখল, বুদ্ধি মবুক থন্দবা মাদি
অসুম্না লোইবা হৌনবোইরে?

তাং ২৯/৪/২০০৪

## কৈমচা কনানা য়োক্লুবগে

অদুঙৈগী বারীদি নত্তে, কুইদ্রিবনি;
চহী খরগী মমাঙগী বারীনি।
ফত্ত লৌশিংনা নিংথৌ ওইনীং'বইনি।
য়োকখিবনি মানা কৈ মচা অমা, মশাফরবা
পীজখিবনি চানীং-চানীংবা কৈদুনা,
য়াথং ইম্নবা কৈদুনা মাগী —
চিকউ হায়বা মীদু চিকউ য়ানবা।
চিকখিবনি, কৈদুনসু চীকহন্নীংবা মীদু মানা।
অদুগা কাপ্পিবনি ভোৎ মানা নিংথৌ ওইবগী।
লুহোংবীরে কৈদুবু চাউনা, মথৌনা লৈবী অমোম'মগা।
মানা নিংথৌ ওইবা কুমদুদা!
চাবোক ফত্ত্রে কৈ অমোমদো, মচা য়াম্লে, শাগে চাউরে।
চাকথাক তাল্লকই অহেনবা, অহাওবা চাগে হায়রকই কৈনা।
শোমদনা শাসন লৌইরকই নিংথৌগী,
চহী মঙা ফারক্তুনা সরকার পায়বা।
ইলেক্সন তৌবা তারক্লে, অনৌবা নিংথৌ খন্নবা।
কৈনা তাল্লকই চিঙ্গাক হেন্না, শোমদনা ভোৎকী অহেনবা চাদিং,

চিঙ্জাক পীবা ঙমদ্রে কৈগী,
কৈগী শাগৈ শাওরকই।
মথৌ তৌনীংলক্লে মবুক থন্দ্রবনিনা;
ওনশিনবা হৌরক্লে মপুদা তোয়না।
শারংগী থোং হাংদোরক্লে, মফম তারবা নিংথৌনা লোন্না।
থোরক্লে, কৈনা পরেং-পরেং, শারং মনুংদগী হৌনদুনা।
ময়া খিগৎ-খিগত্তুনা লোইনা।
য়ৌপ্লে কৈনা লৈকায়, খুঙ্গং, লোইজি-লোয়া লৈবাকসিগী।
থিরকখি, মানা পাম্বা চিঙ্জাক ফংগদবা মফম খুদিং।
মশীং য়ামখৎপসু লেপ্তে কৈগী, চাবোক ফবী মমা য়াওবনা।
কৈগী মশীং য়াম্মনখিবনা, লৈবাক হা-হা-কাব লাওরক্লে।
বানরে, কিনবে, মপাল থোরুদ্রে মী 'মত্তা।
কৈনা চাখিদ্রা কিবদগী, শঙ্কর ফাওবা পীকশিন্নপ্লে।
মরু লূকথপ্লে, হান্নগী নিংথৌদো!
হৌদোরকপদা কৈগী বারী; কনানা কৈ মচা য়োক্লুবনো?
হংনরক্লে তোয়না ঙসিদি, কনানা কৈ ফাজিনগনি অমুক!
করম্না ফাগনি অশুক য়াম্বা কৈসিবু কনানা?
মচুনা যাল্লিবা — অঙৌবা, অমুবা, অরাংবা শুরে।
কৈবন চনবা হৈত্রবা লৈবাকসিদা, কনানা সরকস তম্বীদুনা কৈগী,
কৈশিংসিবু লম্বীদগী হোইদুনা পুরগা,
শারং মনুংদা চংহনগদগে?
মসি নথত্রা বাহংসে, লৈবাকসিগী ঙসিগী?

তাং ১০/১/২০০৫

# অনকপনা লাপথোকখি, অরাপ্পনা নকশিল্লকই

উবা ঙমদে, অশেংবা শক্তম
ইনাক্তা লৈরিবা ফজবশিংসে।
ঙস্মী, উবা অরাপ্পদা লৈহৌরবা কয়াবুদি।
খল্লুদে, অসুম্না ফজরমগনি নোংমতসু,
ঐগী পোক্লফম খুঙ্গংদো তামহৌরবা।
খাঙপোকশঙদো মতম'মগী ঐখোয়গী
পীক্রবসু মগুন্দি লৈথিবনিদা।
নাওশুম্বীরকখিবনি ঐবু অহীং খুদিং;
ঐনা হিপখিবা ফমুং মচাদো,
লাইরিক ওরাইফম চিল্লবা কাচিন্দো,
তংলবা, মল্লবা ফক মচাদো,
মাঙগী ফক্লাংদা গান্ধীজিগী মুর্ত্তি'ম।
পোদোন্দুনা মরোল'ম তেঙ্গালি কারিবা।
নাতোন মনুংসি মুখিবনি তেঙ্গালিদুনা।
পরাদু ফাম্নবা পাখিবদো ঐনা
থেঙলবা অহীংগী পুংফমদুদা,
শঙখিবনি, অবোক্লা মোইথাপ নাইরগা।
নীংশিংলক্রে ঙসিদি অমত্তা চিংথদনা।
পাকপনি, চাউবনি খুঙ্গংগী শান্নবুংদো।
ঐনা শান্নবা য়াওখিবা লম্পাক্তু।
খোঙ-কাঙজে, ফুটবোলগী মশান্নশিংদো,
ঐবু লাকচনা লম্বাদুনা ঐগী
মুক্লানা থাধরগা চনখিবনি পাঞ্জল,
নীংশিংলি মাবু ঙসিসু ঐনা
ঐবু মানা লাকচখিবা থৌদোক্তুনা।
নকশিল্লক্রে, মখোয় ইনাকসিদা লোইনা।
শাথহৌবনি লৈরাং কয়াসু ফজ-ফজবা।

লৈকায়শিংদুগী লৈকোলশিংদুদা মতমদুদা।
খোইমু কয়াসু পাইহৌবনি ঙংনা,
য়াওহৌবনি নুংশিবা লৈনম চেনবীসু,
পুক্নিংনা হেন্না খোয়দাজবী লৈরাংসু,
ক্ষাওখিবনি মতমদুদা থম্মোয়সিদা
তোয়না উনীংবগী বাখল'ম ভত্তনা।
নাতোনসিনসু নম্নিংখিবনি মনমদো লৈরাংদুগী।
'দুবু থাদোকপা তাখি খুঙ্গংদো ঐগী,
ইহৈ তন্নব'ইদমক সহরদা লৈরগা,
ঙসিগী ফিভমসি তারক্নবা ঐগী।
তামহৌবে, ঙসিদি খুঙ্গংদো ঐগী;
নকশিল্লক্লে বারীদি মতমদুগী ইনাক্তা
জৌবনগী মতম্না হেন্দোকখ্রবা তুংসিদা।
ইথক-ইপোমসু নেমথখ্রবা,
পুক্নিংগী জ্বারসু হষ্খ্রবা মতমসিদা!
নীংশিংলক্লে তামখ্রবা লৈনমসু,
ফাওরক্লে নাতোনসিদা তোয়না,
কাওরুরবশিংদো মতম কুইনা।
লৈরে ঙসিদি সহরগী লমদা।
নিল-খোংলবা মখোন মরক্তা।
অকনবা লানফম্নি মায়োক্নখিবা পুন্সিদা।
ফিভমসি তান্নবা হোৎনখিবদো ঐনা।
লৈরবসু ফুরা দলানগী মরক্তা,
শাদোং ওইরবসু ফজবা কারদা,
লৈরুবনা নক্না মখোয়গী মনাক্তা,
মহাও য়াওদ্রে অমত্তসু অপেনবগী,
লাপথোকখ্রে লোইনা ইনাক্তগী,
মহী চুপথোকখ্রবা কোম্নাগুম্লে;
খোইহি লোকখ্রবা খোইরাগুম্লে;
থম্মোয় মথোই কাদরে,

পূক্লিং য়েংনীং হন্দরে,
লাক্লি মণ্ডলান্দদি তোয়না
তামথ্রবা মল্লবা বারী ভাক্তনা।
লৈরাংগী লৈনমসু মল্লবা,
মরুপকী বারীসু মল্লবা,
লৈনবা য়ুমসু মল্লবা,
মল্লবা বাখলনা পোৎথারি পূক্লিং
অনকপনা 'সুম লাপথোকখি,
অরাপ্পনা 'সুম নকশিল্লকই।

তাং ১/৪/২০০৪

## চানবা মচু

শকৎলু ঈশেদো নওগী নুংশিবা!
হো! নহা খোঞ্জেল ফবা!
লেপকনু, ইবদা অইবা নহাকসু;
বাখলগী তাম্বাদো মতম-মতমগী।
শাগৎলু জগোইদো নহাকী ফজবা!
হো! জগোইগী লাইরেম্বী নহাকসু!
শকপবু লেপ্পবা নহাকী ঈশে,
ইববু তোক্রবা নহাকী শৈরেং,
শাববু ইকাইয়প্রবা নহাকী জগোই,
নোংমদি শোয়রোই লাকনি,
মতম মানা পুরকনি,
ফজরবা মনি-মুক্তাগী লুহুপ অমা।
লেপ্তনা হোৎনরিবা নহাকী কোকথক্তা।
ঈশে তানীংবা মীওই লিশীং,
শৈরেং পানীংবা মীওই লাখ,
জগোই য়েংনীংবা মীৎ কোটি,

লোইনা নকশিল্লকনি ননাক্তা নওগী,
খুনিং কাংদুনা য়েংলখিনি মখোয়,
নওগী মমলনা বাংলবা কান্দা।
নোংজু থাদা নোং চুরক্লবসু
নিংথমথাদা উন তারক্লবসু;
কালেন থাদা নুংশা শারক্লবসু
ঋতু খুদিংনা হোংলকপদা
মখোয় লোইনা মশক হোংপ্রবসু
নওগীদি ঋতুগী অহোংবা লৈররোই।
নৌদুনতা লৈরগনি মালেমসিদা।
কনানা পাম্মী অশংবা মচু,
কনা'মগীনা অঙাংবা মচু,
কনা অমনা খনগনি আতিয়ামচু,
অঙৌবা, অমুবা, নাপু, হঙ্গামপাল,
লোইনা ফংগনি থিবু থিরবদি,
নওগীসু মচু'ম খলহৌরো।
পুন্সিগী অঙনবা অয়ুকসিদা;
চুননবা নশা পুম্বদা মচুদুনা
নহাক্না পাম্না খঞ্জখিবা।

তাং ১২/৪/২০০৪

# অহিংবা কোক

চৎলি অমুবা কোক ময়াম'মা।
পরেং-পরেং লম্বী শরক্তা।
মান্নদে, শকসু অমত্তা, ঙরাংগীদুগা ঙসিগীসিগা।
'দুবু, মান্নবগুম খল্লি, চাউয়েংগী মীৎয়েংদদি;
মীগী মী অমহানিনা, ঙরাংগীসু, ঙসিগীসু।
চৎখিদৌরি, অসুন্না মীয়ামদি লেপ্তুনা,

লম্বী-শরক্না লৈরিমখৈদি।
'দুবু, শিখিদৌবা ঙাক্তনি উরিবা কোকশিংসে,
মাগী মতম্না লাক্ল'কান্দা।
খল্লুদে, কনানসু মিকুপ অমত্তংবু
অসুম্না শিগনি নোংমদি শোয়দনা।
শরক্কী মীদি চৎপা লেপ্তবনিনা।
য়াওরেনে! শিরোইদবা কোক অম'নীদি—
চৎলিবা মীয়ামসিগী মরক্তা নুংত্তিগী।
উরোই, য়েংবদদি চুম্নগী মীৎসিনা,
উগনি 'দুবু অশেংবা কোক্তু —
য়েংলবদি থম্মোয়'নুংগী অশেংবা যন্ত্র থাদুনা।
হায়নৈ, পুলিসে লাম্লোনবা লাকপনি,
"শেন্দোং তানগে খল্লুরগা
শেল্লেপ মাঙদুনা হন্দৌরে" হায়না।
য়াওবরা হায়য়ু! শেন্দোং পামদবা কনাগুম্বা?
শেন্দোং পাম্বা মীয়ামশিংসিগী মরক্তা?
মহাক্কী কোক্তুনি থিরিবসে ঐনা
লম্বী-শরক্তা চৎলিবা কোকয়ামসিগী মরক্তা।

তাং ৫/১১/২০০৫

## থাদোকপা, কৎথোকপা অমসুং ঙাকপী হৈবা

থাদোকপা, কৎথোকপা অমদি ঙাকপী হৈবা,
চাউরবা থৌদাং অহুম্নি মীওইকগী।
পুরক্কনি, অহুমসিনা মালেমদা শান্তি।
থাদোকখি, শ্রীরাম্না নিংথৌগী সিংহাসন,
কৎখোকখি, নিংথৌ খুভম লোম্নবী'মচা ভারত্তা।
ঙাকপীখি, ঙাকপী হৈক্রবা মহুরাগী·মরাল।
পুরকখি, তুংদনা লেংদবা মিংচৎ লৈবাক্কী।

থাদোকখি, সোনিয়াসু প্রাইম মিনিস্টরগী চৌক্রি,
কৎথোকখি, ডাঃ মনমোহোনগী মফমদা।
ঙাকপীখি, মায়োক্তা লৈরম্বা ভারতকী মীয়াম্বু।
পুরক্কনি, মাগীসু মতম্না লেংদবা মিংচৎ তুংদা।
য়াওরক্কনি শান্তি, অয়িংবা নুংশিৎনা হম্নকপদা।
শন্দোকখ্রনি, মালেমদা ভারতকী মিংচৎ।
মসিবু কৌরোইদ্রনে অঙাংবা ফিদম?
থাদোকপা, কৎথোকপা অমদি ঙাকপীহেবা?

তাং ২৩/৫/২০০৪

## লৈ অমসুং নুপী

শাৎলম্মী, লৈরাং অমা,
লোইবী চীংগী নাপোম অমদা।
মদোম তরক মকা লাম্না,
লৈশকশু ফজে, লৈচুসু নীংথি,
লৈনমসু চেল্লি, পূক্লিং হথি।
তিংখংসু পাল্লি মশাদা,
য়েক্লবদ'ই ঙাকথোকচনবা।
গুলাব কৌবী লৈরাংনি।
খনখি, থাক্লগে চার অমদি
পুরকখি, মশা'ম তমদা;
থাখি, পূক্লিং চংনা,
তমগী লৈকোলদা মফমচাবা।
ফজরে, নীংথিরে লৈপালদো!
মপাল পোম্বা হৌরক্লে,
শজিবু থানা লাকপদা।
মাম্রে, লৈশক-লৈচু
হাম্নগী চীংগী লৈরাংদুগা,

খেন্নদে লৈনমসু করি'মত্তা।
পেঞ্জরুই থম্মোয়সিনা ঐগী,
মান্নবা মশক-মচু অমদি মনমদুদা।
চীংগী লৈদুগা তমগীদুগা।
লৈরাংগা চাংদম্নরবদি নুপীগা
মান্নফম থোক্তরা শকসু গুণসু?
বাহংনি ঐগী পুক্লিংগী —
মান্নবা শকফম উরগা পুক্লিং পেনবগুম;
মাঙগ্রবা মমি'মগী বাখলদা
বাখলসু পোংথাজে, ঙাইহাক শকফমদুদা।
শকমান্নবী শকফমদা মিতারকই পুক্লিংনা
খল্লকই, মগুণসু শোয়দনা মান্নরমগনি।
নীংশিংলকই লৈনমদো তামথ্রবী মাগী
মান্নরমদে 'দুবু লৈরাংগা নুপীগদি।
ওইরম্লে, লৈন লৈ, নুপীন নুপী।
খেন্নবা লৈরম্লে চাউনা, 'নীসিগী মরক্তা।
থম্মোয় পানবী নুপীদি, তোঙানবা থম্মোয় পাল্লম্লে;
হৈরাংগুম হৈগুং নাইরম্লে, লৈরাংগা চাংদম্নবা য়ারমদ্রে।
চাংদম্নরম্নু বাজনি, হে! নীংবা কায়রবা শকহেনবা!
নঙনা থিরিবা শকমান্নবীদো!
মশক্তনি মান্নবা, মগুণদি তোঙানবা চেনবনি।
চৎথ্রবী মাদি লাপথোক্তুনা নংঙোন্দগী
হল্লক্লরোই অমুক, মাগা মান্নবা থম্মোয়দি।

তাং ১০/৫/২০০৫

# য়েঙ্খাং তেঙ্কোৎ

ফমথৈ, ঐনা চাকচাফান্দা,
চাকখুম্মাংগী বাই তৈরবা মফমদুদা।
থম্মী, পুখম তেঙ্গোৎ, খুজাই মাঙদা।
উরকই — তেঙ্কোত্তা য়াওরিবা য়েঙ্খাং মচল।
আলু, যাইপল, উয়েন, ঙাফক।
খল্লকই, খাখল কোক্তা ঐগী
য়েঙ্খাং ময়ানসি চাগদৌরিবা ঐনা
উয়ান অমদা পুং অমা পুল্লুরবা,
অশাবা মৈথক্তা মুন্নবা থোংলুরবা,
মরু-মরাং, তিলহৌ-চনম,
যাইঙং, শিং, হৈরুবোব, তেজপাৎ,
লোইনমক য়ান্নরবা মনম নুংশিনবা,
ঙারি-ঙাতাই, অতৈ ময়ান,
থাওদা ঙৌদুনা লোল্লুরবা কুইনা,
থুম-মোরোক থাকপা লোইরগা
ফদিগোম থাক্লগা থাংথববা তুংদা
থেল্লববনিকো ইমাঙসিদা ঐগী।
খৎনদে, মখোয় চাম্নৈ লোইনা,
পুন্না চংমিন্নখি, উয়ান্দুদা লোইনা,
পুজারিনা হায়বা ইন্দুনা ওন্নমক।
লিংজেল চপ মান্নখি মখোয়!
হাওনবা হোৎনবদা য়াখি পুজারিনা।
মরোই-মপাং, থুম-মোরোক,
চাংমান্নবা চুপশিনখি মশাদা,
মদুনা পীরৈ লৈতোন্দা মহাও।
চীংদা হৌবা উজাও, উপাল,
থাংজি কৌবা উপালনা কংলগা

মশাদা চোংলকই থাংজিয়েন,
অতাওবা য়েঙ্খাং মচল ওইনৈ।
চীংয়াগী তম্পাক নীংথীবা,
কুমগী নোং চুরকপা কান্দা,
য়াইপল লৈরাংনা শাংকায়রকই
তাইবংনা হেক্তুনা য়েঙ্খাং মওইনৈ।
লোক্তাক্তা লৈবা পোরোম্না,
ফাদুনা খাবক শেন্নগা,
মীওইবগী য়েঙ্খাং মশৈন্নৈ।
পুন্নমক উয়ানগী মথেলনি,
মীওইবগী লৈতোন পেন্নবনি,
তেঙ্গোত্তা থেন্নবা মচলনি।
মাগী হায়বা লৈজদ্রবা,
অচৌবা থবায়গী চেংজেল ওইনবা,
তাইবংগী সেবাগী হিংজরম্বা
থবায় মচাগী মপোক্নি।
পিদোল্লবী ঙাক্তনি মখোয়সি!
চাদবদি য়াদেদো হিংনবা,
শ্বরসি লেপ্তনবা থবায়'মগী।
উরকই 'দুবু মখোয়গী পুন্সি
খল্লকই ইতোমতা তুমিন্না,
ও! পুন্নমকসি থবায় মক্তনিকো!
থবায় অমগী হিংনবগীদমক
থবায় কয়ানা বলিদান কথলিবা!
মখোয়গী মপোক উয়ানগীনি,
মৈথক্তা ঙৌদুনা মুন্নগা
লৈতোন্না মহাও তংলগা,
হাওরেদা হায়না শোল্লিবা!

*নীংশিংবীরম্মু মিকুপমত্তংদি*
*নঙনা চাগদৌরিবা মচলশিংদো*
*থবায় মত্তনিকো অপিকপা!!*

তাং ১৩/৫/২০০৪

## কয়াৎ অহুম

মীৎ তাংবা, না পঙবা, লোনথোক্তবা,
নৎত্রা অহুমসে তোল্লবা তাইবংদা?
মখোয় অহুম ৱারী শানৈ।
চিক্লা ফল্লগা কা অমদা। মীৎলু পিরাং শীন্থদুনা।
তাহৌই ঐনা ৱারীদো অহুমগী।
মীৎতাংবনা হায়রকই অসুম্না, —
"ভায়! ঐগী মীৎসিনা তাংলমদ্রবা,
লৈরম্লোই তাইবংদা ঐনা ঙমদবা।"
না পঙবদুনা খুম্লকই, —
"ভায়! 'দুবুদি ঐশুনি —
ঐগী নাসিনা পাঙলমদ্রবা,
ঐনা কনাবু কিরুনি?"
লোনথোক্তবদুনা ইঙ্গিৎনা হায়রকই, —
"চুম্মী মরুপ অনীগী ৱাফমদু;
ঐনা ঙাঙবা ঙম্লম্লবা,
তাইবংদা লম্বা লৈরম্লোই ঐগী।
খঙবীদে 'দুবু ৱাখলসে ঐগী;
নাম্ম শোয়রবনিনা কনানসু
মনুংদা লোৎলিবা হৈ-শিংবসে ঐখোয়গী!"
মীৎতাংবদুনা অমুক খুম্লকই, —
"ফরে, 'দুদি মরুপ অনী!
ঐখোয় অহুম্মক পুনশিল্লদি অমখক্তা ওইনা,

নাম্মা শোয়বদি কৌফম থোক্লে।
তৌরম্লসি থবক'মদি অফবা;
হিংলম্মী খঙনবা মালেমদা ঐখোয় 'হুম!"
হে! তাইবংদা অথোইবা!
চুং-ফিরাল চারকপশা!
করিগীনো তুমদুনা লৈথোক্লিবা নাখোক্তুনা?
নিঙাইদনা ঙাইরিবা মতম্না হৌখিবা!
নুংশিদ্রা নখোয়বো 'অহুমগী ৱারীসে?
মীমান্নদ্রবা থম্মোয়গী তেংথাগী ৱারোলসে?
লোন্না শানরিবা কনা তাহন্দনা! মীৎলুদগী পিরাং শীহুদুনা,
কাউগনু শকহেনবশা! তাইবংদা চাক্তারিবা!
নপাঙ্গল নথৌনা ফরিবা নখোয়বো!
কারম্মু অৱাংবা চীংদোলদু লোন্নবা,
পান্দম ওইরিবদো মীমান্নদ্রবা 'অহুমগী,
নরমদম, নজাতিবু থাঙ্গৎলম্মু চীংদোলদুদা,
পাঙ্গল ফবা মশেল খুৎশন্নদুনা,
উননবা মালেমগী মমীৎ লাওবা জাতিশিংনা!
থুংহল্লম্মু নখোয়না অহুমসিগী ৱাশকসে!
তাইবংদা মীমান্নদ্রবা অহুমগী পান্দমসে।

তাং ২৪/১০/২০০৬

## ফাঁসি সগাই কারমদাই

নোংপোক চিংথৈ হল্লক্রুমাল্লে,
মঙাল অমদি লাকপগুম উরে।
গোবীন্দগী মঙ্গলার্তিগী শরিক্কী মখোল,
গীর্জাশিংদা কাংসিগী খোঙ্জেল,
মসজিত্তনা অল্লাহু অকবর,
মথং-মথং তারক্লে নাকোংসিদা।

অদুবু, চিংনরি থম্মোয় অমনদি কন্না,
নুংঙাইরবা পুংফমসি লাকপ'ইদমক।
যানা খাঙলক্লবা অহীং লাইরেম্বীনা,
অহীংগী থৌদাং লোইরদুনা মাগী
ময়ুমদা হন্নবা থৌরাংলক্লে।
মহুৎ শিলহৌরনিদো অঙানবনা অমুক
মাগী মতম'মুক য়ৌরক্লবনিনা।
অদুবু, নুংশা থীজরি থম্মোয় অমনদি
নুংঙাইরবা পুংফমসি য়ৌরকপ'ইদমক।
মহুম পোন্দা চেক্লাগী
নুমিৎ-শীংবুম শুরক্লদুনা মরূমগী,
মরূমদৈ 'মচা ওনগদৌরমাল্লে,
মকোক লিৎথোরক্লে মরুম্মুংদৈ
কৌরৌ মাবু উনীংলক্লমাল্লে।
অদুবু, মিহুলগী খোঙজেল য়াংখৎলক্লি মাগীদি,
নুংঙাইরবা পুংফমসি নকশিল্লকপসিদা।
অকনবা লৈমাযবু নমখায়দুনা কন্না
থিনগৎলক্লেদো লৈরাংগী লৈনা অসে
মকুম-মথা হায়বদু য়ৌরবনিনা মাগী,
লৈপাক্লে কৌবী লৈরাংসে ঙসিদি,
পুক্লিং হুর' অয়ুকসিদা পুন্নমক্কী।
অদুবু, পিরাংনা থুমহৎখ্রে থম্মোয় অমগীদি
নুংঙাইরবা মিকুপসিনা থুংলরবসিদা।

তাং ২৯/৪/২০০৪

# পান্দম্না অমদা মহয়না অমদা

তাম্নি, ফংনবা 'অফসপা' লৌথোকউ।
পম্বুংনি মসিনা শর্মিলাগী পুন্সিগী।
ফংউ য়াদে পান্দমদি থুনা,
ফংই, ওন্নবা মহয় অমা।
থিরুই, মাওখিবা পোৎ'ম ফংনবা।
ফংউ য়াদে মাওখিবা পোত্তি,
ফংই, অনৌবা থিরুদবা অমা হেক্তা।
কান্নবদি লৈরম্মী, ফংলিবা পোত্তুগীসু।
ফংই, তাম্লুদবা মিংচৎ অমা শর্মিলাগী,
পান্দম ওইরুদবা মাগী ৱাখলনা,
অফসপাগা মরী লৈনদবা পোৎশক,
গীনিস রেকোর্দতা মমিং য়াওবা।
নোবেল পিচ প্রাইজগী মিংগী লিস্তা।
মসিরা মিংচৎ হায়বদো মীগী?
মীপুম খুদিংনা মিহৌনরিবা?
চাদ-থক্তা, অহীং-নুংথিল,
কুমশীং খংদ, লেপ্পা লৈত,
তান্নরিবা, ফংনবা নোংমদি মানা?
ওইহল্লসিরা মসিনা অপেনবা মাগী,
খ্বাইদগী চাউবা মনা হায়বদো?
শর্মিলাগী পুক্লিংগী অপাম্বদি নত্তবা।
নিরুদনা ফংলকপা মহয়সিনা মাগী,
খ্বাইদগী ৱাংবা থাক্কী ওইজরসু;
য়াগনি হায়বদি থাজদে মানা,
সনাগী মহুৎ য়াইওংনা শিনবা;
অফসপাগী মহুৎ রেকোর্দনা শিনবা।
ওইথোকপা য়ারোই মাগী মফমদা।

তাং ১/২/২০০৫

# থম্মোয় পোনগী চেক্লা

ঐগী থম্মোয় অক্লা নুংদা,
য়োকচরম্মী চেক্লা অমথক নুংশিনা।
তৌজখিবনি লুনা পুন্নমক্তে' হেন্না।
খঞ্জখিবনি অহীং-নুংথিল অনীমক্তা,
পেনগদগে মানা করম্বা বাহৈনা ঐগী?
থনগদগে মাগী মবুক করম্বা চিজ্ঞাক পীজরগা?
কোক্কদগে খৌরাংবা মাগী চরমদা,
পীথক্লগা করম্বা লোক্কী অহাওবা ঈশিং?
চাও হাযবসু য়াখিদে, থকউ হায়বসু য়াখিদে,
অহাওবা চিজ্ঞাক কয়া, অহাওবা ঈশিং লোক্কী।
তুমিন লৈখিবনা শুকথদুনা মানা,
লোনথোক্তবী ওইনা পিঞ্জরানুংদুদা!
উপাই লৈখিদে, অক্লাগী মপু ঐনা,
হেন্নদুম শাফু পীরকখি মাবু নুংশিবগী,
নিঙাইদুনা ওইরমাম্লে মানা ওইনবগী।
শোকখিদে মাবু ঐগী শোক্লিংলবা খুৎশিনা,
ৰারৌখিগদ্রা চিংনবদগী মাগী থম্মোয়না।
ঙমদ্রে, অদুবু হোংহনবা মাগী থম্মোয়,
তাইবংমী ঐনা পামজবা তাইবং লিচত্তা।
পিরাং শিঙ্থ কপ্লম্লে লোন্না মতোমতা
মী উদবা থাবল ফর' চিক্লা অহীংদা।
কংশিল্লক্লে, মতুনা য়োল্লিবা মাগী তোংশাদো,
মমীৎ অনীসু য়েংবা নুংঙাইতনা কুৎশিনখ্রে।
চিংনরক্লে থম্মোয়দা মাগী থবায় মাঙলগদ্রা?
থাদোক্লুরগে খল্লক্লে মাবু পুরগা
অথাপ্পা মফমদুদা মাবু ফারকখিবা।
চৎখি, ঐনা শোঙলবা বনগী লম্বীদুদা,

মা য়াওবা থম্মোয়গী অক্লাদু পুরগা ইদোম।
য়ৌরে, উচিন-নাচিন্না মাবু ফারকখিবা মফমদু,
লৈরম্নে, মফমদুদা মরুপ-মপিজা কয়াসু
হরাউবগুম উরে চেক্লাগী মায়থোংদু
অচিকপা উমংগী লমদম'দু উরকপদা।
হাংদোক্লে, ঐগী থম্মোয়গী পিঞ্জরাদো।
মীৎলু পিরাং পিরোইননা মফমদুদা।
থোক্লক্লে চেক্লা মাসু পোন মনুংদগী।
থোঙগী মপান্দা লেপ্তুনা লৈরে,
পাইথোকপা ঙমদনা ঐঙোন্দা য়েংদুনা।
মসিরা বীদাইগী মতম হায়বদো?
লৈমিন্নরুদি হৌদোঙদসু নুংশিরকই,
মাসু ঐঙোন্দা মীনুংশি লাক্লবা?
"পাইখ্রো চেক্লা অক্লা নুংদগী,"
ঐগী থম্মোয়গী বাহৈনি, মখোল থোক্তবা।
উরে, খুদক্তুদা তাইওন্নবা মতৌ'মা।
নুংশিবীগদ্রা হায়রগা মাবু,
মরুপ-মপিজা ওইবশিংদুনা।
চিকপীরে মাবু শাওনা মখোয়না,
মতু ফোইবীরে ময়াম চংদুনা,
খাঙবা ঙমদ্রমাম্লে, য়াঙ্গংলবী চেক্লাদো,
উশা অমদগী উশা অমদা,
চোংদুনা খঙজে ময়ামগী মতৌদুদা।
তান্নদুনা চিকপীবনা মখোয় পুম্বনা
উথক্তগী তারক্লে চেক্লাদো বানা,
লৈমায়দা লৈরে, চোকথরবা হকচাংনা,
য়েংলক্লে, মমীত্তুনা নুংশিনা ঐঙোন্দা
হায়বগুম তৌরে বাহৈ অমনা —
"নঙনা ঐবু থম্নুবনা নঙগী পিঞ্জরানুংদা
নখুৎনা শোকখিদ্রবসু নোংমতসু ঐবু,

ঐগী জাতিনদি ঐবু ইহোক্রে;
হৌজিক ঐগী চংজফম লৈত্রে,
মথংগী মপোক অমদা করিগুম্বা,
পোকপা থোক্রবদি উচেক্কী মপোক্ত'মুক
নঙগী অক্লাদুদা তোংলরগেকো লাক্লুনা,
থম্মোয় মনুংগী অক্লাদুদা।"
উইশিনখ্রে মমীৎ অনীদো চেক্লাগী,
ঐঙোন্দা অমুক য়েংলকখিদ্রে,
লৈহৌরে, হাংলবা অক্লাদু তাদুনা!
শুক্লবা বন মনুংদুদা।

তাং ২৭/১০/২০০৬

# ফজবনা জয় তৌবা য়ারোইদ্রা

হাদা মতমসিগী লাইরেম্বী!
ফজবা খিবিক্কী মপু ওইরিবী,
ঐশ্বরিয়া রায়, শকহেনবী!
ফজবগী লুহুপ থোনখ্রবী মালেমগী,
নঙগী অপাম্বা হায়যুবা করিনো?
য়ুমথোং খুদিং নঙগী শক্তম,
হোটেল খুদিং নঙগী ফোটো,
হোল খুদিং নঙগী সিনেমা,
ফজবা কনানো হংনবদা
নঙনা মকোক্তা লৈরিবী,
নঙবু ওইহ'গ খঞ্জবা মীশীংনা,
মিলিয়ন কয়া লৈরক্লবা মালেমসিদা,
নঙনা কনাবু পাম্লিবা?
ঙরাংদ শাংপী লৈরাংনা
ঙসিদি লৈমন চল্লিদো,

ঙসি শাৎপী লৈরাংদুসু
হয়েংনা ঙাইরি লৈমায়দা।
নঙদি ঙসি শাৎলিবীনি,
পামজবা খোইমু কয়াগী
মপাও হংলকপা কয়াবু,
পাউখুম পীবা ঙমজরম্মোই।
নঙনা মপুম্‌গী ওইখ্রদি
ৱাহং কয়াসি নেমথখ্রনি,
খুনীং কাংখৎ য়েংলরোই।
ঙাওরম্বা খোইমু কয়াদো
ফিভম চুম্না লেপচরনি,
পুক্লিং লৈতাফম খঙজরনি।
নঙনা অসুম লৈরদি,
মাদি লুহোংউ য়াররোই,
পাখংদা পুন্সি লোইদৌরি,
নঙগী আশাদা মাঙদৌরি।
ঙসিগী ৱাহং অরুবা,
মালেমগী ৱাহং ওইরিবা,
শান্তি হায়বা ৱাহৈদো,
নঙবু পামদব্রা শকহেন্নবী?
মালেমগী মপু লাইরেম্বী!
মিলিয়ন কয়াগী থম্মোয় শুন্নিবী,
থাদোকহনবা ঙম্নবা খুত্তগী নোংমৈ,
ফজবা পাউজেল অমত্তংনা নঙগী,
নংঙোন্দা লোইনা থাজবা লাক্লবা,
নঙগী ফজবনা জয় তৌরগা,
মখোয়গী ৱাখলগী মায়ওন হোংলবা,
শান্তিগী মায়কৈদা পুরকপা ঙম্নবা,
পোকপগী মহয় য়াম্লোইদ্রা নঙগী?
নঙনা হায়রদি তাগদ্রা খন্নি,

নঙনা থেন্নদি য়াগদ্রা নীংই,
বীনলাদেন ফাওবা টালিবান লুচিংবা।
তাখিবনি ৱারী ওইনা মতম'মদা,
অয়েকপা লাই 'মগী মালেম ফাওরবা,
মোনালিশাগী শক্তমদুনা ফজরবী,
মাঙদা থমদুনা লানমী লিশীংগী
য়েক্লবা তম্না ফুজিল্লকখিবা লানফমদা,
হোংহনখি হায় মিকুপ্তা পুকচেল,
শুমহৎয়াই ওইবী অয়েকপা শক্তমদুনা।
মখুত্তগী খুৎলাই থাদোক্লবা লানমীদি
লানমী অমুক ওইররোই লান পাম্বা!
ৱাহংদু লাক্লে, ঙসিদি পূক্লিংদা,
ফজবগী মপু ওইরিবী নঙনা
মোনালিশাগী শক্তম 'মুক্তং লৌদুনা
মাঙদা লেপ্তুনা থৎলবা লানমীগী
য়েক্লবা তম্না হোৎচিল্লকপা কয়াগী,
শুমহৎপা ঙম্লবা মখোয়গী থম্মোয়,
তাহনবা ঙম্লবা খুত্তগী খুৎলাই
জয়দি তৌরেদনা মালেমসে নঙনা।

তাং ৩/৪/২০০৪

## খুদুম শীংনা লাকপনি, খুবাক তিংনা হনখিনি

পায়শিল্লি, খুদুম চেৎনা খুবাম্মুংদা।
পামজবা পোৎশক্তো মানা তাইবংসিদা।
উহল্লীংদে, কনাবুসু পায়রিবা পোত্তো মানা,
ওইনীংলকই থম্মোয়না মা মতোমতগী,
অপীকপা অঙাংগী ৱাখলনি।
মুনগদবৈ' লাক্লরি অতোপ্পা অমমুক,

পায়রিবা পোত্তো থাদোক্লগা মাগীদো।
মীগীদু হেন্না পাম্মকই মাগী থাখলদা।
মগুণ লৈরমদবোই নীংলি মীনা পায়রিবদুনা।
খল্লুদে অসুন্না পুক্লিংনা, মমল লৈ হায়না নোংমতসু,
পায়রিবদো ঐগী'ম খুবাম্নুংসিদা।
খল্লুই, মীগীদুনা হেন্না, মমল য়াম্মী।
মগুন্দো থিরুদে, নোংমতসু ঐগীদো!
মসিরা, তাইবংগী অশেংবা লোনচৎপু!
উবরা, অতোপ্পনা পায়বা পোত্তবু মমল লৈনা।
নঙগীদুসু য়েংহন্নীংই অমুক্তুংদি থিদুনা;
মনুংদা করি য়াওরিবগে হায়বদো।
খন্নে, তাইবং মীওইবা ঐখোয়না,
উগনি হায়না অশেংবা শক্তম
য়েংলগা অবাংবা চীংদোলদা কারগা,
ফংগনি খল্লি মমল য়াম্বা মণি-মুক্তা,
কুন্নগা থিরবদি সমুদ্র ঈরোম্নুংদা।
কারুরে, মাদি অবাংবা চীংদোলসু
থিরুরে সমুদ্রগী ঈরোম্নুংসু কুমদুনা।
ওইরম্লে 'দুবু পুন্নমক ময়া মরিচিকা।
উবা ঙমদবদো মীৎনা, পুক্লিংনা করাম্বা ওইরম্লে।
চীংদোলসু ওইরম্লে, তিংখং-তুম্বৌ, নারক মোংশোঙ,
অতিয়াসু ওইরম্লে, লৈচিলগী পোৎলুম,
সমুদ্রসু ওইরম্লে শারু-ঙারুগী পোৎথাফম;
উরিবসে অরাপ্পদা মরুভুমিগী লমদা
মাল্লিবসে অশং-অমানগী লৌবুক-লমহাং,
নত্তে, অমত্তা অশেংবা মশক মাগী,
খৌরাংবনা থল্লবা থবায় মখলশিংগী,
শরু-পোলাংগী য়াতাফম্নি মফমসিদি!
অশেংবা মশক লৈতবা পোৎশক 'মগী।
অশেংবা মহাও লৈরমদগে করন্না?

পুন্নমক ওইরমন্নবা অশেংবা অমত্তসু।
করিগী পান্নুরিবা মীগী মপোৎ নওদি?
অরেম্বনি পুন্নমক, ময়ানি লোইনা।
ফংগে তান্নিগৌদা নুমিৎ তাখিনি।
নওনা অহানবা পায়রিবা পোত্তো,
কন্নদা পায়য়ু নাম্বোক্তনবা চেৎনা।
মুন্না য়েংবা হৈতবৈনি নওনা,
তানৌ, খন্নৌ, অখওবা অমগা
ফংগনি লোইনা মদুদৈ কান্নবা।
খুদুম শীংনা লাক্লগা নওনা,
থাদোক্কুনা নওগী খুবাম্নুংগী পোৎশক,
অতোপ্পা অমা পাম্মুরদি মীগী
পুক্নি লোইবনা হানখিনি শোয়রোই,
খুবাক তিংনা হনবা তারক্কনি।

তাং ২০/৬/২০০৩

## নিশা

চিংই, লাংদার অমদা,
হাপ্লগা পাউডর মকুপ্তো
মখাদৈ মৈখেৎনা চুরগা
চুরুট থকপৈ মওংদনি;
মাল্লি, উবদা হাউগদবমক।
চংশিনখি. তোম্বা মনাক্তা,
মখোয় অহুমগী পুনফমদুদা।
তম্বীখি, তোম্ববু ওজা অহল্লা;
নুংশিনা অহানবা পারাদু!
ফারগা লাকই তোম্বসু পারা,
ওরাং তাকখিবদো অহুম চংদুনা।

মহাও চুখ্রে মশা পূম্বা,
হেরোইন কৌবী শকহেনবীদুগী।
হৌরে, হুৱানবা য়ুমগী পোৎ,
হেরোইন মাগা শিন্নবা,
লোইরক্রে য়ুমগী লন-থুম,
হেরোইনগা শিন্নখিবদা অমমম।
মীগীদা মীৎয়েং চংবা হৌরে,
মমিং লৈরে তোম্বা হুৱানবদা।
সনা শিবা অঙাং উরগা
হেরোইন চরা'ম উবশুম তৌরে।
ঐগী মীগী খঙলক্রে তোম্বা;
থৎলে, সনা অসুন্না তোয়না,
অঙাং কয়াগী ওকশমদগী।
ফাববুদি ফাদ্রি তাঞ্জানা পীদ্রি।
নোংমদি মাঙখ্রে, ইমুংগী অঙাং,
ময়াম্বগী মচা রাজুদো!
শাগী পুকচেল চেন্নবা তোম্বা
মচাগী মনাগী সনা থৎখ্রে।
অঙাংনা কপ্পুনা হায়রকই শাওনা —
"কাকা! ঐদি তাকথোক্কনি,
বাবাদা লোইনা তমগনি"।
খঙখিনি কিবদগী ইমুংগী মীনা
তোম্বনা হাৎলে ময়াম্বগী মচা!
বাহৈদুনা ওইখ্রে রাজুগী অরোইবা।
তোম্ববু ফারে, মীয়াম চংদুনা।
কৈশুমশঙ য়ৌখ্রে তোম্বা।
বানা লেন্নকই, কৈশুমশঙদা তোম্বা।
মীয়াৎ মতম ঙাইনা ঙাইনা।
কংশিল্লকই, তোম্বগী হকচাং নুংত্তিগী
মমঙদা লাক্রে নুংশিরবা রাজুদো!

মানা হাৎপিখিবা নুংশি হৈতনা।
পাউমেল্লরে মচানা মমগুদা মতোনগী —
"কাকা নঙ য়াম' বারম্লনি,
কৈগুমশগুদা শাংনা লেল্লকপ'ই।
চৎলসিদনা সর্গগী লৈকোলদা!
ঐনা নুংঙাইনা লৈরিবা মফমদুদা!"
মগুলান্দা পুখ্রে তোম্ববু রাজুনা।
তোম্বসু চৎখ্রে, সংসার থাদোক্তুনা,
লানবীখ্রে, অসুন্না মচানা মতোনবু!
থাজবীদ্রা বারীসে লীরিবসে ঐনা,
অশেংবা বারীনি লমদমসিগী।

তাং ২৫/১০/২০০৬

## খুরুমজবা

খুরুমজরি, শেম্বীবা মপুবু!
খুবাং চাংজৌ তরা লোম্নদুনা,
হন্না-হন্না খুরুমজরি।
খুরমজরি, ঐবু পোকপী ইমাবু,
পন্থৌ ইপাবুসু খুরুমজরি।
খুরুমজরি, ঐবু অহানবা মায়োক্নবী ওইখিবী ইমাবুসু;
খোল্লাং অহানবা পীথকখিবী ইমাবুসু খুরুমজরি।
ইমারোমদা পুরোল তরেৎ,
ইপারোমদা পুরোল তরেৎ,
পুরোল তরামরিমকপু খুরুমজরি।
খুরুমজরি, ঐবু অহানবা পরা তাকপীরকপা ওজাবু,
খুরুমজরি, ঐবু নাওশুম ঈশৈ তাহনবীখিবা মাবু,
অয়ুক অমুক হৌদোপীরকখিবা মাবুসু,
ঐগা খৎন-চৈনা তৌখিবা মখোয়বুসু,

মরুপ-মপাং কয়াবুসু খুরুমজরি।
ঐবু মঙ্গল ওইসনু হায়না বর পীবীরিবা কয়াবুসু খুরুমজরি।
হৈরাং-লৈরাং, উহৈ-বাহৈ,
ঐবু অপেনবা পীবীরিবা পুন্নমকপুসু খুরুমজরি।
শঙ্গোম পীথক্লিবা ষণবী;
য়েরুম পীবীরিবা য়েনবী,
খুদিংমকপুসু খুরুমজরি।
লৌবুক-লমহাং, চীং-পাৎ, তুরেল,
ঐবু পুক থলহনবদা চাউনা মতেং পাংলিবা
খুদিংমকপুসু খুরুমজরি।
অরোইবদা ঐনা বাররুবা মতমদা
ইনাক্তা ফমদুনা ঈশিং তুলাদা লুপ্লগা
ইনবীরগদবা মাবুসু খুরুমজরি।
লৈচিলগী দোলাইদা হিনাও শানা
পুবীরগদবা মহাকপুসু ইকোক নোম্না
খুরুমজরি।

তাং ৩০/৪/২০০৪

## নুংশি পস্তুং

জাতি বকুল নুংশিনৈ,
সিনেমা, ড্রামা য়েংমিন্নৈ,
কোয়বা-লংবা চৎমিন্নৈ।
লাইফম খুদিং চত্তুনা,
সরি বাশক্লরকই;
শাবী-শানৌ বাইথুংনসি,
পুন্সিগী থানরোইসি ঐখোয়'নী;
অমনা শিবা থোক্লবা,
অমসু শিসি বাশক্লে।

নোংমগী কোরৌ নুমিত্তি।
বকুল কৌবা পাখংদো,
ফিজেৎ নান্না শেত্তুনা,
মোটোর সাইকল অহনবা,
পম্বৌনা লৈবীবদা ঙাইরিবা,
লুন-নান্না শেংদোকই।
জাতি মাগী বাখলদা,
খোঙহুপ কাপ্পু লংন থা;
অনানবা ফিজোল হোংদুনা
মোটোর সাইকল তোংদুনা
খোঙনাং মখোঙ য়ৌরকই।
ঙাইহাক লেপ, বাখল তৌরিঙে,
জাতি মাসু থোরকই।
হায়নখিবা লৈমাক্লে মখোয়'নীগী
গাড়ী মনীংদা কাখৎখ্রে,
জাতি কৌবী লৈশাবীদো।
বকুল গাড়ী থৌরকই —
য়াঙনা-য়াঙনা থৌগৎলি,
পাৎ অমা উরকই,
থন্না থম্বালনা য়োম্লবা।
পাখংনা নুরাগী য়াথংইন,
পাৎপান তন্না থৌজিনখি।
পাৎপান্দুদা ফম্লগা —
নুরা-পাখং বারী শাই,
কেজ নৌজবত পামজবী,
নুপীজা ওইবীগীদি হৌনশা,
জাতি কৌবী ইবেম্মা,
বকুন্দা নিঙাই তৌরকই —
"থম্বাল অসে হেকপীয়ুবা?"
লাম্বা ফংবদি য়াওদে'মত্তসু,

করম্না করিনা হেক্কনি?
পাখং বাখল তৌরকই।
নুপী মমাঙ পাম্বোম তিংবা,
নুপা ওইবই হৌনশা,
খোঙগুপ, খোঙগ্রাও লৌথোক্লে,
ফুরিত্তুসু শিন্নরে, নুরা মাগী মখুত্তা।
থম্বাল হেক্কে থৌরাংখরে, বকুলদো!
পাম্মুবী মশুংলাংগীনি,
পাত্তবু কুমথবা হৌখরে,
মখ্বাং য়ৌনা চোংখরে।
মশাদা ঝিংবু লাওরকই,
নীংশিংলকই খুদক্কুদা —
"হিদাক চাবা কাউরক্লেনা ঐদি!"
মশাগী লায়না হৌরকই,
শারৈগী নুংশিৎ কাঙলকই,
খুদক্তা ফাথবা ঙমজদ্রে,
বকুল ঈশিংদা হাইথখ্রে।
জাতি কৌবী নুজাদো!
পায়মা পুক্লিং লাংলকই
ফ্রিং-ফ্রিং চোংনা খাঙলকই,
করি মতৌনো তৌরিসিবো?
করি উপাইনো ঐনা তৌগদবা?
মীবু কোয়না য়েংলকই।
কনাসু উদ্রে অনকপদা।
ঐবু করম তৌসিগে,
পায়মা বুদ্ধি তৌরকই।
জাতি ঈশিংদা কুমথখরে,
বকুলবু চিংখৎকে হোৎনজে,
চিংখৎপা ঙমদ্রে নুরাগী খুৎনা,
হকচাংনা ঈশিংদা লুপথখিবনা।

অরোইবা শ্বর হোনদোরকপদা
ঈশিংগী কোঙ্গোল ফাওগৎলক্রে।
বকুলগী থবায়দি পাইখরে,
জাতিনা ফাবা ওমহৌদ্রে।
থবায়না মীরাইবীরম্লবা হকচাংদো,
জাতিনা খানা চিংখৎলক্রে,
লৈরাইদি য়ৌরে, উচিন-নাচিন্না।
ফিজোলদু শেৎচিনবীরে বকুলবু
থবায় য়াওদ্রবা হকচাংদুদা।
তেংথাবসু লেপ্তে থম্মোয়নুংদা,
পিরাংসু লেপ্তে মীৎলুদগী তাবা।
নুমিৎসু ময়ুম চংখিদৌরে,
নুজাগী অবাবদি খঙবীদনা।
করিনো ঐনা তৌগদবা?
নুরানা বাথল তৌরকই অমুকসু।
বুদ্ধি মত্তা ফংদরে;
য়েংলক্রে লম্বী মাগীসু,
অরোইবা উপাই অমথক,
খঙহৌদনা চেপ্তোরক্রে শরক তন্না,
হকচাং পুম্বা চোৎলবী মানা
ইকাইবনা মাবু খাম্বা ওমদ্রে,
অঙাওবী ওনগ্রে তশেংনা।
উরক্রে মমীত্তা শিবখক্তমক।
পালেম-পম্মৌ নীংশিংখিদ্রে,
মরুপ-মপিজা তুংওইনগ্রে;
পাম্মুবা মানা চৎথ্রবসিদা।
উরে, অরাম্নদগী মৈঙাল অমা,
খা পাংনা থৌরকপা বসমগী
সন্ধ্যাগী পুংফম চপ চানা।
নকশিন্নক্রে গাড়ীদো অসুম-অসুম,

জাতিনা ঙাইরিবা মফমদুদা।
চোংশিনখ্রে জাতি গাড়ীগী মমাঙদা,
থবায় থাখ্রে, মিকুপ্তা জাতিসু;
মীয়াম লাংনরকই মীতক্রে, মীতক্রে।
জাতিগী চেংলৌ নীংথীবীদো
ইঙাং পাক্তক্লখরে, ঈমু পামফেন্নখরে, শরক য়াংবী থকসিদা।
মীয়াম লাংলিঙৈ চৈরক্তুদা,
জাতিগী থবায়না হৌগৎলগা
অশিবগী হকচাংদগী থোরক্লগা
লৈচিলগী পারবা ফিজোল শেত্তুনা
পাইখৎখরে নোংমদোল তম্না,
খুৎশন্নখ্রে অনীদো, নোংথক্তা লৈরম্বা থবায়গা বকুলগী
ষণগারকপা মতমসিদা,
চীংয়াগী থেল মনাক্কী, ফজরবা পাৎপানগী লমদমসিদা,
থম্না থম্বালগী লৈনম্লকসিদা
নুংশি পন্থুং য়ৌমিন্নখ্রে,
লৈচিলগী দোলাই তোংদুনা অনীদো!

তাং ২৩/১০/২০০৩

## শজিবুগী নোং

কবি কমলগী থম্মোয়গী ৱাহে
"শজিবুদা শাৎপা লৈহাওদি
অচম্বা লৈহাও নত্তে,
য়েন্দাইদা অমুক হাপ্ত্রবসু
থম্মোয় নুংদা হাপচরে।"
পুখো য়াদে সচিগী লৈহাও,
উরীরে, মাধবী অনীনা।
সচিনা উতোন্দা লৈরগা

লৈহাও হেক্রিদু উদবনা
উরীরৈনা বীরেন্দা কেজবা,
লৈপরেংনা কোয়না পুম্নগা
বীরেনবু ফারিবদু উবদা
কম্নকচদুনা সচিনা
হায়খিবনি বাহৈশিংসি।
উরীরৈনা ভাব তারক্কদুনা
সচিনা উথক্তা লৈহায়বা খঙলদুনা,
ইকায় খীবী ওইজরম্বগা —
সজিবুদা লৈহাও শাংকন্দে,
কালেন্দা শাংকদবনি ঙনমল্লি,
শাংলবদি মদু অতাঙবনি খঞ্জ,
য়েন্দাই থন্না পুজখো হায়বদা
কৈদৌঙৈদা ওইথোক্রোই নীংজ,
তাংকী বাহৈনি খনখিবনি।
কুমজা কুমশীং ২০০৪ গী
সজিবুগী শিলহেনবা নুমিত্তগী
হৈথদুনা চুখিবা নোংদুনা
খন্নখি পুক্লিংদা ঙম্নমক্না
সজিবুদা চুবা নোংজুনবু
কয়াম কনবা হৌনবগে?
দুবু ওইখি, অবাবা লৈবাক্কী।
তম্পাক লমদম অয়াম্বা,
ফংখি, ঈশিংগী অবাবা
শুমাঙদা কাখি ঈথক-ঈপোম।
শুক্না মম্নবা অতিয়াসে,
পুম্না থাদরকপগুম পৃথি থক্তা
নীক্লা খাঙখি মৈত্রবাক।
ঈশিংগী নারীতনা থাজদবা!
সজিবু থাদা কুমদম্নবা,

কালেন থাদা কুমথাইরবা,
অনৌবা ৱারী'ম হৌবা কুম;
ইঙাদা চুগদবা নোংজুনা
থাশিং অহম ঙনথৎনা
হৈথদুনা চুরবদা নোংনা,
হৈরাং মপূং ফাররোই,
উহে লোইনা কেন্ননি।
থাবুম তরাদা মিকপ থোক্কদবা,
তরেত্তা মিকপ থোক্রবা
ওইররোই অঙাংদি মপূং ফাবা।
কিরমান্নে শোরারেন ফাওবা,
মিহুল চেংগুম-চেনগানখ্রমান্নে,
মংগী মৈখু মপৈদুনা,
মমীৎ পাংবা ৱারদুনা
থাশীং পাবা শোয়রমান্নে।
অহনগী মতম ওইরকপগা
মখুৎ থেকপদা ওয়ম্ব্রবরা?
ওম্নবা ঋতু লাক্লিসিবো?
নহানা মংথল্লিসিবো?
তোর্ব্বান খুদিং মংগুল্লিসিবো?
মালেমসে কুইররোই হায়রিব্রা?
নোংথক্কী থৌপুবসু শিনবা তারদরা?
ইলেক্সন অনৌবা'ম তৌরগা?

তাং ২৯/৫/২০০৪

## খোংবানতাবমগী খাংজাও

উল্লকপনি, খাংজাও অমা তোম্বীনৌদা
খাংজরাকপম নিঙোলনি তোম্বীনৌ,
মনেম মকুনা চাল্লি, তোম্বীনৌ,
মনেম-মকু সেবা হৈকগী।
মকু ইবুংঙো খোংলেন লাইনীংই, পংকোৎনি।
হিন্দু লাইনীংদা ঙাওজবা "রাধা কৃষ্ণ" লাৎপনি।
খোংবান্তবম পংকোৎ মিংগৌনে লৈকায়না।
উৎসব, কির্তন কথলি তোয়না।
অহোরাত্রা তৌই, সাধু, বৈষ্ণব পুল্লি, মাগীদা।
মচিন্দা রাধে তোয়না শোল্লি, মখুত্তা মালা থাদে।
খাংদো উল্লকপা তোম্বীনৌদা —
শীজিন্নে, উৎসবকী পাকৌরা হৌবদা।
পংকোৎকী পোৎ মীবু থায়হন্দে।
খাংসু ওইগ্রে, পংকোৎকী মপোৎ!
থায়রুরে খাংদো ভোৎকী চাকচানফমদা নোংমা।
পংকোৎ খঙহন্দনা লৌশিং তৌদুনা।
শারুংবমগী ইমুংগী ভোৎ কাবগী।
থাইখিবদা লোম্না থাইশ্রবসু,
থিল্লক্রকপদি ফোংনা থিল্লক্রে খাংদো।
থল্লরে খাংদো পংকোৎকী মাঙদা,
চুমথ্রিং পুরক্লুনা নুপা অমনা
হাইরং-হাইরং খোঙথাংগা লোইননা।
খঙলদুনা খাংদু পংকোৎনা মশক,
লাওরকই খংলাউ শাওরদুনা —
"কনানা থাইরুবা খাংনো থিল্লক্লিবসে?"
খংপ্রেক খংলদুনা নুপাদুনা খুল্লকই —
"শারুংবমদা ওকশা খোংনবগী থায়রুবনি।

খাংসি থমজরম্লগে ইপু।"
পংকোৎ শাওবা হেনগৎলকই —
নপা য়ানই' মচা খঙগনি"।
হৌগৎলকই, ঙাংনা-ঙাংনা মচিন্দা।
পুথোরকই খাংদু থাংলগা লুম্না
অশাওবা মায়থোংদু শুগৎপদা
নাতোনগা চিম্বালগা শম্নখ্রে পুম্না।
থাদে খাংদো বাংনা থাঙ্গৎলগা
খোংবাস্তাবমগী নাকনগী খোংবান্দুদা।

তাং ১৮/৫/২০০৫

## মাগী মতম্না লোইবগীরা

চহী তরানিপাল মপুংনি,
কোলোয় মিংলেন চংখোনবী
থানিল লৈমা কৌবীদো!
চাউবা শারেপ ফারকই,
ফজবদা মপা লৈতরে।
নীংথিবা ফিজোল পাম্লক্রে,
কেশা-মৌনা য়োকচবী,
শীঙেল-লৈরাংগী পাঙখক ওই,
অনানবা ফিজেৎ শেৎচিল্লে,
মিংশেল মাঙদা লেপ্পুনা
মিংশেলদা তারিবা মম্নিদুগা
কয়ারক হল্লা মীৎচানরে।
নঙ্গন্দা খাউদু য়ানশিল্লে,
মীত্তা সনগ্লাস উপশিল্লে।
পলেমওইবী মমাদা
কেনা-নৌনা হায়রকই —

ইমা! লুপা চান্মখক্তা পীয়ুবা?"
পলেম মমা পুকফবী,
মচা লুনা তৌজবী,
বেগপু তন্না হাংদোক্লগা
চান্ম চৎপী-অহনবা
পীরে মচাদা নুংশিনা।
মোমোন মীনোক্কা লোইননা,
মমাগী খজাইদা চুপচৈদো
চৎলমদাইদা মচানা।
মমানা মচাগী খুৎনমদা
অমুক লামদুনা চুপ্পীরে।
"লাপ্না পঙকোয় কোয়নুকো!
থুনা য়াংনা হল্লকউকো!
নথৌদু হেক লোইবগা!"
পলেম মমানা পাউমেপ্লি।
মতারোই দশুগা লোইননা,
মাগী কাইনেটিক অহনবা,
পষ্টৌনা লৈবদা ঙাইরিবা,
শোদু তন্না হাংদোকই,
স্টার্ট অমুক্তং তৌরগা
মমায় লৈদুনা থৌদোকখি'
পলেম ওইবী মমানা
হরাউ-মোমোন মীনোক্লা
মচাগী মতৌবু য়েংহৌই।
লম্বী-শবক খুদিংমক
মীনা কৃক-কৃক ইশ্নেদো!
গাড়ীনা খুরক হাংদেদো!
পুং মাপল-মখায় তারকপগী
অচিনবা মরক অদুদা,
লিং-লিঙ্গুনা থৌরকপনা,

পি. দবলিউ দি মপা য়ৌরকই।
টাটা গাড়ী অমবু
শাওনা ঙংদুনা পাইশিল্লকই,
মীবু চাগে মতাগুম,
মওং অমা তৌরকই।
থানিল লৈমা শকহেনবী,
টাটা মানা থোল্লগা
তকখায়দুনা চৎপীখ্রে।
মাগী থবায় পাইখরে।
ফিভম কায়র হকচাংনা
শরক থক্তা তাহৌরে।
ঙাওনা ফৈনা থিরকই,
ঐগী ইতা চান্নবী,
থানিল কদায় চৎখরে?
মাবু কৈদা লৈপ্লবগে?
পলেম ওইবী মমাদো
মচাগী পাউবু তাবদা
মিহুল-থাহুন শুদরে,
বানথ-বানথ কপখরে।
মমোম কায়না মৈচাক্লা,
অঙাওবীবু ওইখরে।
চাদ-থক্ত তুমদবনা
অনা মোনখাঙনরকই।
পুন্সি মহাও মাঙলকই,
মচা কায়ন বাখলনা
মচাগী হৈনা তুংইনখ্রে।
মসিবা তাইবংগী কুম্মৈবো?
মতমগী লিলা নুংঙাইবা?
মচা পোকপগী হরাউবা?

মচা নুংশিবগী মহয়রা ?
মাগী মতম্না লোইবগীরা ?
লম্বী শরক্পা চিনবগীরা ?

তাং ১৩/১০/২০০৩

# কদাইদা লোৎখ্রবগে শাকউদবা নঙবু

সৈত্য যুক্তা হিরৈন্যকৌশিক,
ত্রেতা যুক্তা রাবনগী শক্তম;
দ্বাপুর যুক্তা কংশগী মুর্ত্তি,
কলি যুক্তনা কনাগী শক্লোন ?
ফত্তবগী মকোক হিংচাবা নঙনা !
শক্তম 'মগী শক্লোন লৌরিঙৈ,
য়েক্নবা মশীংনা 'মত্তা ওইরিঙৈ,
নঙবু লানবীনবা ইবুংঙো মানা
খেন্নবা লাইগী শায়োন লৌরগা
যুগ-যুগকী অবতার ওইবীদুনা,
লানবীখ্রে, ঙন্না মখোয় পুম্ববু,
পুবীখ্রে, ঙন্নমক পুন্যগী লম্বীদা !
সত্য যুক্তো শ্রীহরিগী খুজিন,
ত্রেতা যুক্তা শ্রীরামগী তেন,
দ্বাপুর যুক্তা শ্রীকৃষ্ণগী চক্রা,
কলি যুক্তদি হরিনাম্নি তাকপীরি।
ফত্তবা থবায় 'মগী মপু নঙনা,
থবায় চাম্মগী মীকোক ওনখ্রবদা,
কনানা লম্বা পারুনি মখোয়গা ?
ফত্তবা চাম্মগী মীকোক চাম্মদুনা,
রাবন মকোক লোইনা ওনখ্রবদা,
কংশগী মায়খুম লোইনা উপখ্রবদা,

করম্বনা রাবোনগী অশেংবা মকোক,
কনানা কংশগী অচুম্বা মমায়,
হায়বা ঙমগদগে পঙলবা তাইবংনা?
নঙনদি খঙলিনি অশেংবা শকফমদো!
মনুংদা লোৎলিবা, তাইবংনা উঙমদবা!
পঙলবা তাইবংগী মপু নহাক্না,
অমুক্তং লেংলক্তুনা মালেমদা নৌনা,
থেংলবা কলিগী কুম্মৈসিদা অমুক্তং
মখৌরী চরম মেৎখায়দুনা মাগী
শিনবা হাৎলরবা অমুক্তং মাবু,
কলিগী কুম্মৈদা হিংলিবা ঐখোয়সে,
অৱা পোৎথারনি হরাউ-নুংঙাইনা।
ৱারেদা হায়হৈদে, ৱাদি ৱারবনি,
মবুক লাম্লবা কৈগী মমাঙদা,
সজিগী মমীৎনা কনাবু উরুনি?
ইবুংঙো নঙগী নুংশিবা মীৎয়েংদুবু,
থম্বাল লৈনাদগীসু হেন্না থোৎলি হায়বদাই?
পিরাং শিঙ্গু, খৌরাংনা য়েংলিবা,
মায়কৈ কদোমদগী লাক্কদগে হায়না,
অমুক্তং উবীবা মতম য়ৌদ্রিব্রনে?
হে! কলিগী অশেংবা অবতার!
কয়াম কুইনা খাঙখোগে ননাইবু?
থোরক্লোগবা হে! শাকউদবা!
কোরৌগী মঙাল লৌবীগেরা নঙনা,
থাজগী শক্তম লাংবীগেরা নঙনা?
চাইথবীররো মালেম থকসিদা নঙনা,
শান্তিগী লৈরাং খুজোক থম্না,
ওন্নবা মালেমসে শান্তিগী লৈকোল।

তাং ২৩/৩/২০০৪

# অশেংবা মুম

নীংশিংলকই, মতমদো থায়নগী
কুমওন কয়াগী মতুংসিদা।
ঙরাংত ওইরবোই নীংলুবনি,
কুমওন খঙদনা হৌখিরম্মী।
পুন্সি সন্ধ্যা য়ৌরক্রম্মী।
খাম্বা য়াদে, নুমিৎ মাসু,
ঙাইহাক্তা ঙাইবীখো তাখিনু!
য়াদে থাজমাসু 'দুমঙাই,
মিকুপ'মত্তা ঙাইবীরমদে।
পাম্মু-পাম্মু হাইথখি,
নোংচুপ চীংয়াদা লৈথখি।
মদোম থুনা করিসু হায়রমদনা।
ফজবা লৈরাং কয়াসু কেনখি,
নুংশিবা লৈনমসু লোইনখি,
লৈরাং মানা কেনবদা য়াওখি।
ফজবী মায়থোঙতবু শেন্নরম্বী,
মীওই কয়াগী মীথয়েংফম,
আশা চাম্মগী তুংনফম,
পুন্নমক্কী ওইরম্বী মহাকসু
ঙসিদি কেবদা পকচদ্রে।
ময়ি চৎখিবনা মমায়দো!
শা, যণ, লেঙ্গা ওইমিন্নরকপা,
লোইনা লুপদ্রে ইরোম্মুংদা।
ঐথক্তা ঙাইহৌরে কংফালসিদা!
উখিদ্রে মরুপ-মপাং অমত্তসু!
চৎখ্রবদা নুংশিবা মরুপ-মপাং ওন্না,
মাগী-মাগী অশেংবা ময়ুমদা,

থাদোক্লুনা তাইবংগী শিন্থা ওন্নমক,
অমদি, নুংঙাইনা লৈরম্বা ভারাগী য়ুম,
পুল্লিনা সন্ধ্যা য়ৌরক্লদুনা মাগী
লোইখ্রদুনা অবায়বা য়ুমগী ভারা।
নঙদি কনাবু ঙাইরিবা পাৎপানসিদা?
করম্বা কনা লাক্কদবা বাৎলিবা?
করি থৌদাং লৈহৌরি নঙগী?
ইপান থানা লোইখ্রবদা,
পাৎকী থম্বালসু কেনখরে,
অকংবা থম্না চৈখোক্লা,
পাত্তা তাবা ঙারাকপীগী
কায়দোংফম ওইদুনা লৈহৌরে।
অকংবা উনা জঙ্গলদা হৌরম্বা
চাকপগুম লম্মৈদা তুম্না
উৎনা তুংহৌবগুম লৈমায়দা
পুন্সিসু অসুন্না লোইখিনি।
নঙগী ঙাল্লম্বা অরংবা নুমিৎনা,
নোংচুপ চীংয়া নকশিল্লক্লবদা,
অতিয়াসি অমম্বনা কুপহৌরনি।
নঙগী লম্বীসু উরক্লরোই,
হি-হোনবা মাসু থুংলরনি,
নৌদা শৌদুনা ঙাইররনি,
কৌরক্লনি নঙবু তোয়না,
চৎলসি লাকও হায়দুনা,
হন্দক্তি নঙগী পালি লাক্লে,
অশেংবা য়ুমদা চৎকদবা পুংফম।
লানবী হায়নৈ মাগী হিদুদা,
অমমমত ওইনা ঈপাক্লুবু,
হিরানমনসু লৌদে হায়বনি মাদি!
পম্থুংফমসু য়ৌনবা থিল্লি হায়।

মখুৎ শম্বীদুনা মীদুগী।
অমম্বা লম্বীদুদা উবা ওমদ্রবা,
চৎলোকো মরুপ মাগী তুংইন্দুনা।
পুন্সিগী অরোইবা খোঙচৎতো!
য়ৌনবা মফমদু অশোয়বা য়াওদনা।
মথংগী নুমিৎ থোরক্লিঙৈদা।
শীঙ্গরুরনু পিরাংদি অমুক
নশা হেন্না চোকথনবনি,
নমায়সু লয়রক্লনু অমুক শোমদা,
তাখিবদুনা লোইরবনি নওগী নুমিত্তি,
নওগী শরুক য়াওদ্রবনি মফমসিদি!
মসিনি মপুগী য়াথং হায়বদো।
ঐখোয়না পোক্লবগী মহয় হায়বদো।
পোক্লবদি শিবা তাবনি,
লাক্লবদি হনবা তাবনি,
মফমদুদা অমুক হন্না নওনা লাকখিবা।
মদুনা অশেংবা য়ুম্নি নওগী।

তাং ১২/৪/২০০৩

## মৈচাক

লানফমদা শিবনি মহাকতু,
য়েক্লবগা শোক্লখিবা লান্দুদা অকনবা।
পুথরক্লে মোর্গতগী অশিবদু;
মীয়াম পুন্দুনা লৈকায়দুগী,
ধুপ-থাওমৈগী মৈখু-লক্তুদা।
কপ্লে, লাওনৈ, খোম্থাং য়ৈনা;
"চৎলেদো ঐদি নখোয়গী হায়েংগীদমক"
ইরি, বেন্নরদা বাহৈনা ময়েক শেংনা।

তোর্ব্বান য়ৌরে হকচাংদো অশিবগী,
থাঙ্গৎলে কুদো সংসকারগী শীঙথক্তা।
চুরে চিন্তাগী মৈদো অপোকপনা,
লোইরবা তুংদা মৈ কোয়বা।
ছমাইগী নুংশিৎকী কল্লবা শাহুমদা
মৈচাক ফনা চাকখৎলকই চিন্তাগী মৈদু।
হকচাংদি তুমখ্রে অথৌবগী,
মৈতান্না থাখৈরবনিনা তোর্ব্বানসিদা।
হকচাংনা হিপ্লগী মওংদা মিতল্লগা
শেল্লব্লে নীংথিজনা লৈবাক্কী হকচাং'ম,
সংসকারগী মৈফম মথক্তুদা।
চেং-থোইদিং, পান-তাংগ, দক্ষিনা,
শুনা কত্তুনা খুরুম্লব্লে মফমদুদা;
হঙ্গাম মরু ছল্ল'তুংদা মংদুদা,
চিংলব্লে থাংনা লৈই অহুমখকসু
চৈখৈ ওইনা অশি থোং থিংবগী।
সন্ধ্যাগী মতম য়ৌরক্লে অমুক,
ইচিক-চিক্লে সংসকার মফমদু।
নুপীমচা অমখক মশম ফরবী,
ইফা-ফানা থাদোক্লগা য়াম্লবা মশমদু
চংশিনখ্রে মিতম মুর্ত্তি মনাক তন্না।
খুতুম্না শুরগা ফুরুরে মিতমদুদা
হোগায়রুরে'মুকসু খুজিন্না খোত্তুনা,
চিক্লুরি ময়ানা পাকথরগা অমুকসু,
উফুল-থাইফুল তৈরে মশাদু;
ইকায়-ইকি খঙখিদরে করিমত্তা।
অঙাওবীগী মওংনি মাগী মতৌদো!
য়ৌরক্লে পলেম মমাসু মচাগী মনাক্তা

কোন্নগা পুবীগ্রে মচাবু ময়ুম তানা।
মসিরা মৈচাক হায়বদো কায়নবগী?

তাং ২৭/৪/২০০৪

# কপ্পা অমসুং নোকপা

কনানা নোকই শিথ-শিথ,
কনানা কপ্পী নুংহিক্কনা।
মতাং-মতম্না লাকপগীনি।
কপ্পগা নোকপগা মচিন-মনাওনি,
হায়নরি মীপুম তিংনা তাইবংসিদা।
নোক্রবদি শোয়দ্রবনি অমুক কপ্পা,
কপ্পবদি শোয়দ্রবনি অমুক নোকপা।
নোকপনা হানবা পাম্বরা?
মতুং ইল্লক্লবা কপ্পনা।
কপ্পনা হানবা পাম্বরা?
নোক্কনবা কোন্না পোলোইদা।
ময়াম্বনা ফুই মনাওদা,
মনাওনা কপ্পী পুক্লিং নুংশিনা।
মপানা ময়াম্ববু ফুই,
ময়াম্বা অমুক কপ্পী, পুক্লিং নুংশিনা।
মনাওনা নোকই, ময়াম্বনা কপ্পা উবদা।
মসিনি সংসারগী লিলা হায়বদো!
হে! অঙাং অপিখক!
নঙনা কবিগী কপ্পগা লাক্লিবা?
তাইবংদা খোঙদারকপা নুমিৎসিদা?
করিগী লাক্লিবনো নোক্লগা হান্না?
খঙলক্লব্রা নঙবু হান্নদগী,
নোক্লুরগা কোন্না কপকনি হায়বা?

তাক্লক্লব্রা গুরুনা অশেংবা বারীদো?
হায়য়ুবা হে! তাইবংদা অথোইবা ওইরিবা!
অশেংবা বারীদো খণ্ডলবদি নণ্ডনা?
কপ্লগা নোকপগা মচিন-মনাও ওইবগী।
পণ্ডই হায়বগীবু থোনবরা নমিংবু 'তাইবং'
খণ্ডদবা, উদবনা থল্লবা মফমসিদা হিংলিবা নণ্ডবু?
নুমিৎকী মণ্ডালনা লংনা ণ্ডাল্লবসু
মনি -মুক্তাগী মণ্ডালনবু লংলবসু
উবা ণ্ডমদবা মানদি উদে অমত্তসু,
পূন্নমক মম্মী, মীৎতাংবগা পাণ্ডথক্লি।
খণ্ডদে, মাদি মচিন-মনাওনি হায়বসু
কপ্লগা নোকপগা অনীসে তাইবংদা।
কয়াদা তোনগ্রবা তাইবংগী মপোক্লো?
কপ্লগা লাক্লিবা ণ্ডসি মানা,
নোকনি খনবগীরা হয়েং কোন্না?
অণ্ডানবদা উজবা ণ্ডমদবা মাদি
কপ্লগা নোকপগগী বারী খণ্ডদবা মাদি
তাইবংগী কুম্মেদা লুপ্তুনা লৈথোক্লি।
ময়ুমদা হনবগী মতম ফাও কাউথোক্লি।
শিথ-শিথ নোক্লিণ্ডে পুক্লিনা,
গুরুগী মন্ত্রসু থাদোকখিনি খুত্তগী
কপ্লগা লাকপদা মানা পায়রকপা।
অমুক নোক, অমুক কপ, লোল্লন্নগা পুক্লি,
অর্থ খণ্ডদনা হনখিনি, কপ্না-নোকপগী।

তাং ২০/১০/২০০৩

# তাহনবীনু শুইনগী লাইবক

খোই চোপ্নি তোর্বান থুংনা
পরেং শানা খোইজে পায়দুনা,
পুন্সিগী লম্বী-থিনা-থিনা,
ঙাবু ফাগে হোৎনরি অমদি।
ঙাসু মখল-মখলনি লৈরিবা
তুবেলসিদা নীংতম্না হিংলিবা।
ঙামু, ঙাক্রা, উকাবী, পোরোম,
শারেং, ইলিশা, ঙারেম্নচিংবা,
লোৎলি, শাম্নরি খোংনুংসিদা।
কুইরবনি উরক্লিবা খোইচোপ্নশিংসে,
চহী লীশীং কয়া'ই মমাঙদৈনি।
তোর্বানসিদা লাক্লুনা নুমিৎ খুদিংগী।
ফাবসু য়াওনখ্রে, চাউর-চাউববা,
মহাও লৈরবা ঙাগী মখল
ঙামু, ঙাক্রাদে হেন্দোক্লুনা —
ইলিশা ফাবা, শারেং ফাবা
য়াওনখ্রে মখোয়' মরক্তগী।
লোইরব্রা খন্নুই, লোইবদি নত্তে,
ওনবা উরি মনুংদা তুরেলসিগী
চাউরবা ঙাগী শামিন ফংই।
'দুবু ফাবা ঙমদবসিনা ঙা অমত্তা
বাখল'ম লাক্রে, নীংহন্নবগী,
তোক্রসিরা খন্নকই খোইচোপ্না।
ইকায়বা ফাওরকই মখোয়গী মাঙদা।
খোইজেনা মপুং ফাদ'বৈরা?
খোইচাক থাবা হৈতবনরা?
খোইগং থাংবা চুমদ'বৈরা?

খোইরীগী লংনা শোন'বৈরা?
খোইচোপফম মপা চুমদ'বৈরা?
ফাদি ফানীংখ্রেদা ঙা অমত্তংদি
পাম্বোম্না পাঙ্গল ফরিঙৈ,
ঙাজাও চিংখৎপা ঙম্লিঙৈ,
বুদ্ধি লৌশিংনা মাঙত্রিঙৈ,
নুমিৎনা চীংয়া থাংদ্রিঙৈসিদা।
তাকপীয়ু কৈদৌগে অখঙবা অমনা,
সিদা চোপ্লু হায়বা মফমদো,
ঙারেন ফাগদবা মফমদো!
ঙারেনদুবু ফারদি ঐনা,
য়েন্নদুনা চামিন্নসি ঐখোয় মশেল,
তোর্বান্দা খোই চোপ্লিবা ময়াম,
তাহনবীনু ঐবু শুইনগী লাইবক।

তাং ২৩/৭/২০০৩

## হৌজিক্তদা থানীংলকই ফজবা উপাল

থানীংলকই হৌজিক্তদা ফজবা উপাল,
মহয়-মরোং চুম্বা, চাবা কোন্নগদবা।
লমদমসিগী মীপুম খুদিং য়েনবা থুংনবা।
খল্লুদে, নোংমতসু মতম্না ঙম্লিঙৈ,
থাগে হায়না অসিগুম্বা উপাল,
লৈহাও ফম্লবা লমদমসিদা ঐগী।
থাবা হৌরম্লবদি মতমদুদা ঐনা।
অয়ুক ঙন্না হৌগত্তুনা নুমিৎ থোরকপদা;
খুত্তা য়োৎপাক পায়দুনা ময়া থৌবা,
তৌখায়রম্লবদি লৌফমদু কুপ্না থুগায়দুনা;
মখল-মথেলগী লৈহাও হাপ্তুনা;

চারম্লনি মহয়দো ঙসিদি ঐখোয়।
খল্লুদবনা অদুবু মতমদুদা অসুম্না,
হৌহনখ্রেদো মতমদি অরেম্বদা ঙম্না।
পাম্বীসু অমত্তা থাহৌদবনা ঐনা,
ফংদ্রেদো উহৈদি অমত্তসু চাবা।
পঙ্থৌগী ইংখোল চাইগোয়নুংসে,
মাঙহনখ্রেদো অরেম্বদা পাক্রবা লমহাংসে,
লৌশিং ওইহন্দুনা শাংলবা মতম'ম।
হৌরি, ঐনা ঙসিদা লাঙ্গোল পায়বা,
তেমখায়নবা হোৎনরি, কনশিনখ্রবা লৈমায়সে!
লৈহাওসু হম্বহনখ্রবা লৈকংলাগুম্না।
য়েংবা তারি থাদুনা অমুক্তংদি,
নীংগ্রী তাখত্তুনা মীনা তৌনবগুম;
চহী-মতাং চাদ্রবা মতমসিদা,
তারমদাই নুমিৎকী মঙালসিদা,
লৌচি-লৌয়া থুংবা ঙম্রা হায়না।
থাবু থারম্লবদি মহয়-মরোং অফবা চারগী,
য়ানগনি শোয়দনা উপান্দা উহৈদি;
চাজহৌরসনু তুংদা লাক্কদবা মখোয়না।

তাং ২৩/৫/২০০৪

## অশেংবা সহিদ

মাঙদসু থৎখ্রে, আই আরবীনা,
তুংদসু তাম্নরক্রি, আসাম রাইফলসনা,
য়েৎলোমদনা লেপ্লি, সি আরপী এফ,
ওইরোমদসু য়েংলি, বী এস এফ,
চেনবদি হৌরুরে করম্নো ঐবু?
শিবদি শোইররোই ঙসিসে ঐহাক!

করিনো তৌগদবা উপাইসিবো ঐনা?
থবাক্তা নোংমৈনা পাল্লমদাই মিকুপসিদা?
মিহুলনা খপ-খপ চেংগুম-চেনগানরি,
হায়হৌবনি, ইমানদি থেংলে চৎখ্রনু!
ঐনা তাশিন্নদ থোরকপনি লোন্না।
খামখিবনি ইচেনসু খুৎ পায়দুনা;
হংহৌবনি দাদাগী মচা বেম্মনসু,
"চৎখিনু কাকা! অহীং ওইদৌরে"!
হয়েংসু পরিক্ষানি অরুবা অঙ্কগী।
চংশিল্লক্লে মখোয়দি ইমাঙদা,
নাক-য়েত্তা, তুংদা লোইনমক;
খানা য়েংবা হৌরক্লে মমীৎশিংদুনা,
নোংমৈ মরুসু লোইনা হাপচিন্নখ্রে,
থাঙ্গৎলক্লিবা নোংমৈদু, ঐঙোল্লোমদা ওনশিল্লগা।
ত্রিগরসু পায়রগা চিংবা হৌনখ্রে;
মরুদি মরিনি পান্দৌরি'সে ঐঙোন্দা,
কোক্তা, থবাক্তা, পুক্তা, নঙ্গন্দা।
খুৎ থাঙ্গৎপা হৌরে, ঐ!
ইমাবু উরক্লে মীৎসিদা তোয়না,
ইচেবুসু উরক্লে অনীশুবা মিকুপ্তা,
হাদা! ইমা নুংশিবী!
পলেম নঙবু অপোকপী!
ইমানা হায়বা ইঙ্গরম্মদি,
ইচেনা খাম্বা য়াজরল্লদি,
তুং হন্না অমুক্তং য়েংলল্লদি,
নংলমদবসু ময়াবনি ঐগী দথাসে!
ইক! ইক! অনীরক্লি তাখিবদো!
মঙলাক্ল'বৈ খোঞ্জেলনি কনাগুম্বা 'মগী।
অশিবা অমদি লৈরল্লে শুমাঙদা!
শাংদ্রোং শাংনা তাদুনা লৈমায়দা;

অহীং মমৈগী মতমদুদা।
নোংমৈগা কোন্ননা ফাবনি হায়।
কাপ্পবদা শিবনিসু হায় মফম খঙদে।
'দুবু অশেংবদি মাদি মীচম্নি।
পরিক্ষা থাজরিবা ছাত্রনি মেত্রিক্কী।
চহীনা মাগী য়েক্লবা ওইরুবনা
ওইখ্রেদো মাদি অশেংবা সহিদ।

তাং ৪/৪/২০০৪

## পুখ্রি মপালগী অঙাওবীদো

লেপহৌই মদোম সিরিদুদা,
ঐবু য়েংদুনা মোমোন নোক্লা।
খুঙ্গংগী পুখ্রি অচৌবদুগী মপান্দনি।
মঙ্খুনরবা ফনেক অশংবা'ম শেৎলি।
ফিদোন চিংখৎলগা মৌবু শানা।
মৌদি নত্তে হায়বা খঙই ঐনা।
মশকসু নুংশি হেক য়েংবদা,
ফিভমসু ফজৈ, থীক-থা ফন্না;
মপোপ-মতাং ফজৈ, নোয় পেল্লি।
মশমসু ফৈ নীংদু য়ৌই।
চোংথখিবনি মানা পুখ্রিদুদা,
মশমদু পুন্সিল্লগা চেৎনা মথক্রোমদা।
শান্নখি, ঈরোইদুনা ঙাইহাক পুখ্রিনুংদা।
কোয়লৈ-লৈ, কোয়অও তাও।
ঐগী থম্মোয়বু ইথক হৌহনখি।
কাখৎলগা ফমখ্রে সিরিদুদা তপ্পা।
চোৎলদুনা মশা পুম্বা ঈশিংনা,
য়েংলক্রে, মীৎস্নাদুনা নুংশিনা ঐঙোল্লোমদা।

চান্নবা হৌবগী মীৎয়েং অমখল্লা।
থম্মোয় মনুংদদি মনিন কারে,
উৎসব মফমগী মৈখুগুম অরাপ্পদগী উবা।
ৱাখলগী মনিল ওইরমান্নে বসন্ত চংলকপগী
য়েন্নীংথাগী মতমদা তোয়না কাগনবা,
তু চুংলম্বা হকচাংবু পুক্লিংনা থেমদুনা
ৱাখলনা পাউতাক থুনা পীখ্রে বুদ্ধি তানা।
হন্থখ্রে পুক্নিংগী অপাম্বা মিকুপ্তা।
ঈশিং মরিকশিংদুনা কংখ্রবদা হকচাংদা পক্লম্বা।
চেনবা উদে, মঙোন্দা অৱাবগী শকফম,
মোমোন্তমক নোকই মায়থোঙনা মাগী।
থম্মোয়দা তাখি, মমি অমখক নুমিত্তুগী।
'দুবু খঙলকখি; তশেংনা মহাক অঙাওবীনি।
খনখি; থাদোক্লগে মাগী ৱাখল,
ঐগী ওইজবতা থিদুনা।
ঙংদুনা লৈখি, য়াদে 'দুবু থম্মোয়নুংদা মতম কুইনা।
খোইমুনা ৱা মনুংদা লৈবগুম থোকফম খঙদনা।
হংলি ঙসিসু লৈরমখিগদ্রা মাবু
পুখ্রিগী সিরিদুদা মদোম তরক?

তাং ১৪/৪/২০০৩

# ফুগায়না শৎপা ঙমদ্রবী লৈরাং

মকুম মথাদি য়ৌরক্লে মাগী,
সাৎপনি মহৌশাদি ফাইরেন থাসিদা।
বসন্তদা শৎপী লৈরাংনি মাদি
ইকায় থীবী ওইরুবনা কুমসিদি
শাৎপা ঙমজদ্রে মদোম তরক।
ৱাকচিং থাগীদি থামৈদা নোংমা,

লৈরাংনা মতম য়ৌরক্লুনা মাগী
লৈশাৎ তম্নিংবগী ঈহৌ মদি
উপ্পবনি ইমীৎসিনা মানা পোম্লিগৈ,
খনখি, পুক্লিংনসু শাৎলগনি শোয়দনা।
ঙসিদি লোইখিদৌরে ফাইরেন থাগু।
নুরা-পাখং ৱাইথুংনবা থা,
কৈদৌরে শাৎত্রবদি লৈরাং নঙদি?
পোমশাৎনবা ঙমদ মতৌদুনা নঙগী
শাৎলরোই হায়রিব্রা লৈরাং নঙবু?
খজিক্তং হাইদোক্লুনা মমায়গী ফিজিদো
পাউখুম পীরকই অপোম্বা লৈরাংনা
"হাদা মৈতৈ ইবুং অথৌবও!
ফাইরেন থাগী থামৈসিদা কুমসিগী
লৈশাৎ তমগদবসিবু ঐনা ঙসি
মৈতৈ ময়েক্তরা বঙ্গালি ময়েক্তরা?
হাকুম শাৎখিবী ইচেদো ঐগী
বঙ্গালি ময়েক্তা শাৎলুবনা মাদি
লৈরাংগী লৈহি চুপ্পা লোইদনা
মৈৱাইহনবীগ্রে তুম্না মৈনুংদা।
কুমশি ঐসু মাগুম্না অমুক
বঙ্গালি ময়েক্তা শালুবা থোক্রদি
মৈৱাইখিবা শোয়ররোই মৈরিদা।
তাকপীয়ু খঙলবদি ইবুং নহাক্না,
লোম্থোকচদ্রবী নচল ঐঙোন্দা,
করম্বা ময়েক্তনো শাৎকদবসিবু ঐনা?"

তাং ২৩/৩/২০০৫

# মল্লবা য়ুম

থাদোক্লম্বা তারে ঙসিদি,
মল্লবা য়ুমসে ঐগী।
মতম লাক্লবনিনা ঐগীসু
অরোইবা হায়বা মিকুপ্তো।
নোংমতা শাউখিদে মানা ঐবু
অসুক কুইনা তিন্নরকপসিদা!
ঐনা চৎলে, মাসু চৎলি,
ঐনা চারে, মাসু হাউই।
ঐনা তুম্লে, মাসু তুম্মী।
ঐনা নুংঙাইরে, মাসু নুংঙাই,
ঐনা ব্বারে, মাসু ব্বাই।
অসুক ফব্বা য়ুমসে ঐগী
করম্না থাদোকপা তারবা ঙসিদি!
খল্লুদে মতম্না লৈরিঙৈ,
নুংশিরক্কনি অসুম্না মাবু।
কায়নরমদাই মতম্না লাক্লবদা
মাগা ঐগা অরোইবা ওইনা,
নীংশিংলক্লে লোইনা মাঙগী ব্বা।
অঙাং নব্বা ওইরিঙৈ,
ইমাগী তম্পাক্তা হিপ্লিঙৈ,
খল্লুদে ঐনা মতমদুদা,
ঐগীসু লৈজে তোঙানবা য়ুম,
ইমাগা ঐগা পুন্দে হায়বা।
জ্ঞান খরা তারক্লুনা
ষণশেন-ষণঙাক ঙম্নক্লে,
ইয়ুম তোঙানবা হৌরক্লে।
ঐগী-ত খনবা হৌরক্লে,

লমজেল চেল্লি, মুক্না শাম্নৈ,
স্কুল চৎলি, মহৈ তম্মী;
ঐগীদমক খল্লি নুংতিগী।
পুন্নমক থমজিল্লি ঐগী য়ুমদা।
মনা, মথুম ফংলকপা খুদিং।
ইনথৎলকপা মতম য়ৌরক্লুনা
অপাম-নুংশিদা লুপ্লুরে,
মৈচাক খাঙলুরে নুংশিগী,
চিঙ্গাক ফত্তবা চাক্লুরে,
লায়থুং পাম্নৈ ইশাদা;
দেহে মম্নৈ খাঙভুথক্তা;
মানদি শাওদে নোংমতসু,
তৌগনু খামখিদে ঐঙোন্দা।
ঐনা তৌবা অফবা কয়া,
ফত্তবা থবক হুরান-চিম্থি,
লুট-পাট লোইনা য়াখি মাসু।
'দুবু মতমদু লাক্রে ওসিদি —
ঐ খঙলে, তাঙ্গাদু ওসিদি
মাগা-ঐগা কায়নগদৌরে হায়বা,
শ্বর মতৎ হোনবা হৌরক্লিবা,
থবাক্তা কম্না নারক্লিবা
মাগা-ঐগা কায়নরমদাইগীনি।
লৈহৌরোকো মল্লুবা য়ুম!
নঙ ঐবু ব্বারৌগনুকো!
তৌখিদে ঐনা নোংমতসু লুনা,
পেন্নবা নঙগী থম্মোয়না।
হংখিদে ব্বাফম অমত্তসু —
ঐনা তৌরিবসি নঙনা য়ানীংব্রা?
তৌনীংবত তৌরুবনা ঐনা
হৌখিবা মতমদা নোংমকাংদনা,

নীংতম্বা হেন্না পামজরক্কনা,
নওগা-ঐগা কায়নবা তারকপনি।
খল্লুদবনা ঐনা নওবু থবায়গুম;
ঐসু নওসু দন্দি ফংগদৌরেদো,
উনররোইদো ঐখোয়'নী অমুক হন্না,
অরোইবা মতম'সিগী তুংদদি
নওগী ঐগী বারীদি লোইনা
লৈহৌরনি মল্লবা য়ুমসিদা।
থবায় য়াওদনা ইহাং হাংনা।

তাং ২৮/৪/২০০৪

# নখোয়বু কদাইদনো

চৎখি, অমমমত ওইনা মখোয়,
পুংফম-তানফমদি মান্নখিদে অমত্তসু,
ফনদি য়ামখ্রে, চৎথ্রিবসে মশীং।
অমত্তসু উদ্রি, হল্লকপা ইমীৎসিনা।
কদায় তানা, কয়াম লাপ্পা?
কনাগী মনাক্তা চৎলিবা মখোয়না?
খওদে ঐসু, মাসু, নখোয়সু;
পাউদু তল্লদ্রবনিনা হল্লক্নুনা মখোয়না,
অবা-নুংঙাই, ফজবা, অথীবা,
থেংনরকপদো মখোয়না মফমদুদা।
অদুবু, শীন্থরম্মী, পিরাংদি মীৎলুদগী,
কায়নরমদাই মতমদুদা মমা লৈবাকসিগা।
নুংশিনা শোল্লম্মী, অরোইবা বাহৈনা —
মখোলদি থোক্তনা তুমিন্না লোন্না।
"হে ইমা! পোক্লফম নুংশিবী!
খোল্লাং লমন সিংলমদ্রেদো ইমাগী

ইমানা ঐবু য়োকপীবগী চাউনবা।"
কয়াম লাপ্পা, কয়াম ফজবা,
চৎলুবা কনাদা হংনবা লৈতবা,
শুক্ল-মম্বা, অকি-তুজুংবো,
ওইরমগনিসু খণ্ডবা মফমদুদা,
নখোয়দি কৈদৌবা চৎলিবা?
অততাই ওইনা নঙহৌরোইদবগুম তুমিন্না?
হাদা! অথৌবসা! ইনখৎলক্রিবা!
মতমগী নহারোল মী কিদবশা।
চহী মতাংদু নৌমল্লিদা নঙগী,
নপোৎ-নচৈসু লোইশিল্লমদনা অমত্তা,
অপোকপী পলেমগী য়াথংসু য়াওদনা,
অয়ুক্কী চরাসু বানখিদবা নঙনা,
করিগী নংহৌরোইদবগুম চৎখ্রিবনো মফমদুদা?
হল্লক্রোইদবা লৈরবা নঙনা অমুক,
তৎনগদবা লৈরবা তাইবংসিগা মরী,
তাক্রম্মুকো শেংনা হন্দকমুক্তি —
চৎকদৌবে হায়না মফমদুদা নঙসু
পীহৌনবা ইমাগী য়াইফ মঙ্গল।

তাং ১০/৮/২০০৩

## খ্বাইদগী চাউবা দান

হায়নৈ, শোয়ৈ, মতম অমদা,
অথোইবা দান্নি হায়না মালেমদা,
মশাবু উচেক্তা পীজখিবা দধিচি!
মরৈবাক পুম্বা দান তৌখিবা হরিচন্দ্র,
খুদোম্বী ককখিবা দাতা কর্ন;
পুন্নমক ওইরম্মী মশাগী কান্নবা।

মথং মপোক অমগী য়াইফনবা,
করিগুম্বা অমা ফংনবৈদমক।
মশাগী ওইজবা থাদোক্তুনা,
তুংগী য়াইফবতা খন্দুনা,
তুম্বা, চাবা, খোয়জংদনা,
অহীং, নুংথিল, কুম্মী-কালেন,
নাচুংবা অমত্তা লৈতনা,
মশম ককপা, মকোই কোকপা,
তাই পুনবা, কার থৌবা,
ফজবা, অপাম্বা, নুংশিবা,
মপা-মমা, নুপী, অঙাং,
লোইনমক মতাইদা ইপ্লোক্লগা
হোৎনখিবদো রেলগাড়ী শানবা,
এরোপ্লেন শানবা, টেলিফোন শানবা,
বল্ব শানবা, ৱায়ারলেস শানবা,
কম্পুটর শানবা, রোবোট শানবা,
মখোয়সিনা ওইরোইদ্রা অশেংবা দানবীর?

তাং ৫/৪/২০০৪

## লাল

শোক্লরি লাল মালেমদা অকনবা।
লানফম কয়ানি মশীং খঙদবা,
মী অমগী নীংবা কায়বগী লাল,
মী অনীগী নুংশিনদবগী লাল,
য়ুম্লোম্নবা অনীগী শম্বলগী লাল,
লৈকায় অনীগী মংফমগী লাল,
খুঙ্গং অনীগী বঙ্গাবুংগী লাল,
কেন্দ্রিদেৎ অনীগী ভোৎকী লাল,
স্টেট অনীগী ওমখৈগী লাল,

লৈবাক অনীগী সিমনাগী লাল,
লোইবা লৈতে, লেপ্পা লৈতে লাল,
ইনাকখুনবগী ইমুংদা শম্পত্তিগী লাল,
লায়রবগী ইমুংদা চাকখাওগী লাল,
ঈশিং বাংপগীসু লাল, ঈশিং হেনবগীসু লাল,
মৈ ফংদবগী লাল, মৈ হেনবগীসু লাল,
ধর্ম্ম তিন্নবা মশেলগী মরক্কী লাল,
ধর্ম্ম মান্নদবা মশেলগী মরক্তসু লাল,
রাজনিতিগী দল পুনবা, পুন্দবগী লাল,
লাইরিক য়াম্না হৈবশিংগী অক্কগী লাল,
লাইরিক হৈতবশিংনা পণ্ডবগী লাল,
য়াম্না চাউখৎপগীসু লাল, চাউখত্তবগীসু লাল,
লোইবা লৈতে লেপ্পা লৈতে লাল,
শাবী-শানৌ ওইরিঙৈ,
য়ুম্নাক-শাগৈ তোঙাম্লিঙৈ,
নুংতিগী পুক্নিং-বাখলদা উনরিঙৈ,
ইনাক্তা নক্না লাকহন্নীংলিঙৈ,
কয়াদা নুংশিনরব্বা মাগা-ঐগা।
থম্মোয় তংখায় ওইরব্বা অনীনা,
ইনাক্তা লাক্নুনা থম্মোয় পুন্নগা,
করিগী অসুক নুংশিনরক্ত্রিবা?
চাপ্নৌ, নুংশিনৌ নখোয় অনীত
মালেমগী লালসি লোইনবা
লান্দি ইমুংদগী হৌবা ঙাক্তনি।

তাং ৫/৪/২০০৪

## মতমগী মমল

চেনখৎলকই, লমজেল্লোই পুন্নমক
পম্বুংফম য়ৌনবা য়াম্না য়াংনা,
মাগী-মাগী পরিংদু কায়দনা।
খোঙথাং থুবা হেনগৎনরকই,
শক্তি পুম্বা ফুদোরকই,
পাম্বুংফম ঙম্না য়ৌনরকই,
সেকেন্দ খরগী মতুংদা।
তাহৌরে মহাক্তি অনীশুবদা।
সেকেন্দ অমখক থেংখিবনা।
পূক্লিংদা মৈচাক ফাওরকই,
হৌখ্রবা মতমগী তেংথারকই —
"ও! ঐনা হোৎনবা ঋাৎখিবনা,
হৌখিবা মতমদা চেকশিলহৌদবনা —
অনীশুবদা তারেদো ঙসিদি।"

তাং ২/৪/২০০৪

## উতাংবী

উজাওনি, হৌরিবসি ইমাঙদা,
মনা, মশা, মউ ফজনা উরিবা!
থিজরি লেপ্তনা মচিঞ্জাক
মরা ময়াম্না লৈমায়দগী।
খঙহৌদে, নপশিল্লকই, উতাংবী অমা।
মখুৎ-মশা ফন্দোকপা হৌরকই, মাগী হৌনবী।
মবুক ফবা উজাওগী মথক্তা;
লৌথোক্কে খনখিদে উতাংবীসিবু

মানা শাইদাংলকপা নৌরিঙেদা।
উতাংবী চাওরে, মপুং ফারে।
মনা, মশা পুম্বা উজাওগী
উতাংবীনা লোইনা কুপশিনখ্রে।
উজাওগী চিঙ্গাকসু উতাংবীগী ওইখ্রে,
তপ্না-তপ্না কংলক্রে উজাওদো!
উতাংবীনা চাবদগী মাগী মশাদা
কোম্নথংদা ওইহৌরে উতাংবীগী লোইনা।

তাং ৩/৪/২০০৪

## অসুম পীকশিল্লক্রি

পুথিগী ঈশিংসু কংশিল্লক্রি,
চীং-মানসু কোকশিল্লক্রি,
পোদোনগী থাওসু কংশিল্লক্রি,
চেংফুগী চেংসু লোইশিল্লক্রি,
লায়নাসু জাৎ-জাৎ লাকশিল্লক্রি,
নোংমৈসু পঙকাপ্তা কাপশিল্লক্রি,
মীশু পঙশিদা শিজিল্লক্রি,
বন্দ-ব্রোকেদসু তোয়শিল্লক্রি,
পুকচেলসু লোইনা পীকশিল্লক্রি,
মেপসু অসুম-অসুম পীকশিল্লক্রি,
মিহুলসু অসুম-অসুম পীকশিল্লক্রি,
হিংগদবসু অসুম কিশিল্লক্রি,
লোদ সেদিংসু অসুম তোয়শিল্লক্রি,
পুম্মম মমখিদৌবা মানশিল্লক্রি।

তাং ২৯/৪/২০০৪

## খুইদগী বাংবা অবাংবা

লৈরি, মলেমদা অবাংবা চীংদোল,
হৌরি, অবাংবা উপাল কয়াসু,
ঙাল্লি, নুমিৎ, থা, থবানমিচাক,
পুন্নমক অবাংবদা ঙাক্তনি উরিবসে।
শারি, লেপ্তনা ফুরা, দলান বাংনা-বাংনা।
পাইরি, অতিয়া খেংনা জেৎপ্লেন,
থাগৎলি, কাপখৎলি অবাংবদা রোকেট, সেটিলাইট,
তান্নরি, বাংবা মালেমসিদা লোইনা।
লৈরি, অবাংবগী পাংখে লেপ্লবা,
গীনিস বুকতা মালেমগী ওইনা।
অদুবু, হংলমগে বাহং অমখক —
"লৈব্রা হেন্না বাংবা অবাংবা অমা;
মীওইবগী বাখলগী বাংমদা?

তাং ৪/৪/২০০৪

## রাজনিতিদা মৈরানবী

থানগৎলু পোদোন সন্ধ্যাদা।
য়োমগনি মৈরানবী মপৈনা।
পামজবা অমা লৈবগীনি।
য়ৌরক্কনি ভোৎকী মতম,
য়োমগনি মীরেপ ওইগদবশিংনা;
পামজবা অমা লৈবগীনি।
লৈতে, খেন্নবা অনীগী মরক্তা
ভোৎ অমদি পোদোনগী মৈরি।
মৈরানবীনা হাইথরকখি মৈরিগী মৈশালক্তা

মীরেপ্পা হাইথরকখি পৈসাগী শাফুদা।
খঙলম্নবা মৈরানবীনা মৈগী মৈশা
শিরম্লোই পোদোন মথোঙদা তুম্না।
খঙলম্নবা মীরেপ মাসু মীগী খদ্রক;
চৎলম্লোই শরক্তা ভাওদুনা ঙসি।

তাং ২৯/১০/২০০৬

## নীংতম্বগী লাল

শোক্নরি, লেপ্তুনা থম্মোয় খুদিংদা।
নীংতম্বগী লাল অমা অকনবা।
মান্নদবা থম্মোয় কয়াগী জগৎসিদা।
নঙনা থিরি নঙগী মীচঙ, মানা থিরি মাগী মীচং।
চিম্বাল থোঙদা মরুপ ওইনৈ ভাইহাক্কী।
থম্মোয়দদি লোল্লি মরোল অমা তোঙানবা।
য়াদে, মরুপ ওইসি, মান্নদবা থম্মোয় মশেল।
ঙরাং মরুপ ওইরম্বা, ঙসি য়েক্নবা ওইরকই।
অমনা শোল্লি — হরিনাম, অমগীনা অল্লাহু অকবর,
অমনা শোল্লি — হরি-হয়ুম, অমনা নীংই যীষু খৃষ্ট।
করম্বা নীংতম্বনো পুরক্কদৌরিবা?
ধর্ম্মগীরা, রাজনিতিগীরা, লৈবাক্কীরা?
থম্মোয়গী লান্না মরুনি।
থম্মোয় মশেল মরোল তিন্নরবা,
লান্দি নহান্না লোইবা য়ারে।

তাং ১০/৮/২০০৩

# নিংঙোল পোকপা

ইপাগী ইমোম ইবেম্মা!
চৎলোকো নঙদি অনৌবা য়ুমদা!
মাঙ্গ মাগী মকাদুদা।
পলেম-পঞ্চৌ থাদোক্তুনা,
ননেম-নকু ফংজরুরো!
অনৌবা শিঙ্খা পায়জরুরো!
ঙরাং অহীং অথেংবা,
শীঙ্খখিবা পিরাংদো ইপাগী,
মীৎলু-নাপোম অনীসিদা,
লেপ্প লৈত চেঙ্খরকপা,
মোল্লাংদু লুপখিবনি ইপানা খাঙখিবা।
বানা খাঙমিন্নখি ঐখোয় অনী,
ফুনগৎলকখি, থম্মোয় মনুংদগী,
থজিন য়ৌনা শ্বর অমখক,
মখোল থোকপদি য়াখিদে,
তাখ্রগা ইচানা নীংঙমখিরোই,
হন্দক্কী মপোক্কীদি লোইরেদো!
ঙসিনা অরোইবা ওইরেদো,
লৈশাবী হায়বা মিংদো ইচাগী,
হয়েংদি চল্লুরনি মৌগীশীংদা।
লাক্লুরোই, অমুক মতমদো,
কেজ-নৌজবদো ইচানা,
চানীংবা চা, শেৎনীংবা শেৎ,
ননীংতম্বা মতৌদো নঙগী,
অসিরা চৎনবী হায়বদো তাইবংগী?
মতমগী ঈচেলনা হোইদুনা পুরিবা,
ফারুবদি য়াদবা তান্নদুনা চৎখিনু,

নুংশি হায়দুনা খুৎশিনা ইচাবু!
নীংলুই, ওইরবোই ঙরাংগী বারী,
নঙগী ষষ্টি, নঙগী চাউম্বা,
উন-উন খঙহৌদে চৎখিবা,
য়াংথ্রেদকো মতম নঙগী খোঙজেলসে,
ঙসিগী পুংফমসে ওইহল্লকই থুনা,
চহী কুনমঙাগী মতম ইচাগী।
পুক্লিং অমনা কপ্লি হিক্লা,
পুক্লিং অমনা থেমজিল্লি তপ্না।
"তোক্লো! মরুপ কপ্পুরনুবা!
সংসারগী চৎনবীনি নঙগীত নস্তে।
অসুম্না লোইনা তৌনরিবা ঙাক্লু।
মখোয়গীসু সংসার অমনি অনৌবা!
হেন্না নুংঙাইজবা ময়াগী সংসার,
বারুরনু অমুক নচাগীদমক্তা!
থম্মোয় লাইমন ওইননবনি,
নিংঙোলগী পুন্সিনি মাগীদি,
কায়দোংফম হোংখিবৈ বাতনি।
নঙগী নুংশিবা শক্তম'মনা,
নঙবু 'পুপু' কৌররনি লাক্লুনা,
অনৌবা মপোক্তা পুন্সিগী অহমশুবা,
মতমদুদা কাউথ্রনি নচাগী বাখল।

তাং ১৭/৬/২০০২

# মঙফাওনরদি নুংঙাইনিদা

খঙদে, কৈদৌঙেনো ঙাইরিবা নুমিত্তো?
থোক্লকই তাখি, থোক্লকই তাখি,
ফনদি কুইরে, ঙাইরক্লিবা মানা।
নুমিত্তা নত্তে তাখ্রিবসে নোংমদোন্দা,
থাজ মাসু য়াওরিবনি তাখিবদা।
নুমিৎ মানা ঙানবা হেন্নবসু থাদগী,
শক্তি পূম্বা থোরক্লসু মঙোন্দগী,
কুমশীং পাবদি থাদা পানৈদো,
থাদা পারম্বা থাশীংদো অমুক,
চহীদা পাবা হৌরক্লে ঙসিদি।
চহী-অহুম হায়রক্লে মতমসি,
মরী, মঙা, তরুক হায়রক্লনি মথংদা।
কুমজা-কুমওন্না হোংলক্লি খুদিং।
কুমজা কুমওন্দনি চথখিদৌবা চহীগী,
পান্দমদি লৈহৌরি মচি লেংদনা।
হুইনা ঙাওরে হুইবু থিবা,
যন্না ঙাওরে ষণবু থিবা,
চংনৈ লমদমসিদা কুইর মতমদগী,
মীনা ঙাওরসু থিনৈ, মমা-মপা!
কুইরেদা কৈনো মাদি —
থদোক্লম্বদি ময়ুম লমদম,
ময়ুম লৈজদবনি হায়রসিরা?
কনা লৈজদবী ওইহন্নসিরা?
য়াদৌ মান্দেবু তোকউ হায়বদি;
মান্দে য়াদৌবা লুপানা মহুৎ শিনবসু!
পান্দম ফংদ্রিফাও হন্দৌ মান্দে।
ওইরম্নদি কনাগুম্বী লাইবক চাওবী,

পোক্রম্বা থোক্রবা ইন্দিরা গান্ধীগুম দিল্লিদা,
মফম কল্লিবা লমদম অমদা,
কোলকটা, দিল্লি, মুম্বাই, চেন্নাইদা,
ওইরম্লোই ফিভমসে অসুন্না অসুম।
ওহোকপা য়ারমগদ্রা মতুং লোইনা
নিংথমথাদা তুংনা নুংশা য়াইবগুম।
লাওরোইদ্রা থোরক্নুনা মখৌ পোংনা।
"উদ্রা ইচানুপীসে ঐখোয়গী
নমীত্তু উইশিল্লিবা করিগীনো?
অখাঙ-কনবী অমা মাগা মান্নবা
পুথোরকউ য়েংগে ঐখোয়গী মাঙদা?
চহী অহম চরা হেনঙব্বী,
মালেমদা অনী শুখিদ্রিবী অমা?"
অহৌবা মখোলদা মখোয়গী খোল্লাওগী —
পার্লিয়ামেন্ট শোয়দনা নীক্রমগনি।
মালেমগী পুংজাওসু থীল্লমগনি।
কোকিল লৈতবা লমসিদা ঐখোয়গী,
কোকিল শাদুনা কাক্কা খোংবসে,
য়াগদরা তাবীয়ু হায়না কোকিলগীনি?
খোন্নৌবা কোকিল অমত্তং লমদমসিগী,
খোংবা ঙম্লবা থোরক্নুনা পঞ্চম শুরদা,
অবাংবা হৈনৌ পাম্বীগী মতোন্দা,
তাননবা দিল্লিগী মনা য়ৈশিল্লবা অঙম্বশিং,
শুমহৎপা ঙম্লবা মিকুপ অমত্তং
পঙথহন্দুনা মখোয় পুন্নমক
পুরকপা ঙম্লবা থংনবা মিকুপ্তা
অওনবা পুক্নিং, বাখল অশেংবা মচুগী,
মরুম চংলনি হৈনৌ মপালসে,
চরোং-চরোং য়াঙ্জরনি পাম্বীদা।
মরু লুক্রনি উপাল উহৈতনা।

শর্মিলাগী নীংবসু থুংজরনি শোয়দনা।
মোইবুং খোঙ্গৎপা য়ারে মায়পাকপগী,
লৈপরেংনা ঙকশমদা পৈররনি,
মগুণ থাবীনবা মশীং হেনগৎলনি,
ঙাওরম্বা হৈগী হৈবুসু খঙলক্নি,
ঙাওরম্বা যণগী যণবুসু থোরক্নি,
খঙদে, 'দুবু কয়াম ঝাৎলিবা?
লাকদৌবা 'দুগুম্বা য়াইফবা নুমিত্তো?
মদুনি ঙাইরিবসে খৌরাংনা লমদমসিদা।

তাং ২৪/৪/২০০৪

## হিংমিন্নসি কৈদৌগে পুন্না

খল্লুদে, মপান ফরিঙৈ নোংমতসু,
শোয়দনা শিগনি নোংমদি ঐখোয়,
অহাওবতনা পুক থল্লিঙৈ,
ফজবতনা ফিজেৎ লৈতেংলিঙৈ,
থোরকখি, নুংতিগী মশোংফন্না।
ময়ুম-মোংবা মরান-য়াইদৈ'
উশা থক্তা খমন্নাং তোংলম্বা উচেক্না,
পাইরবসু পুন্না পাইমিন্নখি তোয়না।
মাগী মতম্না লোইবনরা?
লমহেনবা অঙাংগী নাওরিনরা?
উচেক'মদি শিরে ঙসি।
মপাং কায়নরবী চেক্লাদুনা
তাইবং মীওইববু উরগা চৈরি।
মরোল খঙদ' ঝাহৈনা খোংলি —
"নঙসু নোংমদি ফংঙুকো ঐগুম্না,
ঐনা ঝারিবা মৈচাকসে কায়নবগী"।

লাক্লে ওসিদি মপুগী বায়েল।
মতম মানা পুরক্নুনা থুংলরে।
মী মাসু শিরে ওসি।
মাগী মতম্না লোইবনরা?
লমহেনবা গুলিনা পানবগীরা?
মপাং কায়নরবী চেক্লাদুগীগুম্না,
লাই পুন্নমকপু শাওনা চৈরক্লে,
মশানৌ ওইরম্বীদুনা শিরিবা মাগী।
মরোলসু খওবীরোইদবা মাগী বাহৈগী।
শাপ তৌরক্লে অসুম্বা বাহৈনা —
"নওসু নোংমদি ফংগুকো ঐগুম্না
ঐনা বারিবা মৈচাকসে কায়নবগী"।
লাইদা তাইনরগা কোক্কদরা?
মীদা চৈরগা লোইগদরা?
মীগী মরক্তা শোক্লরিবা লানসে?
মীনা জীবশিংদা ওৎপীরিবা মতৌসে?
নওসু মীনি, বাখল খনবা ওম্বনি।
থবায় অমমম্না পুরিবনি লোইনা।
মপুগী থৌদাং পাওথোকপা লাক্লিবনি,
সংসারসিদা অমুক্তং উনবনি পুন্না।
মফমসে মাগীসু শরুক য়াওরিবনি।
হিংনবগী হক লোইনা পীরক্লিবনি মপুনা।
হিংমিন্নসি কৈদৌগে শান্তি ওইনা।
শিগদবা লৈরবা তাইবংগী মপোকসিদা
অদুক করাম চাউরিবা করিগীনো?
নওগীদনা মবাবা, মীগীদনা মনোকপা,
হৌনদে, তৌগনু হে! মীওইবা!
শিরগা লোইরবা মপোক্লি ঐখোয়সে,
অহান-অকোন খায়বখক্তনি,
নুংশি চান্নবা তমসিবা পুক্লিংদা!

শান্তিগী পাউজেল পীরমসিবা তুংগী।
হোৎনবত লেপকনুসি তাইবংদা হিংলিঙৈ,
অচুম্বত থিদুনা তৌরমসি তুংগী।
মপুনা শোয়দনা চানবীনি মদুগীদমক।
শোয়দনা পুবীরনি পুন্যগী লম্বীদা।

তাং ২/১০/২০০৩

## ঐখোয় লিংজেল মান্নরি

অকনবদুনা লাওরকই স্টেজ মথক্তগী,
মখুত্তা এ কে ৪৭, অমা পায়রদুনা —
"কনানো থৌনা ফবা য়াওবরা?
থোরকউ লাও, ইমাগুসিদা।
খোঞ্জেল থোক্লা হায়রোলাও।
ইমা লৈবাক লমদমসিগী,
মপারি, মমোম কয়াসিবু,
লিংজেল মান্নদে হায়রোলাও;
মরৈবাক নুংশিদে তন্নোলাও।
পাউখুম পীগে মরুসিনা,
নখোঙ য়েৎ-ওই অনীমক্তা
শোইনাইনবা পুন্সিগী ওইনা,
মালেম থক্তা লেপ্পা ঙমদনবা।
লুকথখি লৈমায়দা মরূ লোইনা,
বারেপ লৌবা লাক্লিবা মীয়ামদো।
খঙ-হৈরে খন্না কৌরিবদো মখোয়না।
পাউখুমদি য়াওরি ফুরিখাউ চোন্না,
মীওই খরগী মফমদদি।
'দুবু খুম্বদি ঙমদ্রে বাহৈদুনা,
অকনবদুনা থমখিবা মিটিং হৌরকপদা।

সজি ওনশ্রে, হুইনা কোয়শিল্লবা,
হমেং ওইশ্রে, বলিগী থাং ঙাইরিবা,
মখোল অমত্তা থোকঙমদ্রে।
অশিবা হায়বা থৌদোক্তুবু কিজবনা।
বারেপ্তি লৌখিবা তারে খুমদ্রবনিনা
খুৎ থাঙ্গৎনবা লোইশ্রবনিনা।
লৈহৌরি থম্মোয়দদি পেন্দবগী বাহং —
"খুদম্মু মসিরনে মরৈবাক নুংশিবগী?
অসুন্না বারেপ লৌবা চুম্বনে?"
চোংথোরক্রে, নুপা অমা মীয়াম'লক্তগী।
বাফম'মত্তা ফোঙদোকচগে হায়রকই —
"চুম্মী, ঐখোয় লিংজেল মান্নরি।
থকসি, খাসি নাইদবীদা,
নিশা শুনা মহাও তংবীদা,.
লায়না শুনা শন্দোক্লবীদা,
কাংলুপ মশেল হাৎনবীদা,
অনৌবা দল লিংনবীদা,
হাবী-জাবী বানোম্বীদা,
লুচীংবা মশীং য়াম্নবীদা,
কাংলুপ অনী লোংবীদা,
থৌদোক অনী থোকপীদা,
নত্তবা পাম্বৈ থিনবীদা,
মচাদা মকোক তাহন্নবীদা,
অমোৎপা পৈশিনবা বাংবীদা,
মীগী ফিজেৎ শেৎপীদা,
লাইফম অনৌবা থিবীদা,
থবক শুদনা হিংনবীদা,
মাইবী, পাঞ্জি য়েংনবীদা,
পৈশা মচা পোকহনবীদা,
লম্বীদা পৈশা মুনবীদা,

বন্দ, ব্রোকেদ য়ম্বীদা,
মরুপ কায়বী শান্নবীদা,
অনৌবা বেঙ্ক লিংবীদা,
প্রাইভেৎ স্কুল লিংবীদা,
লনাই ক্লিনিক হাংবীদা,
অউনপোৎ য়াম্বা তান্নবীদা,
অনৌবা কার তোংনবীদা,
দলান মথোল বাংনবীদা,
খবরদা শেংদোকপগী মশীংদা,
অশাবা খুৎপু শেম্বীদা,
অসি হায়রদি বাইদি শংলে।
ইখোঙদদি কাপ্পীররোই ঐবুদি,
য়মদা হনবসু য়ারনি।
অশেংবদুমদি হায়জররোই,
ইখোঙ অসি খাকখিগে?
ইচা চাউবা ঙাইখিগে?

তাং ১৮/৬/২০০২

## অৱাচীংদি য়ৌরমাল্লে ঐখোয়

খঙদে, কনানসু ঐখোয়গী মরক্তা,
হায়বসু ঙম্নদে অশেংবা পম্বুংদো!
চৎপদি লেপ্তে, মাঙলোমদা মীয়ামসে,
চংশিল্লক্কি লেপ্তনা ঐখোয় অসুম।
থিরি অরেপ্পা পম্বুং অমখক!
কনানা পায়রি মখুত্তা নোংমৈ,
কনানা শোল্লি ঈশ্বরগী মিংখৈ,
কনানা ইরি ফজবা কবিতা,
কনানা শক্লি নুংশিবা ঈশৈ,

কনানা শারি নীংথিবা জগোই,
কনানা য়েক্লি ফজবা মুর্ত্তি,
খল্লি, ঙন্না মখোয়গী মকোক্তা,
চুম্মী হায়না মাগী বাখলদুনা।
য়দে 'দুবু থাজৌ হায়বদি
অমনা চৎপা লম্বীদু অমনা;
পম্বুংফম য়ৌগদবা লম্বীনি হায়বা।
চৎপদি লেপ্তে মাঙলোমদা ঙসিসু,
চংশিল্লক্লি অসুম লেপ্তনা ঐখোয়।
হায়য়ু! য়াওবরা, অখঙবা কনাগুম্বা?
অশেংবা পম্বুংফম উবঙম্বা?
পূন্নমকপু ভাব তাহনবা ঙম্বা?
মাগী লম্বীদু চুম্মী নৎত্রগা লাল্লি।
পাউখুমসু ফংদে, চৎপসু লেপ্তে।
ঙসিদি য়ৌরে ঐখোয় অবা চীং;
লম্বী খঙদ, পম্বুং খঙদ অসুম লাকপনা।
পোৎথাফমদি লৈতে, মফমসিদদি,
করম্না পোৎথাদুনা লৈসিগে ঐখোয়বু?
অবাচীংগী চীংমায়সিদা অঙম্বা!
বাহং অমদি লাক্লে পূক্লিংদা —
কাসিরা, কুমসিরা চিংনবা হৌরক্লে।
উবা ঙম্মীদো তুংগী লম্বীদি,
হান্না লাম্থোরক্লবা লম্বী ওইবনা।
ঙমদে, উবা মাঙগী অসিদি!
লৈবনিনা চীংলোনসিগী বাংমদা।
লাউরক্লি অহৌবা খোঞ্জেল অমনদি
কাখৎলু কিদ্রদি চীংদোল য়ৌনবা!
কুমথরক্লো, কিরগনা চীংখোঙদা অমুক!
অবা চীংদদি লেপ্পুরনু কুইনা।
ওন্থরকপা শোয়ররোই খোঙফম চেক্লদি!

ওন্নবদি লানবা মাঙগী চীংজাওসে,
লৈরম্বসু য়ারি হি-য়াইগী লৌবুক'ম।
লোক্লুবসু য়ারি, মহয়-মরোং শংবাই থম্না।
চারোন-শুরোন চাবা কোম্ননবা।
'দুবু হায়বদি ওমদে, তম্বসু ওমদে;
হংফমসু লৈতে, তান্নফমসু খঙদে,
চীংলোন ম্বাংমদুগী ম্বাফম ওইবনা।
চৎলুবা কনাসু য়াওদ্রিবনা মফমদুদা।
ম্বাখলনা য়ৌরুবগী হায়বনি ঐসু,
মীয়াম্না পান্নবদুদা থিরুবগী ম্বানি,
ম্বাখলগী সমুদ্রদা কুমদুনা ঙাইহাক,
মীওইবগী য়াইফনবা খল্লুবগী ম্বানি
খঙদে, 'দুবু মপুনদি করম্না তম্লিগবা?

তাং ২৫/৩/২০০৬

## পৈশানা ঐবু ঙাওহল্লে

নোংঙাল্লে পৈশা,
নুমিৎ তারে পৈশা,
লাইরিক লৈবীয়ু পৈশা,
মিংচনবীয়ু পৈশা,
ফি পীবীয়ু পৈশা,
ফিজেৎ থোনবীয়ু পৈশা,
মৈগী খজনাগী পৈশা,
ঈংখোলগী খাজনাগী পৈশা,
ঈশিংগী খাজনাগী পৈশা,
টেলিফোন বীলগী পৈশা,
গাড়ী থাওগী পৈশা,
পোৎয়েং শেনগী পৈশা,

চেং থান্নবগী পৈশা,
য়েন্থাং লৈনবগী পৈশা,
মরুপ য়াওবগী পৈশা,
লাইখুরুম্বগী পৈশা,
অনাবগী হিদাক্কী পৈশা,
য়ু থকপগী পৈশা,
নহারোল শেনখায়গী পৈশা,
শম ককপগী পৈশা
থবক চংবগী পৈশা অচৌবা,
থবক ট্রান্সফরগী পৈশা অচৌবা,
থবক তথলে পৈশা অচৌবা,
মী ফাখ্রে পৈশা অচৌবা,
মী পোক্লে পৈশা অচৌবা
মী শিরে পৈশা অচৌবা,
লুহোংলে পৈশা অচৌবা,
পৈশাগী মথৌনি পৈশাগী থবক্নি।
পৈশাদি ওভরড্রাফ তারে।
পৈশা করম্না তানগদগে?
ঐবু কদাইদা চেনথ্রসিগে?
চেনবনসু কাম্নরোই তাঞ্জাসিদা।
অমুক্তংদি খল্লুবা কোক নওসু,
করম্না তানগদগে পৈশা?
লৈরে, লৈরে উপাই অমথক
খ্বাইদগী ফরবা উপাই অমথক।
লাইনা তম্বা উপাইনি,
মীকা তাহনবা য়াপোৎ নত্তে,
খ্বাইদগী লায়বা উপাইদি
চিফ মিনিস্টর হেক ওইবনি।

তাং ২/৪/২০০৪

# ঐ নুপী থিররোই

লুখ্রাবী মচা চন্দ্রকংনানদো
চাউবা শারেপ ফারক্লে,
চহী ২৫ হায়রক্লে,
নুপী নহাগী ৰাখল লাক্লে,
য়ুমদা লৈবা হৈনরক্লে,
তুম্বা-চাবা থৌওইরক্লে,
মঙদা উরে নুপীমক্তা,
শম্লাং ফবী লৈশাবী ঈরুজবা,
খল্লকই নুপী য়েংবা হৌরগে!
নোংমগী কোরৌ নুমিত্তা
মখা পাংনা হাইথখি।
তুরেলগী হিদেন অমদা
মশম ফবী লৈশাবী'ম
চেংহি শম্বাল লাংবা উরে।
অরাপ্পদৈ' উবা শকফম্নি,
শম্লাংদুদি মপুং ফায়,
মঙলান্দু চুমদৌরে খঞ্জকুই,
ৰাখল তৌরকই চন্দ্রকংনান
শকহেনবী ওইরম্মদি ফনিদা!
পুক্নিংগী ৰাবু হৌদোক্লগে!
মনাক নকশিল্লুর' মতমদদি
লোংগ্রী শেৎপা সজান য়াওবা,
পাখং ঈরুজবা ওইরম্মী।
নীংবা কায়না হল্লকখি।
তুম্বা য়াদে চন্দ্রকংনান।
মথংগী কোরৌ নুমিত্তি
অবাং পাংনা হাইগৎলকই,

তুরেল খোঙবান খিরে মহাক।
অনানবা মফম য়েংলকই,
'বোট' তা মীৎয়েং থম্লকই।
লৈশাবী ময়াম পুন্নম্লে,
জগোই শাবা হৌরম্লে।
উরে, লৈশাবী তরেৎথক
মান্নবা ফিজোল শেত্তুনা
মতমগী হেল্লোই মান্নদনা
অনানবা স্টেজ মথক্তদা,
জগোই পুন্না শারম্মী।
হৈখ্রে, মখোয়গী জগোইদো,
খুৎথেক, লাকথেক চপমান্নে,
মীৎফম হোংববু য়াখিদে।
চন্দ্রকংনান চংশিল্লকই
ফিজোল হোংফম অদোমদা।
জগোই লোইর' তুংদুদা।
মখোয় মরক্তগী অমনা
মীচি খৎল' কৌশিল্লকই।
খঙ্জরুই মসিমদি য়াদৌরে,
মাবুরা অমুক হংজরুই,
মানি, শোম্বুনি কৌজরিসে!
মনাক নক্তা নকশিল্লুরগদি
মাবু ফার' লাক্লবীরে।
ভাব তারকখি তুংদদি
জগোই হৈবী হোমো তরেৎ।
হৌদুনা চেল্লকই ময়ুম তানা।
মশা হিংনবা হায়দুনা।
ঙসি কোরৌ নোংজাসিদি
য়াইফবদি নুমিৎনি,
পুর্ণিমা নুমিৎসু ওইবনি।

শ্বর পুংফমসু মফরে,
সনা কৈথেল তন্নকই।
অবাংদুকান য়ৌরদুনা
দলান মথক্তা য়েংখৎলুই
অরাপ্পদৈ উরকই —
মশম ফবী অমমুক
মশম ফৌবা লাক্পরি
দলান মথক্কী নুংশাদা।
ওন্থোরক্লদি মমায় অসে
মুম্না মুক্তং য়েংহৌরগে!
হায়বগা তৌবগা মান্নরে,
য়েংথরক্লে মখারোমদা।
ওইরম্লে সিমসু পঞ্জাবী পাখং,
নীংবা কায়রে অমুকসু।
খল্লক্লে, চন্দ্রকংনান মবুক্তা
ঐগী ইরম লমদমসিদা
ঐগা চানবা ফংলরোই,
থিরুরগে মীরম লৈবাক্তা
থোরকই বীদাই তৌরম্লগা
নুংশিবী মমা ইবেম্মদা
মীরম লমদম পাংনবা।
লুপা-পৈশা পুদুনা
চৎখ্রে, চন্দ্রকংনান মতোমতা।
তোংলুই ব্রহ্মাপুত্র মেলদা
কাখৎলকই সিলিগুরী স্টেসন্দা
হিজরা অনীখক মমায় নানবী।
খুবাক অহল্লক খুরকই,
পাক — পাক — পাক!
খজাইদা খুৎচপ্পীনা শিক্লকই,
মচিম্বাল গুংবী অদুনা।

চান্নবা হৌজিল্লকই মঙোন্দা,
চন্দ্রকাংনাম্না বাখল তৌরকই —
মসিদুম ওইনা ঙাংনরসিরা?
ভাব তারকই মিকুপ্তা
পৈশা পীগ্রবা তুংদুদা
সিমসু হোমো ওইরল্লবা।
ঐ তোক্লগে য়ুমদা হল্লগে
ঐগী ৬ল্লক্রবা লাইবককসিদা,
মপোকসিদা ঐহাক
নুপী কৌবদা থিজররোই।

তাং ৪/৪/২০০৪

## হিজম অঙাংহল

হিজম শাগেগী অথোইবা
সনাগী খোর্জে পায়খিবা
শমুরৌ লমদমদা পোকখিবা
কবি হিজম অঙাংহলনি।
তোরৈ খাংমা লানখিবরম্বনা
চীংলোন অমনা খনখিরম্বনা
কবিগী ঢেংলৌদি উজহৌদ্রে
মমিংত ঙায়হৌরে তারিবা!
সনাগী কালিনা ইরম্বা
কবিগী খারেং-শৈরেংশিং
লোইনা লৈশাং তম্লক্রে,
মৈতৈ সাহিত্য লৈকোলসিদা।
মমিনা মউবু ওইরগা
মগুন্না মপালবু ওইরক্রে,
থোরক্রে তাবুনুংদগী

লৈপরেংগুম্না শম্নদুনা
খারৌনা মকু হুরুবগুম
মশক-মচু থোরক্লে,
তাইবং সাহিত্য লৈকোলসিদা।
অদুগৈ !
কবিনা জহেরা ইরিঙে
কবিনা কুঞ্জো শারিঙে
জহেরা মাবু উরুবদা
কল্লবা কবিগী মিৎয়েংদুদা
জহেরাগী শম্বুল নীংখায়বদা
চিংগোংলৈনা চোইজাইনা তাখিবদা
কল্লকচখিবা ঐগী থম্মোয়নি।
ঐগী মীৎয়েংনা শোনখিবনা
জহেরা অমত্তসু ফংদরে,
শম্বুল 'মতসু নীংখায়দরে,
চিংগোংলৈসু চোইজাইনা তাখিদরে।
কুঞ্জোনা কদাইদা লোৎখ্রবা,
জহেরানা কদোমদা পাংখ্রবা,
চিগোংলৈনা কনাইদা শাৎখ্রবা?
কবিনা তাক্রম্বা লৈকায়দুদা
কবিনা ইরম্বা পুণ্ডফমদুদা
করি ফিজেৎ শেৎলগা
করম্বা খোঙথাংদা থাংলগা
জহেরাবু ফংনবা থিগদরা?
অদুগৈ !
খম্বা-থোইবী শৈরাংগৈদা
কাওফাগৈদা পীখ্রবা মজা'বেম্মবু
কৈফাবদা বিচার 'মুক মতৌবা
করম্বা চাউবগী বীচারনো?
শিংবদা মপা লৈতবা

চাউবা-নোংথোন্নি হায়নবদাই।
কদায় খম্বগী মীচংদি?
পুন্নমক নোংবানগী ওইশ্রবা?
হংজখিবা ঐগী ৱাহংনি।
মুক্লাদা, লমজেলদা, উকায়দা,
কাওফাবা, কৈফাবা, লোইনমক্তা
নীংগ্রি শেত্তুনা ইজখিবা
মৈতৈ অশৈবনি আঙাংহল।
নোংমগী থৌগাই লোইদুনা
নুমিৎ মাদি চঙগ্রবোই,
মতমগী নুংশিৎ অকনবনা
অশৈবা মাবুসু পুথ্রবোই,
খোর্জেংগী মুকসু কংথ্রবোই,
নুমিৎ মানা তাথ্রগা
মঙালগী মমিদি লৈহৌরি,
অশৈবা মানা থুপথ্রগা
খোর্জেংগী মযেক্তী হিংহৌরি।

তাং ২০/৩/২০০৪

## অরংবা খুদিংমক সনা নত্তে

ৱাংলেদা, চাউরেদা মাঙদগী চীংদুমসে!
নাপী-শীংবী, উ-ৱা,
উদে অমত্তা মাগী মথক্তা।
মীবু মাম্লেনে ম্ভাম্না য়োম্নবা।
ওইরম্লে'দুবু মাদি মৈগী চীং।

পাক্রেদা, লংলেদা মাঙদগী ঈপাকসে!
নীক-নীকপু লাউরে, ঈশিংনা ঈমায়সে;

উদে, মনুংদদি জিব অমত্তা লৈবা,
বাখলদদি মাল্লে, অশেংবা তৃথষ্টান,
ওইরম্লে, 'দুবু মাদি হুচেল্লবা ঈপাক।

চাউরেদা, বাংলেদা মাঙদগী য়ুমসে!
ময়েকসু হাপ্লে, তাইলসু নপ্লে,
তাজমহলবু মাল্লেনে লাপ্না উবদদি,
ইনাক খুনমাল্লে মপুসে য়ুমসিগী,
ওইরম্লে, 'দুবু মাদি দ্রগ লল্লোনবা।

নাল্লেদা, কেরেদা ফিজেৎসে নুপাসিগী,
কারসু তোংলে, ফ্রেগসু থেৎলে।
সস্ক্রিসু ইল্লে মতুংদা মাগী,
অচৌবা অমদি শোয়দ্রে লৈবাকী;
ওইরম্লে, 'দুবু মাদি করপসন মপী।

লেমলেদা, পকচরে, অনোকসু উপ্লে।
শুটসু শেৎলে, তাইসু পুল্লে, মকোকসু তাংলে,
চৌক্রিদসু ফম্লে গোদরেজগী মমল য়াম্বা,
শোয়দ্রে ওইরম্বা প্রোফেসর অমদি,
ওইরম্লে, 'দুবু মাদি ফেক্তা খনবা।

নোয়রেদা, চাউরেদা, ফিভমসু ফরে,
মবুকসু কংলে, পাম্বোমসু নোয়রে,
চীংবু ফুকপা ঙমদৌবু মাল্লেনে!
মশকসে হেক য়েংবদদি মাগী,
ওইরম্লে 'দুবু মাদি বীপি বাংবা।

শাংলেদা, মুরেদা শম্লাংসে মাগী,
শরুগা হেনবনে মজাইবেম্মবু মাল্লেনে,
শম্লুসু থুংই চিম্বাল ময়াদা,
মীৎফম হোংনীংদরে অউবশিংগী,
ওইরম্লে, 'দুবু মাদি শুমাঙ লীলাগী নুপী।

থোংলেদা, মেংলেদা খোনফমসে মাগী,
খাদিসু শেথলে, বেসকোৎসু লীথলে,
খুত্তসু পয়রে সহিত্যগী বেগ অমা,
ফুরিংখাওসু চুরে মুক্তা মুনা,
ওইরল্লে, 'দুবু মাদি লাইব্রেরি মৈথাবা।

তাং ২৯/৪/২০০৪

## নহাক্কী অপাম্বা করিনো

সভা অমগী মীফম্নি,
মহাপুরুষ অমগী ৱাংহনি।
হংলকই, মান্নবা ৱাহং অমখক
সভাগী মীয়ামশিংদুদা
হঞ্জিল-হঞ্জিল অমমমত ওইনা।
নহাক্কী অপাম্বা করিনো?
মীৎতাংবদুনা খুম্লকই, —
"সংসারসি অমুক্তং উজনীংই"।
মীৎয়াৎ তারবা বন্দিদুনা খুম্লকই —
"বন্দিসি থুনা লোইহন্নীংই"।
যাত্রিক অদুনা খুম্লকই —
"পম্বুংফমদু থুনা য়ৌনীংই"।
য়ু ঙাওবদুনা খুম্লকই —
"লিক্রিসিগা পুজিগী ঙাওমিন্নজগে?"
নুংশি ৱাখলনা ঙাওরবদুনা খুম্লকই, —
"মাগা অমুক্তং উনজনীংই"।
লিলাগী নুপী শাবীদুনা খুম্লকই, —
"ঐবু ভাবক্লা নুপী মাল্লি হায়রকপদুনি"।
ফিশুবা ধোবীদুনা খুম্লকই, —
"উজালা থাক্তুনা ঐগী ফি ঙৌহনবদুনি"।

ঈশিংপদুনা খুম্নকই, —
"ঐগী কোমসিদা ঙা য়াম্না লৈরব্দুনি"।
পালাগী ঈশে শকপদুনা খুম্নকই, —
"ঈশৈদা শেন য়াম্না থাবদুনি"।
লাং থাকপদুনা খুম্নকই, —
"লাংদা উচেক য়াম্না থুবদুনি।"
লায়েংলিবা ডোক্তরদুনা খুম্নকই, —
"ক্লিনিক্তা অনাবা য়াম্না লাকপদুনি"।
উকিলদুনা খুম্নকই, —
"নোংমাইজিং উকিল হায়বীদবদুনি"।
মাইবীদুনা খুম্নকই, —
ঐগী লাইফাওদা মীনা পান্নবদুনি"।
ভোৎ কাহৌবদুনা খুম্নকই, —
"সরকার থুনা কায়বদুনি"।
ওপোজিসনগী এম এল এ দুনা খুম্নকই, —
"ঐখোয়না সরকার শেম্বদুনি"।
থাশক লৌরগদবা মন্ত্রিদুনা খুম্নকই, —
"পৈশা থোক্কদবা বিভাপ পায়বদুনি"।
স্কুল চলাইবদুনা খুম্নকই, —
"ঐগী স্কুলদা ছাত্র য়াম্না তম্বদুনি"।
মতমগী ছাত্রদুনা খুম্নকই, —
"নোট তৌরিঙৈদা ফারদবদুনি"।
মরাল লংজরুরবা ওজাদুনা খুম্নকই, —
"খোঙদা নোংমৈনা কাপ্পীদবদুনি।"
ফেক্তা খনবা ওজাদুনা খুম্নকই, —
"ঐবু ফাবদা য়াওবীরক্তবদুনি"।
ড্রগ এদিক্তুনা খুম্নকই, —
"টেস্ট তৌবদা আইচ আইভি পক্রমদবদুনি"।
হিরানবদুনা খুম্নকই, —
"ঈয়াইদা নোংলৈ থেংনদবদুনি।"

লাইরেকপনুনা খুমকই, —
“খুরিসিনা মীৎনা খুমনা লেকপদুনি”।
লহিত্তানমনুনা খুমকই, —
“ঐনী লৈরেং মীনা পারীবদুনি”।
পূন্নমকী লূচিংবদুনা খুমকই, —
“ঐদি যুগ অহম লূচিংবা ওইবদুনি”।
ঐনা অরোইবদা খুম্মী, —
“পূন্নমকসিবু শুপ্না উবা ঙম্বা যত্র অমা পায়বদুনি।

তাং ১২/২/২০০২

## ইমানা মোংফমদা কপহৌরনি

নুংশিদা! হে ইমা মণিপুর।
ফজেদা, ইমা নঙগী নশকসে!
চীংশাং-নাপোম্না ইকোয়-কোয়,
লৌবুক-লমহাংনা ঈশং-শং,
পাৎ-তুরেল্লনা ইথন-থন,
অমত্ত হেক বাত্তে ইমাগী।
খল্লুদে নোংমতসু ঐনা,
অসুক কুইবা মতমসে ইমা।
কায়ননি হায়না নঙগা অমুক্তং।
খল্লক্রে, অদুবু ঙসিদি
মীৎকুপ খুদিং থম্মোয়সিদা
কায়নরগদ্রা হায়না ইমা নঙগা।
হোংলক্লিবা ফিভমসে উরুবদা
শীৎলক্লিবা নুংশিৎসে থেংনবদা।
অয়ুক, নুংথিল, নুমিদাং
খেন্নবা কৌবা লৈথিদ্রে,
চাক্লিবা সংস্কারগী মৈরিসে,

মোংফম খুদিং লমদমসিগী,
মুৎহনবা ঙমদরে কনানসু।
খঙদে, শোরারেন কৌবা লাইদুগা
ৱা তান্নবা হৈবা কনাদবু'
হায়জ-চৎচ, ৱানোমহল্লগা
মীশি-মীনা থিংহনগদ্রা?
কোম্হৌজম নিংঙোল অমমুক
শোরারেন্দা থাজবা তারিব্রা?
মচা নুপা তরা পোক্কুনসু ইমাগী
শিরবদি লেপ্তুনা নুংতিগী
সংস্কারদি তৌবা তাবনি,
মৈরিসু মুত্তবা তাবনি,
তরানিশুবা নুমিত্তগীদি
মৈরিসু মুৎপা তারক্কনি।
মৈরিসে মুৎপা লোইশ্লবদি
ইমাগী মচা লোইরবনি খঙউ!
মদুত থোক্লবা শীল্লিবা মখোয়নদি
নোক্লিবনি নুংদা মখোল থোক্তনা।
নুংঙাইনিদা খল্লিবনি মুৎলদি অমুক্তং
শাগৈগী মৈতাল অরাবশিংসে!
অৱাংবা অতিয়াদা মীৎয়েংগী ৱাংমদা
চাগদবগী পাইরম্বা মীয়ান কাকশিং
নেমথরক্লনি লোইনা মখারোমদা
উরক্লনি মনাক নকশিল্লক্লদি
থেন্দুনা থল্লিবা চাক্লুক্তো ইমানা
মচা হল্লক্লগা চাননবা হায়দুনা।
থাজদ্রে অদুবু ঐদি থাজদ্রে
শিগ্লবা মীনা অমুক হল্লকপদি।
শিরবদি লেপ্তুনা অসুম্না নুংতিগী
তুম্বা শোয়দ্রে লৈবাকসি নোংমদি

শোয়দনা ওইশ্রগনি মীগী মীরম
ঐখোয় মশেল মুন্নরিঙে,
অমগা-অমগা হাৎনরিঙে,
চাক্লুকসু মুনশ্রনি মখোয়না লোইনা
কুইররোই মতমদো লাক্কদবা
নুপীগী য়ুম্বাল তাগদবা লমদমসিদা।
নুংশিবী ঐগী ইরমদমসে,
লুপ্তাবী মচা ওইরুবনা মমানা
মীয়াম্দা ময়ুম পানশ্রনি লোইনা।
নিংঙোল মবানা লাক্লগা য়ুমশিংদা
মপু ওইহৌরনি মখোয়গী গুন্না,
পট্টাসু মানা পায়শিনশ্রনি,
লৈবাক্কী মপুসু মখোয়না ওইশ্রনি
ইমানা মোংফমদা কপহৌরনি।

তাং ২৫/১২/২০০৬

# ঐগী মিং ককথৎপীরো

হায়সিরা মসিবু বিধিগী নোংদমখোন্নি?
শাউরোইদ্রা মপু মানা তারগা,
মঙোন্দা তাইনরগা মানসু নত্তনা!
ঐদি ইরাল লৈজদবীনি তাইবংদা!
খঙজদে, ঐদি করিসু অচুম-অরান
তাইবংগী মপোক তরেৎশুই হায়বসু!
করি তৌখিবা ঐনা ফত্তবা,
নহান অমুক্কী মপোক্তা ঐগী।
ফংগদবা লৈরবদি অসিগুম্বা চৈনা
করিগী মিং চনবীরম্নি তাইবংপানসিদা?
ইথৌ অমগী অরুবা লৈবগী

থোকচরকপনি য়ুমদৈ' ওন্তা অয়ুক্তুদা,
ইমা-ইপা, নুংশিবা, ইবুংগী-মচাশিং,
অমত্তা উনহৌদে, নুমিত্তো ঐগা
হোরেন হল্লক্লগা উনগে খনবদই'।
বোমদুনা পোকখায়বদা গাড়ীদু লোংখি।
য়াওরমদ্রে, ঐগী মায়থোঙ তংখায়'মা
মীৎসু উখিদ্রে নাম্মা, মীৎকুপ্তুদৈ'
হোসপিটালদা লৈরম্লে জ্ঞান তারকপদা।
অরাম্বা খরদি ফাওখি চাকখাওসিদা,
চৈনাখোল মরক্তুদা বোম্না চাকখিবগী।
লাংখি, প্রজাগী পুক্লিং লোইনমক
থৌদোক্তুগী বারী তারুবদা অবাবগী।
চিকখ্রে, ওন্নমক থৌদোক্তুগী বারী,
অনৌবা থৌদোক্লা লুংনিলা মাঙখিবৈ'
শিনখ্রে, লোইনা মীয়ামগী পুক্লিং,
ঐতা ঙাইহৌরে, ফমুং মথকসিদা,
পীক্লবা কাগী পঙ্খৌনা শেম্বীবা।
মিংশেল মমাঙদা কপ্পিবা তোয়না।
তেংথা-নাওইরিবা হৌপ্রবা মতমগী।
মানসু কাউথোকপীখ্রে শকথীবীনি হায়দুনা,
জৌকনগী পুক্নিনসু মীরাইবীরে ঐবু,
থম্মোয়দদি লৈরি ঙসিসু মমিদু;
নীংশিংলি শরুখিবা বাশক কয়াদো;
লাইফম খুদিং চংদুনা মাগা ঐগা।
করম্না কাউসিগে মসিবু ঐনা।
শাংলবা পুক্নি'মা লেনগদবা বাথলিবা!
উৎপা ওন্নবদি ফগদবা মিংশেলসিনসু
মীনম্বা, ওন্নবা, ফজবা, শকফম অমা,
ফোটোসিদদি লৈহৌরি লেংদনা অদুম
ঐগী হান্নগী শকফমদো মানা পামজবা।

কায়খ্রে, লোইখ্রে, ঐগী বারীদি
নুমিৎতুগী নুমিৎনা চীংয়াদা তাখিবদা।
করম্বা আশাদা অনৌবা অয়ুক'মগী
হিংখিদৌরি ঐনা  কয়াম কুইনা?
পলেম-পম্বৌ, ইবুং-ইপ্পা, মরী-মতা,
তোয়না ওত্থুনা শকথীবী ঐনা।
তম্বসু ঙমদবা, মথংগী মপোক
হন্দক্কীসিনা কয়ারক শুরবা মপোক?
মথংদনা অমুক কয়াম বারুদৌবা?
অখঙবা কনাদা হংফমসু লৈতবা;
ঐনা ঙসি শিরগা তাইবংদৈ'
পোক্রুবদি অমুক হন্না তাইবংগী মপোক্তা
করম্বা কনাগী বোমগী লাং অমদা
অমুক থুগদবা লৈরবা হঞ্জিল-হঞ্জিল
অদুম্বা' মপোক্তা হন্নক্তৌ শরুক
মীওই পোক্তগী মিং ককথৎপীরো!
তাইবংগী মপোক অমুক পামজদ্রে,
ঐবু মুক্তি ফম থিন্দোকপীরো!

তাং ৩/৪/২০০৪

## লমগী চেক্লা অমদা

পাইখ্রো চেক্লা পাইখ্রো!
কায়দোংফম অমদা হোংখরো!
খল্লুরনু নঙগী নহমপোন্দো
নীংথিনা শেন্নবা কায়দোংফম;
নচাক, নরন-নথুম পাম্মুবা,
নীংশিংলুরনু অমুক হন্না।
ঙরাং অহীং অথেংবদা,

লাং শেম্বা লোইখরে,
উচেক নঙবু ফাননবা।
কদায়দা থাক্লগা লাংসিবু
উচেক নঙবু ফাসিগে
বাতান্নবা লোইখরে মখোয়না।
শোয়দনা ফাগ্রনি নঙবুদি
মখোয়গী লাংগী লৌশিংদা,
নঙতবু ফাগে ঙাইরক্লিবা!
নঙনা লাংদুদা থুরগা
নখোঙ অনী পুল্লগা
পুনীংবা মফমদা পুরগা
নচিঙ্জাক নত্তবা চেক্লাগী
চিঙ্জাক খরা থাবীরগা
চারো হায়না পীজবদো
নঙগী মীৎস্না অনীদুনা
থারিবা চিঙ্জাক্তা অমুক য়েং,
শেম্বীবা মপুবু অমুক কৌ,
নতু-নমান্দি ইপোন-পোন,
নরুপ-নপিজাগী অমুক খন,
পীক্লিবা কায়দোংবা হৈজদ্রিবা
নচা চেক্লা অপিখক
মানা করম লেপ্লমগদবা?
পিরাং পিরোইনবদো নঙনা
য়েংবা ঙমলোইনে চেক্লা নঙবু!
পাইখ্রোনে, নঙবু পাইখ্রোনে!
কায়দোংফম অমদা হোংখ্রোনে!
নশক ইশক মান্নদবা,
নজাৎ-ইজাৎ তিন্নদবা,
লমদমসিদা চেক্লা নঙবুনে!
নুংশিনা খোংবা খোঙ্লেলদো নঙগী

লৈরক্তরে তাবীনবা কনাসু।
থম্মোয়গী মরোলসু খঙলক্তরে,
জিবগী মীনুংশি লৈরক্তরে,
থায়নগী লমদম ওইখিদরে,
কাউখ্রো! চেক্লা কাউখ্রো!
বাহৈ-খোনফম অমেংবা,
হায়রি মখৈ তাবীরম্বা
ঙাংলি মখৈ নুংশিরম্বা,
লোইনমক ওইখ্রে থায়নগী,
মল্লবা শীজিন্নদ্রবা কাঙখ-থাং!
পোক্লবসু নঙনা নহমপোন্দা
নীংথিনা শেল্লবা উশা থকী
বাং-চাউরবা উপালদুগী।
য়াইরেক্লল্লবসু অহীং কয়া
ননীং তম্না নিংথৌ মচাগুম,
উচেক লক্তগী অথোইবা ওইনা;
চানীংবতা চা, থক্লীংবতা থক,
নাপন তৌনা হিংজরম্বদো
উশা খুদিং শুনা তোংদুনা
লমদমসিগী চেক্লানি খনজ,
লমদমসিগী চেংনা চাউবনি পোঙজ,
খোংজরম্বদো নখৌ পোঙনা
থকচরম্বদো ঈশিং খুজোক
লোক-কয়া শুনা চত্তুনা
ঙসিদি লোইখ্রে, নুমিৎ তাখ্রে,
মতমদু অমুক লাক্লরোই,
অরংবা নুমিৎসু থোরক্লরোই
পাইখ্রো চেক্লা পাইখ্রো!
ঙসি অসি নঙগী অরোইবনি।

লোক্তাক ঈপাকসু ফুনখিদৌরে
লোইবী চীংদসু লৈম্মেনা চাকখ্রে,
মৈখুনসু কুপখ্রে, অতিয়া পুম্বা
শ্বর হোনবা ৱারবা লমদমসিদা
উপাল তুম্না য়ানথখুনা,
উশা অমত্তা লৈরক্রুবা
মনা-মউ মুৎখ্রবা লমদমসিদা,
নঙনা কদায়দা তোংগদৌরি?
নরুপ নপীজা ঙম্নমক নঙগী
কায়দোংফম হোংদুনা পাইখ্রবদা;
চেক্লা নঙদি করিগীনো
নিঙাইদনা 'সুম লৈরিসিবো'
নরোল-নরাল তাকপা পাম্লিবরা?
মিংচৎ থনমগে খল্লিবরা?
পাইখ্রো চেক্লা পাইখ্রো!
য়াম্না লাপ্পা মফমদুদা
নীংশিংবগী মমি তাররোইদবা।

তাং ২৯/১০/২০০৩

## চুহি চফু

চুহি চফুদো, য়াওরি থন্না চুহি,
মখুমসু কুপ্পী কেগাম অমনা।
তান্নরি মনাক্তা জিব কয়ানা,
চুহিবু পামজবা, চুহিদা ঙাওজবা —
ককচেং, খোই, হয়িং শুরে।
ঙাওজরি মখোয় লোইনমক
নুংশিবা মনমদুদা চুহিগী
শিরি, মথক্তা ককচেং কয়া,

হয়িংগী কাংবুসু য়াওরি
খোইদি য়ামদে, শিবগী মশীং।
মখোয়না শিরিদু কেগাম মনুংদনি,
চফুগী মনুং চংদনবা খুম্নিবা।
চুহিবু পামজবা ককচেং, হয়িংনা
মখোঙ পুংথ শিবগুম চুহিদা
য়ুবু পামজবা কাংবুনা শিরি য়ুদা।
হেরোইন পামজবনা হেরোইন্দা শিরি।
শিরি নুংতিগী লেপ্তনা অসুম্না।
পামজবা হায়বসিসু পাম্বজাথনি,
নুংশিবনা ঙাওরবা শাবী-শানৌনা
নুংশি মশুং লাংগীদমক
থম্মোয়দা থাংনা থিনবগুম
দ্রগতা লাইচুরবা নহা কয়ানা
থিল্লি, হঞ্জিল-হঞ্জিল মথুদাংদা
মচিন তুম্লবা য়েত্তুমদুনা।
মাগী নুংশিবী মশুংলাংগী
হেরোইন কৌবী শকহেনবীদুগী।
চুহি চফু থেংনরুবা ককচেংনা
তম্লুই, তাক্লুই মাগী মরুপশিংদা
চুহি লৈহৌরে চারুসিলাও!
পুকপু থম্না থক্লুসিলাও!
পরেং, পরেং চংশিন্নখি;
চুহিদা লোইনা শিনখি।
মথন্তা শিজবা কিজবা মানা
মরুপ-মপাং হৌবীরম্মী,
নুপী-অঙাং য়াওহল্লম্মী;
এইদসনা নারে খঙলবা মানা
এইদসকী মহিকপু য়েনবীরম্মী।
মাগা নরুবা খুদিংদা থুংনবা।

তোর্বান্দা চুহি হৈদোক্নগা থম্বদা
ককচেং-হয়িংনা শিবগুম হরাউনা
হেরোইনগী তোর্বান্দা তুররে লোইনা,
ইমুং-মুৎপা য়াওনরে ঙসিদি
মসি ফাওবদা হন্দরি মখোয়
চুহি চফুদা ঙাওবা তোক্তরি
হয়িংগী পুকচেল কোক্তরি মখোয়।

তাং ২০/১০/২০০৩

## তোর্বান্না কিরবা ঈচেল

য়াম্বরি, মহুমদো খোঙনুংদা নেম্লপ,
অপীকপা উশাদুগী মতোল অমদা,
তোর্বান্দা হৌবা হৈরিৎ পাম্বীদুগী,
মরানা চেৎনা নপ্লিবা লৈরাইদুদা।
অপীকপা উচেক উরিৎ অনীদো
য়ুম্বাল ফজে; নেংমত খৎনদে।
মরুম কোকচরে মহুম্নুংদা।
খুৎ-হৈনা শেম্লবা, মতম চংনা।
তোঙান চাবা কুমসিদা মখোয়'নিগী।
কোঞ্জে, মরুমদু শিন্ন-শিন্নদুনা,
পাজে, নুমিৎ-শীঙবুম লেপ্তনা নুংতিগী,
খঙলকই, মচা ওনগদবসি হয়েংনি।
লাক্রে, অকনবা বিধিগী নোংদমখোল;
উরিৎ লাবদো ঙসিগী অয়ুক্তা
মহুমদৈ' পাইথোকচরকপনি তপ্না-ইংনা,
ফাবীখ্রে মাবু খুনু খরং লাবদুনা,
শাহিং চাবা বারক্তবদুনা;
লোইশিনখ্রে; থবায়দো মীৎনা কুপ্নদা

মৈশা লাংহৌরবী উরিৎ অমোমদো
কপ্না খাঙজে, কোইপাই পাইদুনা,
গতি লৈতে, হঞ্জিল্লকই মহমদা।
চংখ্রে মহম্মুংদা কপ্ন-কপ্না,
কোনখ্রে মরুমদো মচা ওন্দৌরবা!
থীনা তম্লকখ্রবোই উরিংকী লাইবকসে,
লাক্লে, হেন্না তমথিরবা নোংহৌ অমসু;
মচা ওল্লগদবা পুংফমগী অয়ুকসিদা।
অমম্বনা কুপশিনখ্রে মাঙদগী চীংজাওসে।
লোইনরক্লে, অকনবা ঈচেল তুরেলসিদা।
পাম্বীদো নীক্লক্লে, ঈচেলগী শাফুদা,
পাইথোরক্লে, উরিৎ মপীদো মহমদৈ'
কিজবনা থবায় মাঙলগম্রা মহম্মুংদুদা।
পুথখ্রে, মীৎকুপ্তা ঈচেলদুনা উপালদো।
মহম য়াওরিবা মতোন্দা উরিংকী।
পাম্বীনা তাউদুনা চৎখিবা ঈচেলদা,
মতম শুরবা মরুমদো মচা ওনবগী
পিখম্নখ্রেদো, মচা ওন্দনা খাঙক্তুথক্তা।
পুবীখ্রে, লোইনমক তমথিরবা ঈচেলদুনা।
পাম্বীনা তাউখিবা মায়কৈদা অসুম
তাউদুনা চৎখ্রে, মহমসু, মরুমসু;
উখিদ্রে তামখিবনা মীৎয়েংদগী দৃশ্যদো!
উইশিনবনি চেৎনা অমুক্তং মীৎসি,
য়েংবদা বারবা থৌদৌদো উদনবা।
মথংগী মীৎকুপ'মগী তুংদা
উরিৎ লুখ্রাবীদো মরাইবক থীহৌরবী;
ঈশৈদুম শক্লক্লে, নুংশিরবা শৈহেক্তা
পি-পি খোংলক্লে হন্না-হন্না তোয়না।
ঙমজবী থাক্তা হৌনা মাগী খোঞ্জেলগী
তোংলদুনা মতোন্দা শীংনাং অমগী

নীংখায়গ্রবা লৈরাইদুগী মপান্দা হৌবা।
তাবীদৌরি কনানা মাগী ঈশৈসিবু?
শক্তিবসে থম্মোয় কায়না নুংশিনা
ওইরিগদ্রা তাননবা মরোল খাণ্ডদবশিংনা।
লৈত্রবনি, মাগীদি মরী-মতা অমত্তসু
মরোল খণ্ডবা তেংথা ঈশৈদুগী।
'দুবু শকপদি লেপ্ত্রি মাগী মচিন্দগী
চৈবসু মাল্লি, থম্মোয় শোক্লা মাগীদো,
বাহৈশিং শীজিন্নদুনা তাবদা বারবা;
মরোল খণ্ডবা মানা তাননবা।
উবীফম থোক্তবরা মাগী মমীত্তুনা?
মপু হায়দু ওইবনিনা মাদি,
থম্মোয় কায়রবী মাগী অবাবসিবু?
পিরাংদি উদে, উরিংকী মীৎলুদা
য়েংবা হৈতবনা ঐদি উরিংকী মীৎয়েংদা।
থম্মোয়গী মরীদুতনি উরিবসে ঐনা।
জীব মশেল ওইরুবে' তাইবংসিদা!
মমিদুতনি তাহৌরিবা থম্মোয়গী কাচিন্দা,
মসিবু শিল্লারনে মপুগী অচুম্বা?
তোর্বান্না কিরবা ঈচেলসিগী!

তাং ২৫/৬/২০০৫

## অরোইবা শিন

পোক্লকপনি মহাক কলাকার ওইনা,
মমা পুক্নুংগী খুদোলনি মাগীদো।
ভাংলকপা বাণ্ডাং, তৌথোরকপা মওং
ইপক্তা পাকচে, ইমানত মাল্লি;
নুপা ওইজরসু নুপীগী শাবান।

চেনবগুম তৌই মঙোল্দা, নুপীগী গুণতমক।
চিংশিনবীশ্রে মাবুদি পুক্লিংগী মরীনা,
খুৎপু অমদা গুমাঙ লীলাগী।
য়াওবা হৌরে নুপী শাবী ওইনা।
লুপখিবনা পুক্লিংদা চপ য়ুংনা,
মশক নাইরক্রে, মমিং চৎলক্রে,
নুপী শাবীগী লীলা কয়াদা।
ঙাংনশ্রে মাগী বারী ঙাক্তা
মফম খুদিংমক্তা গুমাঙ লীলাগী।
মনা ফংলে, মহয় চারে অসুন্না;
নুপী শাবীগী লীলা কয়াদা।
কলাগী থাক্লা বাংবনরা?
মীয়ামগী থাগৎপা হেনবনরা?
এক্টিং হেনমনবগী মহয়নরা?
লায়না লাক্রে কলাকারগী মশাদা।
থৌশারুদে নোংমতসু মশাগী অনাবগী,
লীলাগী বাখলদা লুপখিবনা মাদি;
মতাং অমদা মমা শাবগী
মচা কয়ানবগী শিন অমদা
কলাকারগী থম্মোয় য়ৌনা শোকখ্রমান্নে,
লৈমায়দা হাইথরক্রে কলাকার লোংনা,
লাওনরকই মায়কৈ হপ্না-মাল্লি, মাল্লি,
খুবাক মখোলতনা নিনশ্রে মফমদু;
মীৎলু পিরাংনা চোৎনবসু য়াওখি,
লীলা লোইরে, ভাবক তাকশ্রে,
হৌগৎলকখিদ্রে কলাকারদি লৈমায়দগী
ওইশ্রে মদুনা অরোইবা শিন মাগী।

তাং ২৩/১১/২০০৬

# অয়ুক্কা নুংথিল ওইরক্লবদা

হে ঈশ্বর। শেম্বীরিবা ইবুংঙো।
পীবীরে, নহাক্কা পোকপদগী ননাইদা;
মীৎ অনীথক মালেমসিবু উননবা,
নাকোং অনীখকসু মখোল খঙনবা,
নাতোন অনী'মসু মনম খঙনবা,
চিম্বাল অমবুনা চারগা থবায় হিংনবা,
অমহিক্তি ফোঙদোকপা ঙম্নবা অনীং'পুম্বা।
য়েংলুরে, উরুরে-পুন্সিসিদা মখল মথেল,
তারুরে, নাসিনসু তাবা য়াব-য়াদবা কয়াবু,
নম্লুরে মনমসু মখল খুদিং নাতোনসিনা;
চারুরে, চিনসিনা চাবা য়াব-য়াদবা থিদনা,
ঙাংলুরে, বাসু ঙাংবা য়াব-য়াদবা খন্দনা।
নুমিৎ য়ুংখ্রে অসুম্না পুন্সি 'মগী মতম।
ভাব তারক্রে ঙসিখক্তা পুক্লিংসিনা।
উখিবা, য়েংখিবা কয়াদো মাঙগী পুন্সিদা,
তাখিবা খোঞ্জেল কয়াদো মশীং খঙদনা,
নমখিবা মনম কয়াদো নাতোনসিনা,
চাখিবা, থকখিবা কয়াদো চিনসিনা,
অমহিক্তি ঙাংখিবা বাঙাং কয়াদো হৌখিবা মতমদা,
অচুম্বা তৌগদবা মক্তরা পুন্সি অমদা?
লাক্রে, বাহং অসি ঙসিখক্তা কোকসিদা।
পাউখুম পীরক্রে ধর্ম্ম য়েংদুনা বাখলনা —
নত্তে, লানখ্রে, পুন্সিদা মশীং খঙদনা।
য়েংখ্রে, উখ্রে, মীৎসিনা উরোইদবা কয়া,
তাখ্রে, নাসিনসু তারোইদবা বাহে কয়া,
নমখ্রে, নাতোনসিনসু নম্লোইদবা মনম কয়া,
চাখ্রে, চিনসিনসু চরোইদবা মচল কয়া'মা।

অমহিক্তি ভাংপ্রে, ভাংলোইদবা বা কয়া'মসু।
অদুদি কমদৌনি, করিনা কোকনি প্রাইচিৎসে?
শোয়প্রিবা, লানপ্রিবা কয়াদো কয়াৎশিংসিনা?
হন্দোকপা য়াগব্রা তুংদা লৈহৌরবা অশোয়বশিংদো,
দোরিদা য়েৎশিনপ্রবা লংজা অমগুম্না?
পাউখুম পীরকই বাখলনা অসুম্না, —
"য়াররোই, মরূপ য়াররোই অমুক!
নঙগী পুন্সিগীদি খোঙচৎ লোইগদৌরে,
পুন্নমক্কী মমিদনি বারিবদো নঙনা;
শেমদোকপা য়াররোইদবা হৌখ্রবা থৌদোক্কী।
ঈচেলদা তাউবা কাউশিংনা চৎখিবগুম,
সমুদ্রগী ঈপাক তমখিবগুম থুনা-য়াংনা,
য়ৌগ্রবনি মখোয়দি সমুদ্রগী ঈয়ায়দা;
খুৎনা-খোঙনা লাম্বা ফংলরোইদবা।
কনানা চৎলগা মফমদুদা হৈ-শিংবা,
খন্দোক্রুবা ঙমগদগে কাউশিংদুবু নঙগী?
ওইররোইদবা বাখলনি, কান্নদ্রবা মঙলান্নি।
পুন্নমক হৌগদবনি পুন্সিগী অয়ুক্তা,
য়েহৌগদবনি শারিঙেদা মতম চানা।
তম্বীরম্মু তুংগী মীরোলদদি পাড়াদু মুম্না,
নঙনা লাকখিবা লম্বীগী অশোয়বদু চেৎনা,
মখোয়দদি শোয়দনবা তুংগী লম্বীদা,
ফাওরক্তনবা নীংঙমদ' বাখল নঙগীগুম্না।

তাং ২৭/১১/২০০৬

## হনখ্রোবা নখোয়বু নরমদমদা

হনখ্রোবা নখোয়বু নরমদমদা!
হো নোংমৈ পায়বা সিফাই অমুকশা!
শক-চুগা মান্নদবনে ঐখোয়গা;
নরোন-ইরোলগা তিন্নদবনে,
মতম চুপ্পদা মুরৈনবা ফিজোল,
পুক্লিং বাখলদসু অমুকগী মমি,
কিরেনে ঙরাংদং পোকপা অঙাংসিসু
কপ্পা থেম্ববু ঙমদনা বারে মমাসে!
নঙগী মমিং পনবা তারুবদগী,
খোঙলক্লে ঙরাংদা পোকপা হুইনাওসিমসু
নখোয়গী ফিজোলদু হেক উবদগী,
হনখ্রোবা নখোয়বু নরমদমদা!
খুঙ্গংগী অহাঙবা শঙমখৈ সরকারগী,
লৈশিনবীগ্রে নখোয়গী য়ুম ওইনা।
কনশিনবীগ্রে অসুন্না শান্নবুং কয়া'মসু,
লান ঔরাইফম ওইনবা নখোয়গী।
শাজিনগ্রে, য়ুম কয়া চীংথকশিংদসু,
কাদুনা শান্নজরম্বা অঙাংশিংনা।
ওইরে, ঐখোয়দি পোনগী চেক্লা,
মরুপ-মপাং উনবা ঙমজদ্রবা;
ইরমদমসিদা মমিংদং ইরৈবাক ওইবা।
হনখ্রোবা নখোয়বু নরমদমদা!
লাইনীং-লাইশোল ময়েক শেংদ্রে,
কবিতা, বারেং ইফম লৈরক্তরে,
কনভাস থন্নবা মফম ফংলক্তরে।
কনানা ফম্নুনি কবি ওইনা,
কমল শাদুন লাংথবান চীংথক্তা?
কনানা ইরুনি প্রকৃতিগী ফজবা,

চীংঙা চীংগী চীংথক্তা ফমদুনা,
অঙাংহল শাদুনা হিজম শাগেগী?
কনানা য়েক্লুনি লোক্তাকী ফজবা,
শেন্দ্রা চীংগী চীংথক্তা ফমদুনা,
শক্তম লৌদুনা আর কে সি এস কী?
হনখ্রোবা নখোয়বু নরমদমদা!
লৈবে, ফজবা অহাঙবা চীং'মত্তা,
লৈব্রে, সহরগী ময়ায়'মদি মতাইদসু
অহাংবা, অশেংবা পোংথানবা মফম।
ওইখ্রে, ঙম্নমক সিফাইগী মকোল।
কুপশিনখ্রে, লৈকোলসে মালেমদা অতাংবা,
অমুবা ফি অমনা সিফাইগী অহোবা য়াওদবা।
পামজদ্রে অমুবা ফিসে ঐখোয়দি!
পুজখ্রো লৌথোক্লগা মফমসিদগী,
থমজরুরো পুরকখিবা মফমদুদা অমুক।
লৈতেংহল্লগে ইমাগী কোকখুমফিদি
অঙৌবা খুনুগী মচু 'মনা অহনবা!
হনখ্রোবা নখোয়বু নরমদমদা।

তাং ২৯/১১/২০০৬

# মীয়াম্না পাম্নরিবা মণিপুরগী লাই

পোকপদা লোয়নরকপা মীওইবগী গুণ
মমা পুক্লুংগী ঈগী ঈচেল
থাদোকপা ঙমদে, থাদোকপা ঙমদে।
মপা-মপুগী জাৎকী মচু
মওং হোংদে, মওং হোংদে।
যুগ কয়া মীরোন কয়া,
কোকপা ঙমদে, কোকপা ঙমদে।

মাধবকী মপা হৱাল্লক্ষ্মী।
মাধবকী মপুসু হৱানখি হায়।
পুরেনসু মমিং চৎখি হায় হৱানবদা।
চুপ্রে মাধবসু অশেংবা ঈদো।
হৌরকই নমথাক পীক্রিঙেদগী,
স্কুল তম্লিঙে মতমদে হৌনা;
হৱানবা হৌরকই পেনশিল, কলম,
মীগী খাউদা য়াওরম্বা পৈশা।
মাধব চাউরক্লে পাখং ফারে।
তিম্নরে শঙ্গ মান্নবা কাংলুপকী;
হৱান, চিনথি, লাকপা ফোয়বা,
ঙম্নমক হৈরে লুট পাট
লমদমসিগী হৱানবগী মখল শুনা।
ফাপ্রে, মাধব নোংমা থনানা
য়ৌপ্রে, তুংদা জেলগী চেকপলনুংদা।
লৈকায় ইংথরুরে মতম খরদি।
থাদোরক্লে অমুক মতমগী থনানা,
পৈশা খরা চারগা থুনমুক।
লৈকায় পাখংনৈ পাউদুদা অমুক।
'দুবু উখিদ্রে লৈকায়দুদা মাধব,
হরাউনরে হন্দকসু মাধব উদবদা।
হায়নৈ, হংনৈ মাবু শিপ্রবরা?
নুংঙাইনিদা মহাক শিরম্লদি।
পাউ অমা তারে অনৌবা,
শন্দোরক্লে তোকঙা'ম য়াম্না থুনা,
লাই'ম ফাওরে অশেংবা,
তাইবং মীগী অশেংবা লাই'মা।
চীংনুংগী অচিকপা মন্দির অমদা।
থাজে, হংনৈ পুক্রিং খুদিংনা —
ওইরিগদ্রা ঙাংনরিসিবু অশেংবা লাইমক?

চৎলৈ, মীওই চাম্ম-চাম্মা,
লাই খুরুম্বা অচিকপা চীংনুংদুদা।
ওইগ্রে, মফমদু মীগী সমুদ্রা।
কৎলৈ, অথেনপোৎ, লুপা পৈশা।
মশীং থিববু ঙমদ্রে য়ামখিবনা মীদো!
ঙাংনরক্রে, ফরে টিবী, কেন্সর,
ফরে, এইদসকী লায়না ফাওবা,
নুপাসিগী খোঙজুম থক্লুবা মীদুদি!
ফাওরে, অসুম্না লাইসি মীনা ওনবা;
লাই থাজগনবা মৈত্রবাকসিদা।
নারে, নরান কম্না এইদসনা,
তিন্নরম্বা মাধবকা লুনা হান্না,
থিবা হৌরক্রে মাসু মাইবা, ডাক্তর,
মাগী লাইথুং লায়না কোক্লনবা;
হিংনীংবা কৌবনিনা হ্রানবা ওইরুরসু।
তারে, মাসু লাইসিগী বারী,
নৌনা ফাওরিবা চীংনুং'মদা।
লাক্রে, খুরুম্বা মফমসিদা মাসু,
কোক্লবা এইদসকী অরুবা লায়না।
চংখ্রে মন্দিরদা লাই খুরুম্বা,
চেং, থোইদিং, দক্ষিনা য়াওনা;
পুজা হৌগৎলকপা মিকুপ্তা মাগী,
য়েংলুরে নরানগী মমীৎনা লাইদুদা।
উইশিল্লিবা মীত্তুদা ধ্যান তৌদুনা
উরক্রে দাগ অমা লাইদুগী মায়দা,
চিকখিবা নরান্না অঙাং ওইরিঙৈদা
খৎনবদা নোংমা মখোয়'নী।
নরান্না খল্লকই পুক্লিংদা মুন্না,
"শোয়ররোই মসি মাধবকী খৎত্রক্লি,"
কৌরক্রে নরান্না মমিং পন্দুনা —

"মাধব নৎত্রনে নঙবু য়েংখোমগী?"
মাধব মমীৎ খংপাও-পাংথোরকই,
চেনফম লম্বী থিরকই মিকুপ্তা,
চেনখ্রে অসুম্না মাধব হৌগত্তুনা,
য়েংনহৌই মীয়াম ঙক্না মাবু।
লৈহৌরে, হাংদুনা চীংনুংগী মন্দিরদু।

তাং ১৩/১১/২০০৬

## বিন্দুগী মথক্তা বিন্দুগী বাখল

শান্নরি চেন-চোংনা বিন্দু'মগী মথক্তা।
বিন্দু ময়াম্না শেম্বা মালেমথকসিদা।
খল্লুদে 'দুবু কনানসু ঐখোয়গী মরক্তা।
শান্নরিবসে বিন্দু অমগী মথক্তনি;
ওইখিবনা হৈবোং মনুংগী তিল।
নাপন তৌই তিন্না হৈবোং মনুংগী
মাগী সংসারসিনা মহেক্লে হায়না।
তারকই, হৈবোংনা মখোক লোয়রগা।
লৈমায়দা হৈবোং হৌরিবা পাম্বীগী।
কায়রে, হৈবোংদো মচেৎ তানা।
উরে, হেন্না চাউবা সংসার'মা।
খঙলকই, তিন্না সংসারদু মানা হিংলম্বা,
হৈবোংনা কায়রবা মতমসিদা মুন্না।
হে! অশিংবা মীওইবা জাতি!
অপিকপা থাক্তা বাখল খল্লিবা!
খঙজিল্লু, নঙসু বিন্দুনি হায়বসে!
নঙনা শান্নরিবা ঙসিগী লৈকোলসে!
বিন্দু ময়াম্না শেম্বা মালেমথকসিদা!

তাং ১০/১২/২০০৬

# অঙাওবা অমত্তং য়াওরম্লদি

শেম্বীরম্মী মপুনা সংসার অমথক —
লোইনাইদ্রবা ইতিহাসকী বারীনা থল্লবা।
'দুবু খঙবা ঙমদে, উবসু ঙমদে,
করম্না হৌরকখিবা, করম্না লোইদৌরিবা?
কনখ্রেদা মপুগী থৌশিলগী নিয়মসিদে!
শোয়নদে অমত্তসু শম্না মফৈ অমা।
অদুননি ফজরিবা ইতিহাসসিনা অসুক য়াম্না।
শোয়ব্রনে, নুমিৎসিবু মীৎমাঙদা থোরক্লিবা;
সেকেন্দ অমগী মতম অসুক কুইবসিদা?
থাসু 'দুমঙাই মাগী শাংলবা খোঙচত্তা,
অশোয়বা য়াওদ্রি বারীসু ফজরি।
য়াওব্রনে, থোক্লিবা থবানশিংসিবু,
অশোয়বা মতম, অশোয়বা মফম?
উদেদা, তাদেদা, হোংদোক-হোংজিনগী মপাও!
য়াওরম্লদি করিগুম্বা মখোয়গী মরক্তা,
মবুক শেংদবা 'ম তাইবং মীগুম্বা!
করি ওইরম্নি সংসারসে অসুক চাউবা?
পাইশিল্লকপা থোক্লবা থবান 'মনা অঙাওবাঁ;
মৈবুলগুম্না অয়াঙবা খোঙজেল অমদা,
য়ু ঙাওরবা 'মগী শক্তম লৌরগা!
তারকপা থোক্লবা কোকথকসিদা ঐখোয়গী,
অদুম লোইরবনি সংসারসি মিকুপ্তুদা।
খল্লুদে 'দুবু কনামত্তনসু মালেমদা হিংলিবা।
ঙাওখিবনা লোইনমক নিয়ম য়াওদ পুল্লি মহিংদা।
'দুননি থেংজিন্নরিবা মখোয় মশেল
লম্বীদা মমীৎ উইশিল্লগা চৎলুবগী।

লুহনিলে/১৫২

খলহন্নীংই মিকুপমত্তুংদি মকোকশিংদুদা
নোংথক্তা উরিবা নিয়ম ঙাক্লিবশিংসে
তম্লকপা য়াইকো নোংমদি মখোয়সু
নিয়ম ঙাকপা ঙমদ্রবা তাইবংগী মতৌসে।

তাং ১০/১২/২০০৬

—ঃ লোইরবা ঃ—

